# ꯃꯩꯇꯌ ꯁꯦ

## মালঙ চনু

এলাংবম দীনমনি



দ কল্চরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল
২০১১

MALANG CHANU, a collection of short stories by Elangbam Dinamani, published by the Cultural Forum, Manipur, B T Road Imphal-795001, First Edition 2011, ₹ 150/-



অহানবা ফোঙবা, ২০১১

দ কল্চরেল ফোরম মণিপুর, বি. তি, রোদ, ইম্ফাল-৭৯৫০০১ না ফোঙবা

বোবি পব্লিকেসন্স, কাঞ্চিপুরনা পুন্না থাগদবা

মখুমগী লাই অমসুং মওং
থোইদিংজম তোম্বী সিংহ
খাগেমপাল্লি পম্বক, ইম্ফাল

ISBN-978 81-920581-2-2

লুপা ১৫০/-

নম্ফম *সি, টি, ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপড়া, ইম্ফাল-১, মণিপুর*

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

দ কলচবেল ফোৰম, মণিপুৰ খৃষ্টাব্দ ১৯৫৯ গী মে ১৭ নিংথৌকাবা নুমিত্তা মণিপুৰী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী লমদা থৱায যাওজবা, ৱাখল মান্নবা মীওই খবনা পূনশিন্নদুনা সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যবু যোকখৎনবগী থবক কযা তৌনবগীদমক্তা শেমখিবা সংস্থান অমনি। সাহিত্য একাদেমীনা শকখঙবিবগা লোযননা মণিপুৰী চেফোংগী মনুংদা খ্বাইদগী লীববা 'ঋতু' থা অনী অনীগী ওইনা লেপ্তুনা পুথোকচদুনা লইবা অইবীশিংনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু সেবা তৌদুনা লাক্লি। ফোৰমগী মেম্বৰশিংনা তোঙান-তোঙানবা হীবমশিংদা ইবা লাইবিকশিংদা সাহিত্যগী মনা কযা ফংবিখ্রে। ফোৰমনসু তোঙান-তোঙানবা হীবমশিংদা চহী অনী-অনীগী ওইনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্লা শক্লাইববশিংদা মনা পীদুনা লাক্লি।

খৃ: ১৯৮৭ তগী 'থোইবী এৱার্ড' মনা অসি চহী অনী অনীগী ওন্ন-ওন্ননা মণিপুৰী সাহিত্য, হেন্দিক্রাফস যাওনা প্লাষ্টিক আর্টস অমসুং আধুনিক মণিপুৰী ঈশৈগী লমদা পীদুনা লাক্লি। 'দিনেশ্বৰী সাহিত্য মনা' খৃ. ১৯৯৮ দগী হৌবদুনা মণিপুৰী সাহিত্যদা চহী অনী-অনীগী ওইনা লেপ্তুনা পীদুনা লাক্লি। 'হুইবেম অমুবা অমসুং যাইমবী এৱার্ড' (লাইফ টাইম এচিফমেন্ট ইন মণিপুৰী কলচৰ) অসিনা চহী অনী অনী ওন্ন-ওন্ননা মণিপুৰী সাহিত্য, উশুবা-যুমশাবা অমসুং লাইযেকপা লোযননা মুর্ত্তি শাবগী লমদা খৃ: ২০০৮ দগী পীবা হৌখি। খৃ. ১৯৬৪ দগী ফোৰমনা লাইবিক পুথোকপা হৌবকখি। ফোৰমনা হৌজিক

ফাওবদা পূন্না লাইবিক ১৮ (তবানিপাল) পুথোকখ্রে। হৌজিক্তি ফোবমনা লাইবিক ফোঙবদা মপূং ওইবা মীৎয়েং চঙবা ঙম্নবা অমসুং মঙম শান্নবা মসিগী পব্লিকেসন্স ব্রাঞ্চ অমা হৌখিবা চহী ২০১০ দগী থম্না হৌখ্রে। হন্দক পুথোকচবিবা ঈকাই খুম্নজববা, ফোবমগী লাইফ মেম্বব অমসু ওইবীবিবা এলাংবম দীনমনিগী ব্রাবীমচাগী লাইবিক **'মালঙ চনু'** হাযবিবা লাইবিক অসিনা ফোবমগী ১৯ (তবামাপল) শুবা লাইবিক্লি। হন্দক পুথোকচবিবা লাইবিক অসিনা অইবগীদি ৩৯ শুবা লাইবিক্লি। দ কলচবেল ফোবম, মণিপুবগী নৌনা হাংদোকচবিবা পব্লিকেসন্স ব্রাঞ্চকিনা অহানবা লাইবিক্লি। অইবগী লাইবিক অসি সাহিত্যদা থব্রায যাওবীবা অপাবা খূদিংমক্কী মফমদা পাবিনবা থম্মোই শেংনা শিন্নজবি।

ইম্ফাল
জুলাই ১৪, ২০১১

**ক্ষেত্রি ব্রাজেন**
জেনবেল সেক্রেটবী
দ কলচবেল ফোবম, মণিপুব
ইম্ফাল।

## ৱাহৈ অমনীদং

হৌখিবা চহী খবদা মতাং মতাংগী ওইনা খোংহৌবা ৱাবীমচা খবা ফোঙনীংবা ফনা কুইবে। মবম কয়ামুক্তগী ফোঙলক্ত্রি। হন্দক্তি নাম্ব্নোকপা যাদবা অচাবা মতম লাক্লবনা ওইবা তাই ফোঙবদা মতাবে। ফোঙবিযু হাযজকবদা 'দ কল্চবেল ফোবম, মণিপুব'না যাবিবে। লূপ অসিগী তৌবিমল কাউজবোই।

ৱাবীগী হীবম অযাম্বা নাকযেৎকী অহল্লমন, মক্প মপাং, ইচা-ইনাও, হাযজবদি সমাজদগী ফংজবনি। খজিক্তংদা ওইববসু নুংঙাইবা যাননবা পবীং অমদা লেংশিনবনা ইশাগীনি। হাউই-হাউতে তংদুনতদি যেংবিনবা খ্বাই তবাদা শিন্নজবি।

ইম্ফাল<br>
জুলাই ১৪, ২০১১

এলাংবম দীনমনি

# য়াওরিবা ৱারীমচা

# মালঙ চনু

নোং-চীংগী ফীবম মতা চাদবা মতমদা পাইদুনা চৎপসি হকচাংসি হাপোই হাপোইবকই। চহীনা ওইবম্বসু যাই। নহা ওইবিঙৈদদি নীকপা চেপ্পপ তৌবা, খংব্রাং ব্রাংখৎপা খংনেম নেমথবা মঙ-হা অপাননা থেংনবগুম নুংঙাইবম্বনি। হৌজিক অসিদদি শাওবীং-শাওবীং লাউই। মযেক-মশোন্দি ইশেং শেংফাত্তনা কবিগুম্বদা- -হাযবগী চিংনবা অমদা থবক শজিক হূনগংকুম তৌবকখি। অদুমকপু ইশুশিং ইচাশিংদা লাখবা নমদুনা ফংহনবগী ব্রাখল অমনা নুংশাথীবা মবক্তা অশেম্বা শান্তি মচা অমদি ফংখি। ওইজবগী অপাম্বসিগা পীনবিবমদ্রবদি ঈশ্বরসি মীব্রা ফনা যাম্না তাবম্না যাই। মীহুৎথেঙদা যেংথোকলুই নোংথক্কী নোংথক ডাক্তা উই। নোংথক ডাক্তা ঙাইবা মালেম অসিগী নোংথক অসিবু কদোমদা ওইবিগবা হাযনা ঙাইহাক থিবিঙৈ মবক অদুদা নৌববা খোঙ্গেল অমা তাবকই-এক্সব্র্যাজ মি সব-।

চবা ব্রান্ননবা পোৎ পুবকপা ওইবম্মী আনোক লৌথোক্লগা হাইবপ হেক যেংখৎলুবগী অদুদা নুপীমচাদু মমীৎ-মনা যাওনা মোমোন তৌবকপা উই। খংতৌ তৌবকপা মাগী মোমোন অদু মাগী শিনফমগী ওইবা মোমোন মানফাত্তবগুম তৌই। পোৎ মথং মথং যেল্লুবগা অমুক হল্লকপদা চানা চানা যেংখৎলুই। হান্নদগী মা চৎনা চৎনা যেংদুনা লৈবম্বগুম তৌই। মকা লাম্না মোমোন অমুক তৌবম্মী। চানা চানা ঙক্লপ তৌবিঙৈদা থংনবদা ফম্মিবা নুপা অদুনা হংলকখি-- --

— অঙ্কলজীগা খঙনবিব্রা?

— খঙনদে। কৈদৌবে?

— খঙনবা মানবা।

নুপীমচাদুগী মোমোনদু শিনফম-মোমোন নৎফাত্তবগুম ফাওখিবদু নুপাদুদসু ফাওবম্বা তাই। মতা চাদবা নুংশিৎ থেংনবগী এবোপ্লেন নীক্লকপগী অদুদা অদুম মমী শামখ্রে-মাগী মোমোন। অদুম কাউখ্রে। নীনী চনবা অবোইবা নুমীৎকী সেমিনাব লোইব্গা ইয়াং যাংনা হল্লকপগী অদুদা কাগী শো পীনা-পীনা হোটেলগী মেনেজব অদুনা মোমোন তৌবগা হায়বকপনি-

— সব লৈশাবী অমা লাক্লম্মী, কুইদ্রি, সবনা হল্লক্কদবা মতম খঙদবনিনা হাযখিদবে। সবনা হয়েং চৎখিদৌবনিনা ঙসি অমুক্তা উন্নজগে হায়বম্মী। ফোনদা পাউ পীবক্লবা হাযজবম্মী। পাউ পীজখ'বাবা? যাম্না উননীংনা তৌবম্মী।

— কবিগীনি হায়বম্মী?

— মদুদি হায়বমদে। ঐনসু হংখৌদে।

শো হাংনা হাংনা খল্লুই-সেমিনাবদা নৈনবা ৱাংহৌবা ৱাফম খবা নৈনবা পাম্বা মহৈবোযকা ওইবিদ্রা।

পুঙখাযমুঙ কবিমুক লৈবগা থোঙগী মন্দিলা খীংলকই। হায়কই-হাংবনি চৎলকউ। আনোক লৌথোক্লগা যেংথোক্লুই। নুপীমচা অমা লেপ্পা উই। মাগী মোমোন মনোক্তু উবকই-শিনফম মোমোন নত্তবা।

— হাই, নঙবু নহানগী এযাব হোষ্টেজদু নত্রনে?

— মান্নি অঙ্কলজী।

হায়বম্মগা মখূত্তা পাযবকপা খাউ অদু মেজদা থনম্মগা চঙশিল্লক্রুনা থোঙ অনী শোক্লা খুকম্মে। শাওবীং-শাওবীং লাউই খজিক হন্দোক্লগা হায়কই-

— হাই, কৈনোনহৈ, তৌহৈবম্মোইনে, হৌনদেনে।

— মচা অমনা মপাদা খুকুম্ববু হৌনদববনে অঙ্কলজী।

— অদুবুদি চুম্বা, অদ-

— ঐবু নীংশিংবিবিববা?

— নীংশিংবদা নত্তে, খঙঙদনা হায়বিদুনি হোষ্টেজদু নত্রা হায়দনা।

— অদুনা লোইবিবব্রা? মুন্না যেংলগা নীংশিংব্রা যেংবিয়ু।

— মসিদগী হেনবদি ভাব তাফাংত্রে। নীংশিংবা থোক্ক্রে।

— নীংশিংবিব্রা যেংবিয়ু-

হাযবম্মগা ৱায়-ৱায তাবিবা মশম অদু ওযবোমগী চিবাইবোমদা খজিক হাইগৎলগা শাংলপ তৌবা, শোকখিবগী দাকফম অমা উৎলকই, মখা চত্থবকখি-

— বাগদোগ্রা এয়াবফিল্দগী মী লেকফম কা মচা অমদা, অহীং অথেঙবদা নুপীমচা অমদা মপা অমনা-

— হাই! নহানৱাই 'ঐ লুহোঙবা ঙম্মোই, এযাব হোষ্টেজ ওইনি' হায়দনা নঙগী নপাগা খৎনখিবা-?

— মানি, অদো নুপীমচাদো অঙ্কলজী ঐনি।

— নমিংদু কবি'যে, শাউনু ঐদি অহলনিনা কাউগল্লি।

— অহল ওইদ্রগসু অঙ্কলজীদি যাম্না কাউগল্লি হায়খি, ঐ নীংশিংজবি। ঐগী মিং মেনকা।

— হোযনে হোযনে মেনকা, নীংশিংলক্লে।

— ঐবু খেম্বদা অঙ্কলজীনা 'ইচাদি মেনকাদৌনা স্বর্গদা জগোয শাবা পক্লনি,' তাকপিখিবদু ঐ নীংশিংলি; অঙ্কলজীদি কাউবম্মনি।

— মদুমদি কাউবে। নুংশিদা' নঙদি মেনকা, নশক্লে-নতৌনে অপাম্বা শিনফমনে সোবাবেনগী জগোয শাবী হাযবদু

শোযদ্রেদনা। ইহে, ফম্মুনে ঙসাইদগী লেপ্পুনা লৈবে। কোকী থকসি. .

চহী তবামঙামুক্কী মমাঙদা নুমিদাংব্রাই অমা, যুমদা হল্লকপগী লম্বেলদা, ফাওবগা চৎকদবা বাগদোগ্রা প্লেন তাফমদা ঙাইহাক্তং লৈবিঙে অদুদা শহবদা মান্নদবা কাঙলুপ মশেল খৃৎ কন্না থোক্লবে হায়দনা কর্ম্য খংথম থমজিনখিবনা লেঙবা যাদবদগী অহীং অমা লেকপা তাদুনা লেকখি। পীকম্ভবা কা অমদা লৈবা তাদুনা লৈখি। মী অমা যাওবা কদাযনো খল্লিঙে তালক অদুনা চহী তবানীথোই-হুমদোইগী নুপীমচা মেনকাগা মপাগসু তঙাযফদবদগী থাজিল্লক্লে। হৌন লোনচৎ নীংথিনা তম্লবা মীওই অমনা চিববা মতাংগী তঙাযফদবা লৈবাক্কী যাবম মাযোক্লবনা অহীং অমদি বামিন্নবা তাবনী ব্রাবোলনা ফাধখিবগী ফবনি নত্রগদি ঐসু পঙশাউ শাউগন্দবা বাযোন নত্তবনি। অহীং অমগী পুঙ খবদনি হাযবাদুনা ঈবাং হেন্না কনশিল্লকপা অমদি লমহেন-তুহেনবা মীবৈবাক্কী কাঙবু অমসু যাওশিল্লকাখবদগী অহীং অমগা অমুক লৈবা তাখি।

নুপী মচাগা মপাদুগা ইশাউ শাউনবদৌনা উই। ব্রা কযা ঙাংনদে। ঙাংদবা যাদবা চাক চাবসি, তুম্মো হৌগৎলো হাযবগুম্বা অমনী নত্তনা ঙাংনবা তাদে। ইসুক সুক্তোক্লদুনা লৈনবা উই। লোন্দিন্নদবা মপা মচা হাযবদু ওইবমাল্লে খল্লি। মপা লৈববদি মচানুপীদু কাদগী হেক্তা থোকখি। পাক হঞ্জিল্লক্তে। অহীং অমা লেল্লগা মথংগী অযুক্তা চা থক্লা-থক্লা, মচানুপী থোকখ্রিঙেদা, তম্থবা ইফক ফকচিনবা মওংসু খবমখৈ কোক্লবগী ওইনা মপা অদুদা ব্রাবী শাবা হৌকই। শকখঙ মাযখঙনবগী ব্রাবী ব্রাতাযদি ঙবাং মতেক অমা লোইখ্রবনি। ঙসিনা খজিক কুপথবপ তৌনা ইশাও শাউনবগী মওং হংলুই। শম্না তাকলকখি-

— দাদা, ঐনা লুহোঙথোকপিবগে শীনবদা ইচানুপী অসিনা যাদ্রিবা অদুগী ইপা-ইচা শাউনবিবা।

— অঙাং ওই উবি নৈজখিসনু কৈদৌগে। লাইবিক তমহনখোনা।

— খবা তন্মে যাবে। তমনীংলগা নুপা মযুমদসু তম্মুবা যাই। তান চাবা নুপা অমা ফংঙিঙৈসিদা তোঙহৌবনা যাম্না হেন্না ফগদবা।

— নচানুপীনা যাদ্রিবনা কবিগী? নুপাদু পামদবগী ৱাবা?

— মবম পীযু যাদে, পুন্সিগী হোঙজবোই হাযবদং হাযবিবা। মসি লোনচৎ নত্রে হাযদনা মমাংগা ঐগনা ঙাংবা।

— মবম চাববদি লোনচৎ শেম্বসু কাযদেদা। তৌবদি হোঙবা তাববদি খুদোংচাবা নাম্বোকহনখিবসু চুমদবা।

— অদুনি।

মাবী-বাতাইগী ঙমৈশদগী হেল্লুবা কান্নবা নত্রে খন্দনা মপা অদুগী অপান্দদা হজিক তেংলুবনি। লমদনফমগী ৱাবী মত্তেক অমা ওইববসু মীচং অমা তেনগৎপগী নুংঙাইবা অমদি মপা অদুদা ফাওখিবা মাল্লি।

মপানা চাক চাবা চৎখ্রিঙৈদা লাইবিক অমা কন্না পাদুনা লৈবা নাবী নুপীমচাদুদা অহল অমগী ৱাহৌদোক শম্নপ্পা অমা পীবগা হাযরুই-

— ইবেম্মা অঙ্কল ৱা হাযগে, খুদোংচাবা হাযবসি পাক-পাক লাকপা নত্তে, নাম্বোকহনবা চুমদেনকো। অহল-লমন ঐখোযনা শাল্লিবসি নখোযগী যননবা ঙাক্তনি হাযবসি কাউবা চুমদে।

— অঙ্কলজী বাবাগা ঙসাই অযুক ৱাবী শাবদু ঐ মপান্দা তাহৌই। ঐ লুহোঙখিবোই হাযবগী মবম বাবাগা ইমাগদা যজনা পীবনি। এনা হাযবা তাবিদবদগী পুন্সিগী সুকহোঙ হোঙলবোই হাযদনা শিখাঙ খাঙবনি।

— কবিনো পীবিবা মবমদি তাসি, অচাবা মবম লৈববদি ঐসু নঙগী বাবাদা হাযগে।

— অঙ্কলজীনা হাযবা লৌবোই। মখোযগী হাযববু ঐঙোন্দগী চহী ১৪/১৫ হনবা ইনাক যাম্না খুনবা লল্লোন-ইতিক তৌবা মীওই

অদুদা অউনপোৎ ইতিং তিংদনা হোঙদোকখিবা অসিদনি। ঐনা পাম্মিবা নীংজবা মখোযদা চঙদে।

— নঙনা পাম্মিবনা কবি?

— অঙ্কলজী ঐনা পামজবসি এযাব হোষ্টেজ ওইবনি। অঙাং ওইবিডৈ ক্লাস সেবেন-এইট তম্মিডৈদগী পামজবক্লবনি। চাবদা তুম্বদা থকপদা এযাব ক্রাফ মনুংদা অদুম লৈজবনি। ইমাবোন নত্তবা অচৌবা লোন অহুম-মবী তমজবিবনি। লাইবিক কযা অমসু পাদুনা হোৎনবিবনি। ইমান্নবীগী মনে অমা এযাব হোষ্টেজ ওইবম্বনি। মঙোন্দা মসোমদা চঙনবা ট্রেনিং যাওনবা খন্নবা মুন্না তান্নবা হৌখ্রবনি। অদুগা হৌজিকপু লুহোঙথোকপিবনি হাযদনা মখোযনা ব্রা লোইশিন্নবা কন্না লাক্লবি। ঐ সুকঙম ঙম্মোই অঙ্কলজী হাযবিবিসিনি অঙ্কলজী সুকঙম ঙম্মোই, পুন্সিগী হোঙলবোই। ঐদি শিববসু-

— ঙাইখো, ঙাইখো, নমিংদি কবিনো কৌবিবসে?

— মেনকা।

— ফজবা মিংনি, ফজবা নশককা চান্নবনি। অদু মেনকা, এযাব হোষ্টেজ ওইবা অদুক পাম্মুবিবদি কবিগীনো?

— মদু ঐসু খঙদে; পাম্মি পামজৈ।

— চুম্মে, হংবা য়াদবা ৱাহংনি; মী-মীগী অপাম্বনি। লাই ফাওবা মাগী-মাগী অপাম্বা লৈ। ৱাহং চঙদে। হংবা যাদবা ৱাফম মযাম অমা লৈ। অদু হোঙদোক্লগা ওইবদি যাদ্রো ঙাংনদবীদা?

— যুম পানবা যাদে লৈশাবী ওইবা তাবা।

— হোযনহৈ, যুম্বান্নদে; কাউকবে। অদু, হৌজিক বাবাগা নবানীনা চৎলিবনা কদাইদা?

— ঐবু যোনবা। যুমদগীদি মিং চনবগী কবিগী যেংলুগদৌবিবনি হাযদনা থোক্লকপনি। অদুগদি ঙবাংদা হায়বকপনি। নুপা অহল অদুনা ঐগী ফোটো যেংবদদি য়ানীংলে, শক্তা শক্তা উন্নবগা ৱাবী তৌসি হাযবকপগী ঐবু থেম্মগা পুবম্মিবা। ইমাদি মযুমদা হান্ননা চৎখ্রবনি। ইমাগী মবী-মতা অমগা যুম্লোন্নবা ওইবমাল্লে। কবিনো ইন্দষ্ট্রি অমগী মপু ওইবদৌনি হাযদনা পঙথেমদা থেম্মি। ঐনদি সুকযা য়ানীংদে।

নুপীমচাদু হোঙবা যাম্না কন্না যানীংদবা মাল্লি। মমীৎতা মপী মতুম-মতুম শিন্থবা উবদা নুংঙইতবসু ফাওই। খবগা অমুক্তা নুংশিকুবদি কপ্লিংবা কন্না খাঙলগা মখূৎনা মচান খল্লগা তিঙক-তিঙক যেংনা হাযবকপদুদনি-

— অঙ্কলজী হোঙদনবা খবা হাযবিযু, খবা হাযবিযু কো।

— হোয-হোয।

ঈবাক্লববা অমনা তাউথবকা ইকা অমদা ফাওবা লাম্বগী মওংনি। মামক্তা কন্না হাযনববা ফাওবদা যাদ্রবদা ঐগুম্বা অমনা লম্বী-ৱা ওইনা হাযকুবদা কান্নগনি থাজখিদে। অদুমকপু হৌদোক্লবকপা তাবগদি হাযকুবা কাযদে খল্লি।

নুমিদাংদা ঙল্লপ্না মচানুপীদু চাক চাকনবা থাদোকখ্রগা মপা অদুনা হঙ্গোইবপ হাযবকপনি-

— শর্মাজী, হিদাক পাযব্রা পাযসিবা?

— পায; লৈব্রনে? যাম্না কন্না পাযবদি তৌদে।

— অনকপা কান্তিনদগী লৌবকপনি। মচা লোইথোকখ্রে হাযদনা অচৌবা অমা লৌবকপা। চাবা তুম্নবা খব-খবা পায়সিনে।

চীঞ্জাক মান্নবা মশেল হেন্না নকশিন্নবা হৌনৈ। সেবা ফৈ, শীন-লাঙবসু তন্দবদৌনা তৌই। পুথোক্লুনা হৈবম্মগা থোকখিদুনা চানবা

পুবকই। ফম্মিন্নবগা থকমিন্নখি। ঙাইহাক পোথাবদগী ফনা শাংলকপগী মতাংদা মীতোপ-মীনৌগী অপনবা চাং যাম্না মাঙখিবগী অদুদা নুপীমচাদুগী অপাম্বা পামজবগী ব্রাফম হৌদোকলুই। ঐনা ঙাংবা লোইফাত্রিঙৈদা কল্লপ ঙাংলকখি।-

— কৈদৌনদৌবিবনো লৈশাবিঙৈ মতম খবখক নোংথক্তা প্রোফেশনেল স্মাইল হিগৎলুবগা অদুগী শরুক্তা মপুঙ্গি চুপ্পা নোক্লা নোক্লা লেনবা যাননবা ঐনা শীল্লিবসি যাবা তাবা।

— অদুদা সাব মীগী পামজবসু ঈকাইখুম্নবদি লীচৎ অমনিদো।

— অঙাং অপঙবগী কান্নদবা অপাম্বদি ফোযদৎপা তাবা।

— পামজবদা ঈনবগী অফবা মহৈসু লৈবনি।

মচানুপীদু লাক্লুনা লাইবিক অমা পাদুনা লৈববা ঙাইহাক ওইবে। অঙাং অদোমদা পান্দম লাক্লগা মথকথোংবগী হিক্তোকহৈদ্রবা যাথংগী পনখৈ শেম্মকই-

— পূম্নমক ব্রাবেম্মনি। হয়েং চৎলনি। উন্নহল্লনি। পাম্বিনবা ঈংনা তপ্পা কে-না লৈবনি। নুপানা যাবেদং হাযবরা হন্দক্কী থা মনুংসিদা চাউনা হোঙঙনি। মপুঙ্গি চুপ্পা মহাবাণী মকোক। বস! বস, ব্রা লোইরবে। মখা লৈত্রে।

পাবম্বা লাইবিক অদু মেজ মচা অদুদা বোপ থম্মগা মচানুপীনা হাযবকখি-

— ঐ সুকঙম ঙস্মোই! সুকহোঙ হোঙঙেই! ইথন্তা শিজখনি!

হান্নদগী ঈ কাপ্পবা মপানা ফুক হৌগৎখ্রগা-কবিগী শিজবা! লমহেনবা শাদি ঐনা হান্না হাৎলগে! হাযনা ঙাংদুনা হোৎশিনখ্রগা নুপীমচাদুগী মশম লুখমলোমদগী ফোযদুনা চিংলগা যোৎকী মেজ মচা অদুদা কন্না কন্না সুখি। হোৎচিন্দুনা থাম্মুই। পাক্লা যাদে। হন্না হন্না সুবম্মগা লৈবম্মু হূই অঙাওবা পুল্লগা চিংবদৌনা পুগে! যোৎকী থৌবী

লৈকখিগে-হায়বম্মগা তুবোয-ঙামলোয থোকখ্রে। ফনা-চাউনা ফাংপা কাগী থোঙজাও অদু ওখাক পীকপগী মওংদা থোকখিবদৌনা তৌই। নমুংদা লৈবিবা প্লেটনাচিংবদু খজিক লোইশিল্লিহৈদা নুপীমচানা যুক হৌগৎলগা কাঙখদা থম্মিবা মাগী থেক অদু তাপ চিংথোকলগা পাযদুনা থোকখিগে তৌই। হন্না গেংথোখিবদা ওযবোম থংবা লাইবক্কী চিবাইবোমদা ঈ মতুম মতুম শিন্থবা উবকই। হোৎচন্দুনা তপ্না যমথহল্লগা অক্লবা ঈশিংনা তৈথোক নাম্থোকপিকই। হায়বকখি-

— অঙ্কলজী যাবে, লৈজবসনু। মা হল্লাক্লিহৈদা ঐ চৎহৌবগে নহা-হিংচাবনি।

— হৈ! ঙাঙাওবীসিদি, কৈসু লৈতবা, পীশক পীকপা যামদ অমগীদমকপু কিদুনা চেনব' হৌনরে'। চেনগনু থৌনা ফনা মাযোক্লৌ। ভাব তানা মাযওন চুম্না খন্থবগা চথগদৌনি।

— চেনখ্রগা শিজকবা নঙনা ঐগী উপাই লৈত্রে খল্লে।

— শিজবদি থ্বাইদগী পাঙদবা লোনচৎ অমনি। শিববদি নঙ এযাব হোষ্টেজ কনানা ওইবনি। পাম্মিবা নঙনা ওইনবা হোংনবা তাবা নত্রা!

— মখোযনা নমদুনা হোঙবিববদি হিংনা-হিংনা শিযগা মান্নবে। ওইদবগী ওইদবা হোষ্টেজ ওইববোই হোঙসু হোঙঙবোই। পাম্মবোই ওইবা।

— অদুদনি ঐনা অঙাওবী হাযবিবসে ওইগদবনি। . ইচাদি স্বগগী জগোইশাবী মেনকাদৌনা স্বর্গদা জগোয শাবা পক্কনি। সে ফম্মু, ফমথৌ, অঙ্কল ব্রা হাযগে। খল্লু ইকায কাযনবোইদবা অমা খন্থবা তাবা।

— হোঙবদি সুকঙম ঙম্মবোই।

— হোষ্টেজ ওইবদি?

— পাম্মী, হৌজিকসু পামজবি।

— খঙঙে; সুমদৌবো, ঐসু পোত্থানীংলে নপা অমুক লাক্লবদি লাঙনবনি; নঙসু নশা ফববোই, নশক থীজিল্লনি। অদুনা সুমদৌবো, নঙগী বাবানা পাম্বা মতুংইন্না চৎলো বব অদুগা উন্নবো

— অস, মদুদি-।

— ঙাইখো লোইনা তাখো, ঈংনা তপ্পা হায়বা ইল্লবী অমা ওইনা চৎলো উন্নবো। অদুদগী ববদুগা নঙগা নবানীদা উন্নবা তৌবে। মদুদি নঙনা হৈগনি ঙস্বসু ঙমগনি।

— অদুগা কৈদৌবা?

— মঙোন্দা, বব অদুদা নঙনা পাম্মিবদু শেংনা ফজনা অমত্ত চিথননা হায়বো। শেংনা হায়বগদবানি। অদুদগী হায়জবরোনদ চত্থবগা হোঙবা তাববসু তপ্পা হোষ্টেজ ওইবগী মতম লাল্লবা মতাংদা, নত্রগসু থা থবা চহী থবা পামজবিবা হোষ্টেজ অদু ওইকবগা হোঙসি, লুহোঙবা সুকপাম পামদবা নত্তে হায়দনা শেন শাদুনা ফজনা হায়বো।

— ঐনা পাম্মিবসে?

— পাম্মিবা লোইনমক। অদুনা নত্তে পামদবা পামজদবা থবসু।

— কমদৌনা কবি কবি হায়না?

— মদুমদি ঐনা খঙঙবোই; নুপী ওইবী নঙগী নথৌনি। মোমোনদি তমদ্রবসু হৈবনি নুপী নখোযদি। পঙগনু নুপা ফাবা হৈবগুম থাদোকপা নাম্হোকপসু হৈবা তাবা। কাউবা যাদে-তবাম্না ওকপদসু মোমোন, বিদাইদসু মোমোন। হোষ্টেজনবু অদুক কাউগনবা হৌনববনে সিষ্টব। ঐদবু কাউগনবগী অদুম

কাউবদৌদনি। ঐদি সাবনি। মিষ্টবনিদনা মাই দিযব সিষ্টব। নোকউ মোমোন্দুম নোকথোকউ।

কবিগীনো খঙদে মা মোমোন তৌখিবগুম তৌই। ওইথংবা চিবাইরোমগী ঈখেঙ অদু খকখিগুম তৌখিবনি, হৌজিক্তা নীংশিংলক্লি।

নেশাগা চোকথবগা অনীনা পূন্না নম্থবক্লিবনা ওইবা তাই মীৎ কন্না লূমথবকই। হিপথবগা উইথবগা চাং মান্নবকপগী অদুদা মানা তপ্লপ্লা হাযবকখি।

— মদুদা মখোযনা যাবক্রুর্বদি ঐ শিযুবা?

— শিক্নু। নপাবা, বববা, অনীমক্লা হাত্তোকউ। নত্রগনা নথস্তা চেল্লগা ওইখ্রো। মঙ্গল ওইয়ু। পোত্খাবো। ঐ তুম্মগে।

অযুক্তা থেঙনা মীকপ থোবকপদা মপা-মচা লৈবমদবে। ঙসিদি পাইবা তাবে হাযবা লাকপা মীওই অদুদা হংবদা মখোয অনী নোংঙাল্লমদাইদা বেলদা ওইনা চৎলগনি হাযদনা চৎখ্রে হাযবম্মী। হংলুই-

— কবি লমদনো মখোযনা চৎখ্রিদুবো?

— মদুদি খঙজদে সব।

কোফী থক্ল-থক্লা ঙাইহক ফম্মিন্নখি। খঙনীংলকপা খবা হংলুই। শেংনা অমত্তা চিথদনা তম্লম্মী। মপানা হাযবা ইন্দুনা ঈংনা তপ্লা চৎতুনা নুপা অদুগা উন্নখি. মানা মাগী অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক্তু হাযদুনা কপ্লা কপ্লা হাযজবদগী নুপা অদুনা বাবাদা কোন্না হোঙসি ঙাইনবসি হাযনা থেম্মখিবা মদুদা মমাগা মপাগসু যাখি হাযনা তম্মী। মাগী বাবাদি খুদোংথীবা থৌদোক অমদা লৈখিদবা কুইবম্মে। মাগী বব ওইগদবা অদুগা হৌজিক ফাওবা চিথি থাদোক-থাজিন তৌদুনা পাউ অদুম ফাওনবি হাযনা ইকাযবপ তম্মী। হাযকই-

— নবানী নুংশিনবেনে?

মালঙ চনু

— খঙদে অদুব কৈনো; খঙনবে। পূঙচেল চাউবা মীওই ওইনম্মে। যাম্না নহা ওইনা মপা মমানা লুহোঙবিবনি। অঙাং অনী শুবগী অদুনা মাগী নুপীদু লৈখিদ্রবনি। মচানুপা অহনদু ঐগা থোইনা হন্নদে। মা ফ্রান্সতা কাববাব তৌদুনা লৈবি।

— অদুদি মপাগা নত্রবসু মচাগা হোঙবসু যাবেদনা।

— মদোমদা খল্লুদে অঙ্কলজী, মা ফ্রেন্স নিংঙোল অমা লৌদুনা লৈখ্রে। মচানুপী অতোম্বী অদুদি এযাব হোষ্টেজ ওইবি। ঐগী ইখাদা থবক তৌমিন্নবি। মা হৌজিক্তা পেবিশ তম্না পাইখ্রি।

— এ, ফবেনহে উর্বশী, নঙনা পামজবা ভাক্তা থেংনবে-নে, হা?

— ঐগী মিং মেনকানে অঙ্কলজী।

— হোয়নহৈ, মেনকানি, উর্বশী হায়নিবসে। ঐগীদি অমহানি।

— ঐসু খঙই। ওজা অচৌবশিংসি কাউগল্লি। অদু অঙ্কলজী ব্যবহাব কায়বদ্র খঙদ্রে পোং অমা-?

— হায়য় কৈনো, কবি পাম্মি?

— পোবিসতগী লৈবকপা মমিং লৈবা হিদাক পুবকই, মসিবু-?

— ও খঙঙে। ইপাদি মসি থাদোকখিবা কুইবে; নহানবাই নহ ওইবিভৈদা মবক-মবক্তা পাযবম্বনি। অদবুনে ইবেম্মা মালঙ চনু. হিদাক্লিনা মসিগী কান্নবসু খবা অদুম মবৈর্বনি। হা কবি হাযগে-'

মা মাযথোঙ মকা লাম্না মোমোন তৌখি। মথৌ চিনজবী নুপীমচানি। চংখিবমদাইদা লুকথবগা খোঙ অনীদা লাইবক কংলম্মী। হনগংলকপদা হান্নগী মোমোনদু লোযনবল্লি। হেল্লকপা ঈনোং অমত্তুংদবু মীংলুগী পিবাংনি। বাশী হাপ্পগুম শোকখিবা লাইবক মচি শোক্লা নান্থবিবগা হাযকই-মঙ্গল ওইযু।

ইম্ফাল

২০০৩

# ঐগ্যা মৈজাওবী

ফিংবদা মপা লৈত্রবা ঐগ্যা মৈজাওবী শাউগনবদসু মৈনি, মহা মৈনি, মৈজাওনি অপিকপা মৈ নত্তে। মহে মশিং নীংথিনা হৈ, পূজা-লাংজা মওং যাম্না তাই, মনা থীবা শ্লোক, অখণ্ডবা খণ্ডদবা পূন্নমল্লা পেন্নৈ, লাইনা হকথেংনন্না লৌবিবমগদবা মাল্লি। তুম্মিবা নাতোন, খাক্লিবা শিংগা, যেংবদা মীথানখিদ্রবা নহাবোল ফাওবা খুকমনীংলমগদবা মাল্লি। মশক মপাউনা যবিবা, হাযন-তান্নবনা যাবিবা মহানি। শম্নমল্ল নখশিনা চান্না তৌবা মীওইনি। শিনমীদগীনা মন্ত্রী ফাওবগী ইমুং মাগী মংদ-ইমুং ওইনা তৌবা ঐগ্যানি। ফিংবগা শাউগনবসিমত্তংদগদি-!

মৈজাওবী ঐগ্যাগী মিং নত্তে, অশেংবা মমিংদি সুদামা দেব শর্মা কৌবনি, যিংবগা শাউবগা মনী অসি হেক পূনখিবদনি ঐগ্যানা অচৌবা মৈ মৈজাওবী ওইবকখিবা। ঐগ্যা মৈজাওবী মাগী অশাওবীনি। সংস্কৃত বাংলা তম্মিন্নবা মমান্নবা অনী-মবীনা ফ্রং হেক শাউবা, যুক হেক্তা হৌগংকনবদুদা 'বোবো অগ্নি' হাযবা মিংথোল অসি পীখিবনি। ব্রাহস্লোক থব্রায যাওজবা মখাগী মনাওশিংনা হন্দোকপনি-মৈজাওবী। খবা অমনসু ঐগ্যা কান্নুক, গবম শর্মা, স্বামি দুর্বাসানন্দ ঠাকুব হাযনবসু যাওই। মাসু ইতা মতায ইখণ্ড অদুম মখণ্ডই। শাউবোদনা হাযবগসু মিংথোল মযামসি তাবদা ইচম চম্না অদুম মনোকখি। তৌবতবু 'ঐগ্যা মৈজাওবী' হাযবসিদদি তাবা মযাদ্রে। মনাক্তা থেংনবা অমা তাপ পাযবগা হংৎ হেক্তা মবংঙে নত্রগনা ওস্লোক ওস্লোকপা ব্রাহৈগী মীচৈদা হেক্তা মচৈবে। অতাবশিংনা ইকাযনৈ। মাদি থোইনা মদোমদা খল্লুদে।

হৈনখ্রবা অউবা অতাবশিংসু মফাং-মফাং কৈসু খন্নদবদৌনা তৌই। খংশাউ শাউখিবগুম খংঈংসু ঈংথবকই। হান্নগী ফীবমদা ঈংথবকপদা মতম শাংনা লৌগন্দে। লৈশাবিঙৈ, কোযনবিঙৈদগী মশক-মওং খঙলক্লবী, মাগী থৌবানীনা মমৌশিংদা তোযনা হাযবন্বা ব্রা লৈ-ইমৌঝা তাকনু উকনু, অনীবক্তং হিগৎতুনা কাম্মগা হেক্তা তেথবকপনি, চীক্তি সুকচীঙ চীক্তবনি। তাবদি খব-খবা তাবগা হকথেংনবদি ইহান হান্না থেংনবা, মমৌ নুপী ইতোন তোনবীদুদি, খবগা পাখৎকনবগা, কবিসু শোক্তবদা নুমীৎ নীনী ফানীংচীৎ ইপাই হৌগে তৌখি। তৌবিবনা-

নৌনা মন্ত্রী ওইবগদবা এম, এল, এ, অমগীদা পৃজা চাউবপ তৌবা অমা চৎকদবদা মচাশিং চথোক্লখিবদগী লাই ব্রালহৌবমদবা যাদদুনা লাইনুংদা তহা-তহা লাক্লবকপগী অদুদা লৈ যাওবমদবগী লাউবকখি-

— হৈ কনা লৈ?

ঐগ্যা পাবুঙ চঙখ্রে হাযদনা নংবোই-নংদবোই ঈকজবগা কাংশি পাযগে হাযদুনা চেম্পোকচবকপগী মৌনাওতোম্বী (মকুনা যাম্না নুংশিনা থোঞ্জবা মিংনি) খুমজকই-

— ঐ লৈজবে। কবি-?

— অদুদৈ লৈদু মনা-মা থৎলকউ।

— লৈবু শাৎতেনে।

— মনা অমা হেক্তা থৎলকউ যাই।

— ঐদি ঈকজকবে

— হৈ, থৎলকউ হাযবদি কোক থৎলু যাই-।

— অদু-!

— হাই! লাংবাইবী-!! ঐনা হাযবিবা-মক্তদা-মোইবুঙ অসিনা-

ব্রাহৈ পবেং মপুঙ ফাবা নংদে, মমাঙদগী হোবেল হাইগদবগী থম্মিবা মোইবুঙ মচাদু তাপ পাযবগা হুৎ! নক্লনা লৈবা ব্রালহৌশঙ

অনেম্বদুগী জিংঘ মথক্তা-দাং! মৌনাওতোম্বীদু-ইমা! লাউবম্মগা ইমুংদা পাইশিল্লকখিবনি। মনেম থৌবানী অহনবা অথুবী তানযৈদা চোংলিবা মমৌগী মিহুনদু ভাব তানা ফাধবিবমদ্রবদি মিহুন পূম্নমক লেপখিবম্বা যাবগী চাং যাম্না ৱাংনা লৈখিবনি। পূজা হল্লকপদা পুবকপা, বোবিবকপা শাল মচাদু মমৌ অতোনবীদা ইহান হান্না পীগদবগী দাবীদগী কৌবকখি-হাই, মৌনাওতোম্বীদি-? "হিপ্লিবনি।"-থৌবানী অহনবা-যেনখাদগী খুম্মকপনি। "কৈদৌবৱা হৌজিক হিপ্লিবনা?"-ঐগ্যাগী নুংশা থিবপ তৌবা ৱাহংনি। "মশা ঙমদমাল্লে।"-থৌবানীনা লৈথোকপনি। "কবি ওইননোনে?"-ঐগ্যা হেন্না খঙনীংখি। "মাগীসি বামোন ইবুংঙো, ঐগ্যা মৈজাওবী মোইবুঙ লাযনানি"-মমৌ অহনবা মাগী কাদা মোমোন তৌনা তৌনা মথন্তা শোনজবা পাউখুমনি। ঐগ্যানা তাবম্বশিং থোক্লবদি লাইশঙ-ৱালতৌশঙ যাওনা পূম্নমক উৎ ওল্লম্বা যাবা ৱানি।

পুক্লিগী নুমিদাংৱাই ওইশিল্লকপা মতাংসিদদি খবা শাফবগুম তীবে। ঈংথবে। মৈজাওদগী ইবেল্লোমদা চঙশিল্লকপগুম তৌবে, ুইবে। ঈশ্বৱগী নাম শোনবদা মাযপুনখিবনা ওইবম্বা যাই হাযনা মথান্না খয়ে। পূজা-লাংজানচিংবা ব্রাহ্মণগী শিন্থা তম্বা লাকপা সেবক-সাখাশিংদা তাকপি-তম্বীবদদি হান্নদগী মশক নাইবকপা ঐগ্যানি। মহৈবোযগী মশীং হেনগৎলকই। তম্বী-তাকপিবদা, হৌজিক্কী ওইবা মবৈ মযাম মথৎ-মথৎ পুশিল্লকই। নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং খবগা ফংলকপনিনা মাগী ব্যাখ্যা অমদি মবৈদা বিজ্ঞানগী লৌশিং পুশিল্লকপনা, থৱায তাজবা মহৈবোযশিংদি পেঞ্জে। মাংবা-শেংবা তৌহৈবা-তৌহৈদবগী ৱাফম তাকলকপদা নিযমগী ওইনা মথৎ-মথৎ পল্লগতা তোক্তে, মবম পী, মবৈ মথৎ-মথৎ পী। তাইবঙ ঐখোযনা চাবিবা পূম্নমক ঈশ্বৱদা কৎপা লোইনা যাই, যোংচাঙ কৎত্রিবসিদি মনম লূদবগী যক্তে তৌহৈদে হাযবা ৱানি; চুকপ-বেবী কৎপা যাদে-নেশানি চানু হাযবনি, শূদবা ফিদি মোৎলি মহীক-মতাঙ পকই, অদুনা মাঙবা তাবনি, অদুনা মাংই হাযদনা থিংবা তাবনি।

— গুরুজী, লৌন-লৈনবগী মতাংদা পক্ক-ব্রাযনবগী যেংনবিবসিবু?

— যেংবা তাবনি। লৈমিন্নবদা নুংঙাইগদবা খনবা তাবনি। ঈশ্বর ইবুংঙো মহাক্কীদি অথিংবা লৈতে। ইবুংঙো মাগীদি, মচা-মনাই ঙাক্তনি চপ মান্নে। তাইবঙ ঐখোযগীদি মপোক্কী ওইবা লোনচং অমম লৈনবনি। শাউগনবা অনী লৈমিন্নববদি অপ্লবীগী মিংশেল কাযদবা অমত্তা যাওববোই, অফোৎপা অনী যুম্বানমিন্নবগা মপুন্সিদা থবক অমত্তা নংনববোই. হূইগা হৌদোংগদি ববাবব খিগত্নুনা কাম্নবা তাবা, ঙানুগা ঈশিংগদি পক্কবা তাবা।

— চেল্লবদি দোষগা লোইনা কোকই হাযনবিবসিনা?

— কবিদি উপাই লৈ মশা-মশানা যানদুনা লাক্লববনিনা হন্দোক্লদ্রেদনা চান্নবে লৈমিন্নবে, খংনবে লৈমিন্নবে। অদুম পক্কবা তাবা।

— উঝাবু, পক্কবে হাযদুনা লৌকবগা কাযনবিবসিদি?

— এ! কাযনবগা কাযনজবেদনা অদুবু ঐখোযনবো।

— গুরুজী প্রাযশ্চিৎ হাযদনা অমা-!

— নখোয যাম্না চগৎখ্রে! বামোন-লাইদিক তম্বা লাক্লগা পাঞ্জি-তুকা থিদুনা লৈবে। চৎপিখ্রো লোইনা-লাকপীবনু অমত্তা! চৎখ্রো!

সেবক মযামদু থনম্মগা ঐগ্যা সুদামা ফুক হৌগত্নুনা থোঙ্গল্লোমদা অদুম থোকখ্রে। গুরুজী মওং খঙবা সেবকশিং যেংনবগা মোমোন অদুম তৌনহৌই।

"দুর্বাসাগী মধৌ ঠাকুর লেঙখ্রে।"-অমনা কবেম্নবকখি।

"হৈ! তৌইহেদেনে গুরুদা!"-অমনা বাবকখি।

চহী যাঙখৈ হেন্না লৈমিন্নবক্লবী থৌবানীদু লৈখিদবা কুমদগী ঐগ্যা সুদামা ঈংথবকখিবনি। তৌবগীদি মমৌ মথং মথং লাকখিবা মশু মনম মনম থেংনবকখিবদগী হৌনা ঈংথবা হৌখ্রবনি। মশুশিংনা ডাইনীং টেবলদা চাবা থকপা লোযননা মতমগী লৌশিংনা পীবকপা চিঙাক্কী

মখেলদা শা-ঙা নীংঙাযদনা চাবা থেংনবকপা মতাংদা হৌনবা-হৌনদবদা মচিং ফন্না কাঙদুনসু মতমগী থাজবদা থাধবা হৌখ্রনি। হৈনবক্তবনি হাযবগী মবৈ অমদা লাইগী লুকতমক ফংদুনা লাকখ্রবনি। শোল্লক্লবা, লাই সেবা ফাওবা থাবক্লবা মতাংদদি রালহৌশঙগী মচী অমদা তৌহল্লবনি। অথাম্বা মতমদা শোল্লবসু শোননা মশানা থোং থাকপনা অনম্বনি। ফিংখিদবা শাউখিদবা, শাউববসু ফাধখিবা কুইববনি। পুম্নমক্লা ঙরুবনি। মমৌ ইহন চনবীদুনদি হেক হেক শোনবগুম তৌই-শামুনা মযাঙ কংবা ওইবসু যাই. কনানা খঙবা'

নুমীৎ অদু ঐগ্যাহন মাযৈগেগী ক্লব অনী অহুম্না শীনবা লৈকাই মবীগী, অহল লাইববশিংদা সবকাবনা পীবকপা পেনসন অহানবা ওইনা যেম্থোকপগী থৌবম অমদা প্রসিডেন্ট ওইগদবনি। মদি নুংথিল পুং অমদনি হাযদনা লৈবনি। ঈবজগে খল্লম্বনা লাইশঙগী চুবিদা তৌগৎলবপা নাপী অমনী অসুম ফোযবম্বদগী মথং-মথং চখনীংলক্লুনা হিত্ৰাং লৌথোক্লবগা মথং মথং অসুম লেস্থৎপা ফান্দোকপবোমদা চথকবে। লৈকাইগী ক্লব মেম্বব নহা অমনা চঙশিল্লক্লুনা হাযবৈ-

— কৈনো ঐগ্যা পাবুঙ মীদি লাকপা হৌনবে, এম. এল. এ, সাহেবসু যৌবক্লনি হাযহৌবে।

— হৈ নুংথিলদা নত্রুনে?

— নত্তেনে! পুং তবামাথোই হাযবনিনে।

— হৌজিক্লা কযা তাববা?

— তাবে তাবে, লেঙথোকপিবকও-গী লাক্লববনি।

নহা অদু তহাশল্লম্মগা সেনি-মাইনি হাযনবা নংদে. অদুম চেনখ্রে। ঐগ্যা পাবুঙসু তহাবকই। পাযবম্বা হৈত্ৰাংদু চুবীদা চক যুংশিল্লগা খুজাই তাপ পাযবগা পুখ্রীবোমদা চেনচৎ চৎলি, লাউবম্মী মমৌদা-হাই চন্দোল লাইপোৎ থাংদোকলম্মো। চাকতু খবা কোৎলম্মো, চখোম অনীদং হুকখিগে। ঙবাংদু লৈকাইগী উসোব অমা যাওক্নবনা নুংদাংগী

চাক চাখিদে। মখোযগী মিটিংদু কুইনা চখগনি হাযবা মা খঙই। মযামগী ওইবা অচা-অথক লাইদা কত্তে শমশা-শমশা তৌই হাযদনা চাগন্দে।

ফিংবগী মতিক অথু-অকায় নংবগী থবকসু চপ চানা হৈবা ঐগ্যাহননি। ঈরু-মাযথবগী মন্ত্র তংখায চল্লকপগী অদুদা হকচাং শেংদোকপা পূমলোই লোই। মমৌদু চন্দোল উপু পুদুনা চেল্লোবকই। চাক থিবা চেনশিনখি। ঐগ্যাহন অচোৎপা ফি হোংবা নংলমদবে, ফমথবে, চন্দোল উপু হাংদোক্লে, মন্ত্র মনম-মনম থিবি। চন্দোল খুবাকতা তকলম্মগা থিনবা হৌদ্রিঙৈ লাৎচবিবা সলগ্রাম মচা অহুমদু পুথোক্লগা তাম্নিদা ঈশিং হৈদুনা লুপথোকই। মখূৎ নাম্মতনা তৌবা থবক্লি। অশেংবা ফি মচেৎ অমা লৌথোক্লগা ফৈজা চাউবপ্পা কোল্লগা সলগ্রাম অহুমদু মথং-মথং তহা-তহা থিল্লি। অহানবগী অনীদি উচন চপ-চপ চানা খিনবদা তপ নপ্পি মওং চুম্না লেঙশিন্দুনা লৈ। অকোনবগী অদুমদি ফৈজাগী অতোঙবা মপা থোকলুবনবা কবিনো কোক খিল্লবদা ফৈনা তুথবকই। মন্ত্র থিনা-থিনা অমুক খিল্লুই। অমুকসু তোপ তুবকই। অমুক তোক খিল্লুই। হন্দকসু যৎ ঙামথবকই। খঙহৌবা নত্তে, ঐগ্যাহনদু-ফ্রং! মবীবক শুবা ওইনা কোক খিনগে পাযখৎপা থৌদু লাই মচাদু লাক্কুনা হূৎ! মাযগৈ খঙহৌবা নত্তে। সলগ্রাম অদু মন্দিরগী যূম্বী মখোঙ অমদা কাক পাল্লুবগা হূৎ থক্তোবক্কুনা, ঙসাই যুংলম্বা হৈজ্রাং অদুগী মনাক্তা অকূৎপা চুবিতাফম অদুদা পোপ তাবগা খুং উংবদৌনা ঙাইহাক উংদুনা লৈবনি। ঐগ্যাহনগী মমাঙমক্তদনি। পূম্নমক কাউথোক্লগা ঐগ্যাহন মমীৎ-মনা লাওথোক্কুনা শংত্রিক যেংদুনা লৈখি। হেক থংনবা মীৎকুপতা ঐগ্যাহনগী মীৎলু অনীমক্তগী পিবাং মতূম-মতূম শিন্থবকখি। মতূম মতূম অতৎপা-লৈতনা।

ঐগ্যাহন সুদামা দেব শর্মা পঙকপ কপকনবা মীওই নত্তবনি।

ইম্ফাল

২০০৭

# মহৌশাগী থেঙ্গৌ জগোয়

হায়লাকান্দীগী লালা শহবদা চন্দ্রাবলী চনুগী জগোয উৎকদৌবি। থামুক্কী মমাঙদগী মখল মখা যাম্লবা পাম্বৈশিংদা এডভবতাইজ তৌদুনা লাকপদগী কাছাবগীতা নত্তে অসাম অমদি মণিপুব অপূন্বগী মীওইশিং শেগাক কাযনা খঙনবে। ভাবতকী লম অতৈদসু পাউ অসি শন্দোকখ্রবনি। পূম্নমক্না খৌবাংনা ঙাইনবি।

চন্দ্রাবলী চনু, অঙকপনি, ভাবতকী শাস্ত্রীয জগোয পূম্নমক চাং মান্নবা থাক অমদা হৈ। ইনাক যাম্না খুনবা ইমুংগী মবুঙ মঙাগী অমত্তা ঙাযবী মচা ওইবকপনা মানা পামজবা অমদা মায়পুননা ঈনবদা অপনবা মচেং অমত্তা লৈবক্তে। এম, এ, লোইববা মতুংদা মানা হান্নদগী হৈননা তম্মকপা জগোযশিংদা পুঙলুপ লুপখ্রবনি। মাগী মাগী লমদা য়েৎনবা লৈতনা অব্রাংবা থাক্তা লৈববা ফৈজাও গুরু, গুরু মদন লাল শাস্ত্রী, গুরু বেঙ্কতেশ্বব অযযব, গুরু বঙ্গবাজন অমদি গুরুবব পানীগ্রাহী অসিনা মাগী জগোযগী গুরু ঙাক্তনি। মানা শাবা জগোয, মানা তৌবা লেকচব মানা উৎপা ডিমোনষ্ট্রেশন যক যক লাউবীদা লৈ। পূম্নমক্না কল্লক্লে। যেক্রুবশিংনা ফাওবা থাগৎলি।

চন্দ্রাবলীনা থোইদোক হেন্দোক্না ফাওবিবসি ফৈজাও গুরুগা কুপ্না নৈনবগা পুথোকপা থেঙ্গৌ জগোয হায়বসিদনি। থেঙ্গৌ চোংবগী থাঙগী খোঙফমদা যুমফম ওইবগা শেমগৎপা অকল-অথৌ অমদি থোৎ-মেঙবা অনী পূন্না যাওবা জগোযনি। থেঙ্গৌ চোংবসু পথাপ অমত্তা কাযহন্দনা হৈ। ফৈজাও গুরুদা তম্বনি। নুপীদা থেঙ্গৌ তম্বীহৈদে

হাযদনা গুকনা যাম্না কুইনা তম্বীখিদবনি। হাযনবা লৈ হাযদনা কিহনখিবনি-ইমাই! নুপা মক ফাওবদা লমচৎ-শাজৎ মতা চাদবদদি তম্বিবা যাবা থাঙলোন নত্তেনে থেঙ্গৌ হার্যবিবসে! অহৈবা উঝানা শাবা ফাওবদা খজিক শোযখিবদা লৈবাক কাং-খোং চাইবিবনি। মী অমত্তা নত্তে শাগৈ-নাতৈ হূপ্পা তীঞ্জং লাযজঙলিবনি, তৌনু হাযহৈদে সনা!

ঈশ্বর অমদা কন্না থাজজবী চন্দ্রাবলী হনবা লৈখিদে অনীংবা অবেপ্পা অমগা লোযননা কন্না তক্লদুনা তমখিবনি। মী অমনা চপ লেপ্তুনা হৌগৎলক্লবদি নোংমদোনগী নুমীৎ থা ফাওবা লম্বেল খজিক থৈবোই নীংনবা যাই। চন্দ্রাবলীনা লৈবাক্কী থাঙগী উঝা ফৈজাওদগী থেঙ্গৌ তমখি। চহী অনীগা থা অমা চঙনা মমুদ তানা তমখি। থাঙ পাযবদগী তম্বা হৌবনা থাঙলোন লেইবগী মিকোন থাগোনবা ফাওবগী খোঙথাংদা চেইশিল্লি। মবম অসিদা মশাগী ওইবা জগোয মখল অমা পুথোক্লবা পুং কুনমাবি খন্দুনা হোৎনখি। থেঙ্গৌ হৈবরা মতুংদা জগোয অসি পুথোকখি, মমিং থোনখি-থেঙ্গৌ জগোয। মশাগী হোৎনবগা লাইগী লাইবক্কা অনী উচন চুংশিন্নখিবদনি মীনা মশাগী নমদাংদা থোইদোক হেন্দোকপা মফম অমা ফংলক্লিবা। চন্দ্রাবলীগা থেঙ্গৌ জগোইগা অপূনবা মশক অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙলকখি। মশক অমদি মহৈনা অখন্নবা মঙাল অমা তাহল্লকপনা চন্দ্রাবলী অচৎপা মহৈশঙ অমা ওইনা লৈবকখি। লৈবাক্কী শকখঙ মনা, শক্তাক মিংথোল, লোযননা শকথা খূদোলশিংতনা মনম মনম লৈতেংলকখি। মশাগী চহী কুনথ্রামঙা খবা হেল্লকপগী অদুব্রাইদা মালেমগী শক্কক অযাম্বদা চন্দ্রাবলী মমিং লৈখ্রে। অখন-অখন্নবা লৈবাক অমদি মীবৈবাক্কী থৌবমশিংদা চন্দ্রাবলীগী থেঙ্গৌ জগোযনা অখন্নবা শক্কক অমা ওইবকখ্রবনি। পোৎনবু মযেক শেংলবদি ঙমখৈশিংনা অপনবা পীবা ঙমদে। মহৌশাগী পথাপ অমা ওইবা তাই।

*তাইবঙগী খুদুমদা লৈতবা মহৌশা অমদি মাগী পথাপনি। মনাক ফাওবা নকশিল্লুবা ব্রাববা অফৈবা পথাপ অমগী মহৈ অমদগী কন্না মচীন* তুমখৎলক্লিবী চন্দ্রাবলীগী লাইবক মতাং অমদা অফ-ফত্তা অনীগী কাবক্তা লৌশীন্দুনা লৈববি। মীবৈবাক অমদা থৌবম অমা যাওরুবগা পাইবকপদা মুম্বাইগী প্লেন তাফমদা, কবিসু নত্তবদা, প্লেনদগী কুমথবকপদা কৈবাক্তগী নাম্থবক্তুনা লৈমাযদা তাবকখিবনি। মৈদুনা তাবদা মফম ইচা চাদনা ওয থংবা মখোঙগী খুবায শক্ক অচৌবা-মচা অনীমক পূন্না থেগাক থেগাক তের্কখি। অনকপা, খ্বাযদগী ফবে খন্নবিবা হোস্পিটালদা খঙলকখি-শক্ক অনীমক মকৃপ-মকৃপ কযাম্নুক থোক্লা কাযদুনা তেক্লে। তেক্লিবসি চন্দ্রাবলীগী খুবায নত্তে জগোযগী মালেমগী থাংলেন শক্ক অমনি-থেঙ্গৌ জগোযদা ঙাওজবা মালেমগী শকক্লা শাংবা তকর্শিনি। অহন্নবা হবনা মমীৎতা মপি তবং-তবং তাবিবনা চন্দ্রাবলীগী জগোয অমুক শাবা যাহিগদ্রা' তাংদাংবা খঙনদ্রিবসিনি। মগী সেবক কযাম্নুক্তি লৈবা কুইবে। অদুবু মযাম্না পাম্নবিবদি চন্দ্রাবলীগী থেঙ্গৌ জগোযনি। যাখিগদ্রা। যাববদি ফত্রনিদা!

কুইনা লাযেংলে। ফমুংদা কৃন্দুনা লৈবে। মতম খবা পোথাবগা শোধদনা শাবনি হাযবগী থাজবদা চন্দ্রাবলী হিংজবদৌনা লৈবম্বনা দোক্তবনা থা মঙা-তবা চহী অসুম যৈথোক্লম্বনা মমৈদদি জগোযগী চোংবা তোক্লবা পাউতাক পীবক্লে। খজিক্তংদনা ভাব তাই-শাবনু হাযর্বনি। তাবদা চন্দ্রাবলী মথম্মোয শোক্লা কপখি, কপচখি, কুইনা কপখি। চহী খবগী মনুংদা মখোঙ ওয অদু তেনশিল্লে পীকসু পীকশিল্লে। চৎপদা মফম অমা খঙনা শেক্লে। চৈশূ থাদোক্লবসু অযাম্বা মতমদা মী অমা লোযনদ্রবদি পঙনা চত্তবে। জগোযবু ঈবাৎচবা কাঙবুদি থম্মোয কাযনবা হাযবদু যৌবে।

মশাগী পূম্নমক চাদিং তৌদুনা লিংখৎচবা 'পান্থোইবী অনোইবোল শঙলেন'গী প্রিন্সিপল ওইনা জগোযবু ঈবাৎচবি; পূম্নমক জগোয

লাইবেন্বীদা কৎথোক্লি। চপ চানা সেবা তৌবি। শন্দোক্লি লোয়নবা শক্তাক্লি। মফম চাউনা হেন্নদুম চাউনা লৈবক্লি। শাবদি শাখিদবে। মতাংগী ওম্বোকপা তাঙ্ককনি।

কাছাবগী হায়লাকান্দীদা মৈতৈ জগোয়গী কোলেজ অমা লিংখৎনবা থৱায় যাওবা কাঙবুনা কন্না লাক্লবকপা মতাং অমা লৈখি। আশা যাম্না চাউবা কোলেজগী শক্তম্নি। হৌদোকপগী শেল খবা খায়ববা মতুংদা যাত্রা হুনবগী মতম লেপ্লে। শীল্লিবা কাঙবুনা চন্দ্রাবলীদা লাক্লুনা হায়ববে-প্রিন্সিপল ইবেম্মনা যাত্রা অসি হুনবিয়ু অদুগা ফন্দগী শেনফম খবসু ওইহৌনবা ইবেম্মগী মহৈবোয়শিংনা 'থেঙ্গৌ জগোয়' যাওনা জগোয় খবসু উৎপিয়ু। চন্দ্রাবলী জগোয়গীনিসু হায়ববদি পূক্লিং হেক্তা চঙই। জগোয় অসি মাগীদি পুন্সিগী লম্বেলসু লমথুংসুনি। অদুমকপু হায়কই-

— শোদি উৎলগে। ঐখোয়গী কাঙবুগী নুমীৎ নীনী-হুম্নিদুদং লৈনবা মফমদং শীনবিয়ু অতৈদি ঐখোয়না থোকপা তৌবগে। অদুগা যাত্রাদি ঐ হনজবোই।

— এ, কবি ৱানো ঐখোয়দি আশা চাউনা লাকচবনি।

— লম অদুগী মন্ত্রীবা এম. এল. এ. বা নৎত্রবসু ময়ামগী ওইবা মীশব অমবু হুনহনবিয়ু।

— ঐখোয় মীয়াম্না পামজবদি ইবেম্মবুনি।

— থবক অসি অফবা যাইফবা তানবগী চাউববা থবক্নি। শেমগৎ-শাগৎপগী যাইফবা থবক অসিদা ঐগুম্বী শোইনাইববী অমনা. .

— মদু ওন্নবে ইবেম্মা, শোইনাইববী ইবেম্মগী খূৎনদা হুনবিয়ু ওইদ্রবসু তোকচসনু। মসিনি ঐখোয় মীয়াম্না পামজবিবা।

পামদবা নত্তে চিংনকবনি। হায়নবী চৎনবী থাজনবীদা কন্না থাজবা মী ওইদবীনি। অদুমকপু লীশাং শীৎনা লাক্লবা চৎনবীবুদি

ইকাযখুম্নদনা তোক্তে। চহীনা ওইবসু যাই, লাইবক্কী মতাংদদি খবা থাজবা হৌবকখবে। জগোযগী অচৌবা কাঙলুপ অমা পুদুনা লাক্কবা যাদে হাযবা লাকপা কাঙবুনা কযাদা হবাওজখিবা!

ইম্ফালদগী মী লাকপা বস অচৌবা অমগা কাব মচা অমগদু সিলচবদা মযাম ঙাইবমদুনা ওকপনি। মজাতিগী ওইবা মীনা লাই তাবকপগুম তৌবদা নত্তে. শহবগী মীযাম্নসু চপ চানা-ঈকাযখুম্নবম্মী। ওকপগী মীফম অহুম মফম অহুমদা শীল্লম্মী। নুংঙাইবা ফোঙদোকপগা লোযননা জগোয হাযবা কলা অসিবু শীংথাদুনা নীংথিজনা ভাষণসু পীকই। মা মশাসু মযামসু ইপেন পেন্নে। মীতোপ্পা শাংনা থাগৎপদগী মাগী মীনা তেন্না শকখঙবিবনা হেনবসু লৈবি। মপুক্লিং ইনৌ নৌথোকপগুম তৌই।

হাযলাকান্দীগী লালা শহবদা মেলাগী লমপাক অমদা টেন্ট চাউনা চাউনা খল্লগা জগোযগী কাঙলুপ লৈ। চন্দ্রাবলীগী লৈযম সবকাবগী চাউববা পোথাশঙলেন অমদা কা অহুম লৌদুনা শীল্লম্মী। চন্দ্রাবলীনা যাদে। মযামগা পুন্না লৈমিন্নে। মাগী তোঙানবা টেন্ট অমদি তনখন খল্লি। উন্নবা অমদি যেংবা লাকপা মযাম পবেং মবী-মবী লৈবনা ঙাইহাক্তা পোথাবা শংদে। মীওইশিং অসি শহব অসিগীতা নত্তে বাজ্য ব্রাংমা লানবা মফম কযাদগীসু কোঙ্গায অমনি। হান্নদগী হৈনখ্রবীনি থোইদোক্তে, মবম মতাং তাঞ্জা পীবা নৎত্রগা লৌবা হৈবীনি।

যাত্রা হুনবগী থৌবম অদু কযা চাউনা পাঙথোক্লবা শীল্লল্লে। চন্দ্রাবলীদি তশেংনা ঙকলুবে। মযাযগী লৈঙাক্লোয মন্ত্রী অমনা লাকপদা তিনবা মীযামদগী তাদনা তিল্লি। ফজববা অহনবা কবনে অমা সিমেন্তকা লৈঙোইগা থীংলবা হিদাক অদু হান্ননা শেম শাববা চেকলোন মথক্তা হাপ্পা মতাংদা খঙহৌদনা মপি শিন্থবকখি। পূম্নমক্লা উববসু পিবাংগী ঈবীকশিং মাদি খঙখিদে। মহৌশানা মহৌশাগী শাথেক্তা থেক্লকপা জগোয় ওইবা তাই!

ব্না ঙাংবগী থৌবমদা মথন্তনা পুং অনীবোম ঙাংখি। খোঞ্জেল খোয়থুম্লে। ব্নাহৈ-ব্নাতা থোৎলি ভাবোক্কী মতা য়েংলগা মখা চখবা হৈবীনি। মবক মবক্তা খুবকপা ভাবোক মযামগী খুবাক্কী মখোলনা শহব অসিদতা নত্তে লৈবাক্কী শহব অতৈদসু নিল্লি। নুমীৎ খবনি নিন্দুনা লৈখিবনি। খববগা টি, ভি,গী লনাই চেনেল খবনবু লাই যাওখবে। আকাশবাণীগীনা তোঙানবা মওং অমা।

জগোয উৎপা নুমিদাং অসিদি অঙকপা হাযবদু যৌখবে। জিলাগী খ্বাযদগী চাউবা হোল অদু পোকখাযবনি। নুমীৎ কযানিগী মমাঙদগী টিকেট যোনবা লোইশ্লবনি। নুমীৎ অসিদসু মীযাম্না যামন্দবদগী অকক্লবা মশীং খবা যোনবনি। দুনা দুনাগী মমন্দা থাবনি। অদুমক্তদা শীযু হাযবা মীনা মশীং খঙদনা লৈখ্রি। অহেনবা ফমযম শীনবদা যাবক্রবনা লেপ্লগী মশীংনা হেনবোইনা লৈবর্বনি। ব্লেক শান্নব কাঙবুগী মতোন ওইবনি। মখোয ফাওবা মশাগী টিকেট খাকহৌই। নোংঙাল্লমদাই ফাওবা জগোযগী থৌবম চখিখি। শহব অপূম্বা তূন্নখিদবা মাল্লি।

নোংমা, অহীং অমা, উৎপকী ওইনা শেম্বা থৌবমনি, মযাম্না যাদ্দবদগী হুম্লি মথং মথং চখিখি। হুম্লি চনবা অবোইবা নুমীৎতুদি শো অনীবক উৎখি। নোং পুংঙান ঙাল্লি। মযাম্না কন্না হাযবদগী চন্দ্রাবলীনা ব্না শাংনা অমুক ঙাংখি। মযাম পূন্নমক পেন্নবা তাদুনতা লৈনীংবগুম তৌখি। ঙাংবা লোইশিল্লকপদা মশাগী পুল্সি ব্নাবী মতেক অমা লীববা মতুংদা জগোয শানীংবগী অপাম্বা যোঙদোকখি। শাবা যাদ্রবগী থব্বাম শোকপা ব্নাফম খবনা ব্নাথৈনখি। পিবাংসু যাওখি। কপ্পা ভাবোক যাম্না যাওখি।

মথংগী অযুক্তা যেংবা যাবা লম খবা যেংবগী থৌবম অমা থম্বনি। ব্নানববা কাঙবুনিনা যৈথোক্লে। কন্না তূমথনবে। হনবদা নোংমা যৈথবসি খন্নবে। উন্নবা অমদি যেংবা লাকপশিংবু যাম্না কন্না থিংদুনা

চঙহন্দে। নুংথিল নুমিদাংৱাইবম ওইনা লাকপিনবা নীংথিনা হাযজখি। অশাউবা অনী-মবি যাওবমদবদি নত্তে; অদুবু লৌশিং তানববা ঙাক্লি; নীংবা কাযনা অদুম হন্নখি। অদুবু অহল ওইববী অমখক্তি শঙদুনা মী অমত্তা চঙহন্দ্রিবা নুপা অদুদা হাযনবা ঙাইহাক্তং উবোবোনদি তৌকৃবগা তুমথবদি যাদ্রবা, হোৎনবিবী চন্দ্রাবলীনা তায

অহল — ইবুংঙো, ইবেম্মা দেবীদ্ অমুক্তা ফংনজগেবা।

নুপা — ইমা, ঙসিদি সুপযা যাববোই, হযেং ফংনবো।

অহল — ঐদি যাম্না লাপ্না লাকপনি। খোঙসু তেকপনা চৈশু যেপ্পিসিনি। ঐ ঙাহহাক ঙাইববসু ঙাইজগে। অমুক্তা ফংনবগা খুকমজগে। মাদি জগোযগী লাইবেম্বীনি, ইমাসু জগোয যাম্না পামজবনি। দেবীদু খুবমজগে।

নুপা — খুবমগে হাযবা ঙাক্তেনি হনখ্রিবা মযামসে। হল্লো হযেং লাকউ। দেবী চেপ্পি।

অহল — যাদিযুবা ইবুংঙো, ইমাবু-'

নুপা — যম্না চগৎলিদা ইমা হনুবী। ঐনা যাবা-যাদবগী নত্তেনে, মযামসি অহীং তুম্নদবনি, হৌজিক্তা তুম্নবি।

অহল — অতৈ মযামদু নত্তে ঐনা ফংনবা পাম্মিবদি ইবেম্মা চোনদ্রাবোলীদা লৈ অসিগা চাকহাউগী চেঙপাক অসিগা কৎলমগে অদুগা হুৎ হনখ্রবসু হনখিগে। ইমাবু-'

নুপা — হৈ হনুবী' যাদে হাযবেদনা' মীৎ-নাগনা ইশা শাবনে' চৎখ্রো হাযবেদনা' চৎখ্রো' কোন্না লাকউ' কৈকান্নদবদা-'

চন্দ্রাবলী তাবম্মদগী তপ্না হৌগৎলকই; টেন্টকী থোঙনাওগী পর্দা অদু খজিক হাইগত্তুনা যেংলুই। অহল ওইবী নুপী অমা শেগ্রাক্তা উগী অকন্বা ক্রচচ নামখক শৌবগা তপ্না-তপ্না থোকখিবা উই। ক্রচচকী খুৎ

পাযফম মনাক্তা ফিগী পোৎয়োম মচা অমা পুনবা উই। চন্দ্রাবলী তপ্না থোকই; কৌকই-ইমা মানবী অহল।

অহল অদু খংওন ওনশিল্লকই। মমীৎ অনীদা শিন্থবিবা পিবাং কংবা লোইবমদ্রি। মুনা খুইববা মাযথোঙদা ঙমখৈ লৈতনা হবাওজবগী মোমোন অমগা লোযননা চোংলপ চোংলপ হোৎচিল্লকই; মাযোক্লনা নক্লা লেপ্লগা হংলৈ-

— ইবেম্মা দেবী, চোনদ্রাবোলী-?

— মানি ইমা চন্দ্রাবলী হাযবীদু ঐনি।

তাবমক্তা অহল অদু ক্রচ্চ থাদোক্লগা চন্দ্রাবলীগী মখোঙ শোক্লবা কুন্থবকই। চন্দ্রবলীনা তুং খংহন হল্লগা হাযকই

— কৈ'না ইমা, হৌনদে! নচানুপীগুম্বী ঐঙোন্দা-!দোষ ওইনি।

— দোষ নত্তে ঐগীদি পুণ্যোনি। ইমা পান্থোইবীগী শাযোনবু কবিগী দোষনো! ননাইনুবীনি। সে সনাবৈ হৈবোন অমা ইবেম্মগী তমজবকই, ইখুৎনা শুজবা চাকহাওগী চেঙপাব খুযা অমগ পাযবক্লি, নখুৎতা পীজনীংবগী তৌবনি। চৎলগে ইশ্ নুপাসিন কন্না হাযবক্কনি।

— ঙাইখো, ঐ হাযনগে। লাকখো ফম্মখো। চা অমা থকপিখো

— ঐদি চা-নুং কবিমতা থক্তে; ক্লাসু চাদে।

— ক্লা চাদবদুদি ঙকই। লাকখো।

কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। লৈমাযদা ফম্মি। শোফাদা নৎত্রগা চৌকীদা ফম্মু য়াদে। ফমদ্রিঙৈদা মাগী পোৎযোম মচাদু তনথোক থোক্লগা মনা অমদি মশাগা কোন্ননা হেকপা সনাবৈ মচা পিশক অমা পুথোবক্লগা চন্দ্রাবলীদা পী। চন্দ্রাবলীনা য়াম্না হবাওনা লৌবগা লাইবক কৎলগা পায়শেম্মি। অহল অদুনা মাবগিন মচা অমনা যোম্মবা চাকহাউ চেকপাক অদু লানশিল্লগা হায়বনি-

– সে, ননাইনা দেবীগীদমক্তনি তমদুনা নুমীৎ মবিনি চঙনা শুজবনি যাম্না শেংবনি; ঈকুজ-ঈকুজবগা দেঙ্গি চাম্মগা শুবনি; শনখোমগা থকউ। পাঙ্গল লাকপনি। ব্রানা জগোয শাকবগা তৃম্নমদাইগী অদুনা শনখোমগা খোইহীগা মিলাইনবগা থকচিল্লু; নুংঙাইনা তৃম্বনি। অযুক যাহৌবকপদা পুমতেক তেকখৎপনি। জগোয চোংবা ঙম্বনি। ঐসু অঙাং নৈশাবিঙৈদা জগোয তৌবম্বনি। খাগিলৈহাউদগী তাবদা খোঙ অনীমক থেগাক থেগাক তেকখিবদগী শাখিদ্রবনি। য়ুমসু পানবা খঙদ্রে। ঐগী কনাসু লৈত্রে। ইমা পাবো লৈখিদবা কুইখ্রে। পাবোনা খবা হানখি। ইথন্তনি মালেম অসিদা য়ুংলিবসি। বসতা লাকপনি। ঐনা লাকচখ্রবা পোৎনি। দাইভোবশিংনা তোংগে য়াদদনা নোংমা পন্থববনি।

– কবি লমদগীনো ইমাবো?-

– কাবিমগঞ্জ মমিং তাববা?

– ক্না সুপারী যাম্না ফংবদো, তাবে; অদুদগী?

অদুসু মযোন্দগী নত্তে আ-মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা লৌব্রাই অমদগীনি। খোঙনা গাউী ফংফম ফাওবা থোবকপনি। শাংঙি, উফুলনা খুজেং-খুজেংনি লম্বেনসু।

– কদাইদা লাকপনো অদুক ব্রানা?

– ঐপাবে' ইচা দেবীগী জগোয যেংবা লাকপনিনে। দেবীগী থেঙ্গৌ জগোয তাবেনে। কুইবে। নঙহাক্কী জগোযগী ব্রা কোলিকোতাদা লৈবা ইপ্পা অমদগী তাখিবনি। ফজখ্রে হাযখিবা ইমা পাম্বোইবীমক্কি হাযখিবনি। ঐনা দোবশোন তৌনীংবসি তৌনীংবসি ইস, তৌনীংই। খবব কাগোজতদি উবে। অহুম-মবি ঐগী লুখুমদা থেৎলি। দুবগা-পুজা হেক লাকপা-লাকপদা

ধুপ থামৈ থাদুনা লাংলি। লাইমচাদা মচাসিঙাইদা। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লেঙলক্কনি হায়বা পাউ তাবদা লুতোনা শাংপমখৈ নুংঙাইবনি। অবাংসু নহানসু অদুগী মমাঙ নহানসু শাই হাযনৈ। ঐদি উজহৌদ্রে। অসাই নোংঙাল্লমদাইদা থুংলবনি। জগোয লোইদ্রে হাযবে। ইপাপ অসি লৈবিমাল্লে ইবেম্মা! অদুবু কৃপানি ইবেম্মগা, দেবীগা ফংনবে। পুণ্যো চেল্লে। ইবেম্মা ননাইনা ঙমজবা খূদোল উফুলগুম্বা পীবনিকো ইমাবু লক্লগনু-

— ঐগী খ্বাযদগী হকপা খূদোনদি ঙসিদা ফংলি। ইমা ঐদি জগোয শাদ্রেনে, অদু-।

— কদাযদগী শাবিবগনি। নিংথৌগী সনামাঙদতা শাবা ইবেম্মা দেবী যা তীনগী মখা হলগুম্মবী উকং অমগীদমকপু-

— ঐগী জগোয যেংনীংববনে ইমা?

— এ! কবি হাযকুবনি, অদুদা খজিত্তা ওইববসু যেংজহৌগে হাযবগী লমশাং অদু চোংদুনা লাকপনি। তেকেৎসু লৌই হাযবেদনা, অদুগী লূপা যাঙ্খে মঙাসু পাযবকপনি, যাওবিগে তো, ফিজিদা কন্না পুল্লি-যেংঙুদো-।

নাকল নাম্মা খাওন ওন্দুনা ইল্লিবা ইন্নফি অদুগী মচা অমা মখ্বাংদা যেপ্পল্লি। তপ্না চিংথোক্লগা চেংনা কিবিবা কিশি অদু থোক্লবা লাক্লবি। নাকন্দা লেপ্তুনা মমীৎ থক্লা যেংলিবা নুপা অদু নোক্লিংলকই। লুপা চামঙাগী টিকেটনা খ্বাযদগী যামদ্রবা ওইবদুনা লুপা যাংঙৈ মঙা পুবক্লি, চামঙা পীবদুসু ব্লেকতা লীশীং অনী যৌবা য়াওখ্রিবনি। নোক্লিংবা খাঙলিবা নুপা অদুদা হাইবপ যেংলম্মগা চন্দ্রাবলীনা অহল অদুদা হায়বকই-

— ইমাবু ঐগী জগোয় যেংনীংবা? শাউবনে?

— *কদায়দা কদৌঙৈনোনে ইবেম্মা?*

— *অসিদা ইমাগী মাঙদা শাগে ইমা অশোয় অঙাম যেংঙু।*

*হাযবম্মগা চন্দ্রাবলী ফুক হৌগৎলি; মাগা লৈমিন্নবিবা প্রাইবেং* সেক্রেটরী সনাজাউবী হৌদোক্লগা থংনবা টেন্ট অচৌবদা লৈবিবা পুং মখল মবি যৈবা নকুল, সঞ্জয, তোমচা, মোহনদা মাগী মাগী পুং পুদুনা থোবক্লগা হাযকনবা থৌদাখি। যন্ত্র পাযবা অতৈসু লোইনমক কৌথোংবগু হাযবকই। সনাজাউবীনা ঙক্লিঙৈদা সিনিযব গুব- মতৌলৈবীদা মাগী পোশাক অহনবদু পুবক্লবা হাযবই। মতৌ লৈবীনা তাপ-তাপ পাযবগা পুবকপদা চন্দ্রাবলীনা লাকপোই মুনবোই লৌবগা মিংশেন খাংঙৈ অদুগী মমাঙদা মথং মথং শেংপা হৌই। আর্টিষ্ট পুন্নমক খোইবেন মশা পান্নে ইবাঙ লাঙনৈ। লাঙবদগী ঙক্লবনা হেল্লি। মথং ইন্দুনা শক শেম্মিবী হবিপ্রিযানা মেক-অপকী মচল লৌথোক লৌথোক্ল' তপ্না হংলুই-কবিনো মেদাম তৌবিদৌবিসিবো? চন্দ্রাবলীনা শাইরা-তৌনরানা শুমহৎখ্রবা শক্তম অমগুম তিংদম ফমদুনা লৈবিবী মহল অদোমদা খজিক যেংলগা হাযকবনি-ঙাইখো যেংদ যেংখো! শক শেম্বদা ওন্নহনগনু, অহকপা শো অমনি!

লৈবিবা মযামসি ঙক্কবা অমত্তা যাওদে। ঙকচনা নুংশা থীবগা লোযননা অকিবা অমসু ফাওবিবদি মবুঙ যাইমগী মচানুপী দোক্তব গঙ্গানি। দোক্তব গঙ্গানা পেহৌ পেহৌ মবক থৎলকই-

— কবিনো নেনে তৌদৌবিসিবো! ঙাওববো!

— ঙাওবা নত্তে বেবী, ঙাওজনি। নঙসু ঐগী জগোয অমুক্তা উদ্রিবা নৎত্রা? যেংহৌবো। কনানা খঙবা থংনবা মীকুপতা কবি ওইবা! চহী কযাগী মতুংদা শাদৌবিবনি। শেন্দোয-শেল্লেপ লাকখৎতুনা শাদৌবিবনি। ও. কে. ইভ্রিবোদী গেট বেডী! কোবস পার্টি ষ্টার্ট-!

হৌখিবা শো পূন্নমক্তা লাউখিবগুম লাউবকপনি। খেন্নবা অমত্তংদবু ঙসি অসিদদি লাউনা লাউনা মযাযদা চপ চাবা শাথেক্তা থোবক্তুনা লেপ্লবিবসিনি। নুংশা থীবম্বদগী পাখৎচববী দোক্তব গঙ্গা চঙশিনগে তৌই। খামদুনা থিংনীংবগী মওংনি। মনে চন্দ্রাবলীনা মখূৎ খজিক থাঙ্গৎতুনা হাইবপ নীক্লুই। গঙ্গা চঙশিনবা ঙমদে। চন্দ্রাবলীগী ইঙ্গিৎতগী খোঞ্জেল কযামুক্তা মোইবুং খোংলকই-

অহানবমক্তদা থায়নগী হান্নগীগুম জগোয়গী শাথেক্লা নীংজবা ঈশ্বব অমবু খুকমজে; মথংদা পায়দুনা তন্বিবকপা গুকশিংদা ভক্তি কৎচৈ; হেক লৈথবকপদা লৈমায়দা মখোঙ নাম্মা তিংথোক্তুনা ফন্নিবী অহল অদোমদা ওনশিন্দুনা ইকাযখুম্নবা উৎলম্মগা হান্ন-হান্নগী অদুঙৈগীগুম লৈশেম জগোয়গী শাথেক হৌবকই। যন্ত্র পূন্নমক মাগী মাগী সুবদা মথৌ পাঙলকই।

যাচঙবগী তাজীনদা থাবল্লৈগী মনম অকোযবা নাকযেৎতা শন্দোকপগুম্মী; পাউ অসি মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা শহবদা শন্দোকখি। চাবম্বশিং মখূৎ হাম্বা নংদে, অযুক নুংদাংগী ফিজোল হোংবা কাউনৈ: ঈবংজবা হৌকববীশিং মকোক্কী শম্পু থাদোকপা যৌনা কাউনৈ লোইনমক হোৎচিন্নবকই। মীনা পিক থল্লি। পবেংনা পল্লোন তবেৎ খূদক্তা কোযখি। শহব অসিগী যুম অমদি লম্বেন ইতাক তাকখিবগুম তৌই। পুন্সি তেমশিংনবা ঙম্বা শাথিবা কাঙলুপ কযানা অমুক্তদা পূন্না কৌবা বন্দগুম শহব অসি খুন্তাক লানশিবগুম তৌই। মেলাগী লম্পাক অসিদনা গ্রহ অনীগী হীযাঙ লৈবগুম থোকখি। অদুক যাম্বা মীৎযাম অদু অমত্তা কূপ্পদবগুম তৌই। চেক-মোকসু লাউনদে।

মযাযদা চন্দ্রাবলী তান অমত্তা কাযদনা, খোঙফম অমত্তা শোযদনা লৈবি, চোংলি থেক্লি লোযননা নোইবি। চন্দ্রাবলীগী খোঙথাংনা যন্ত্রশিংগী খোঞ্জেন্দা তোংলিববা, খোঞ্জেনগী অপূনবা তাম্বানা চন্দ্রাবলীগী শাথেক্তা যৈবিববা খেন্নবা খঙবা ঙমদে।

হাইগৎলকপা নুমীৎকী বাগ মথং মথং ফাওবকপগুম তৌবি। লোনবী বাগিনীশিংনা মপুবোইবা বাগগী মতুং চপ চানা ইল্লি। পুং অমগা মথায়মুকসি নুংশিৎ নুংশা ফাওবা চপ লেপ্তুনা লমদনবগুম তৌবি। সূপ্লগী মযায চবুক্তা চন্দ্রাবলী অমত্তমক কন্না লেঙলি।

থেঙ্গৌ জগোযগী মপুঙ ফাবমদাইগী যক লাউবী মতাংনি। কাযহৈদে হায়নবা থাঙলোনগী খোঙফমদা কন্না চোংলকপনি। যন্ত্রগা খোঙথাঙগা ক্রক-ক্রক লাকশিন্নদুনা হাৎতৎনবকপা মতাংমক্লি। ভাবোক পূম্নমক কাথোকখিবা ময়া উমশিনবা পুংকাউ কাউনবা তাঞ্জামক্লি। লৈমাযদা মখোঙ অনী শৎ তিংথোক্লুনা যেংলিবী অহল অদু মখোল থোক্লা কপলক্লে। কনাসু তাবা শংনদে। পূম্নমক নুংফাওননা পুংশূম শূমহৎখিগুম্লে।

মহৌশা মাগী ওস্থোকপা খোঙকাপনি। চন্দ্রাবলীগী খোঙথাঙ খোঙথাং খুদিংদা ঈখেঙনা পুমঙাং পুমঙাং ঙাংলক্লে। মমৌনুপী দোক্তব ঙ্গানা যেংখিবদা নেনে চন্দ্রাবলীগী মখোঙগী ফিজোল ঈতনা পুমঙাং ঙাংলম্মে। পাখৎনা অযৌবী খোঞ্জেলদা লাউকই। নেনে! লেপ্লো! চন্দ্রাবলী তাদবা নত্তে, খঙদবসু নত্তে লেপ্তে। লেপ্লোই হাযনা লেপ্তবনি চোংনা চোংনা লৈবি, লৈনা লৈনা চোংলি। লৈমায মচা অসি পূমঙাং ঙাংখবে। মখোঙদগী ঈফুৎনি। ঈ খুদেংগী মশক্লি। ফিঙৌ ফৌবিবা ভাবোক্কী পল্লোননা লাইখুদেংগী মশক। অহাংবা ঈ খুদেং-লাইখুদেংগী লংদাইদ মালেমগী মশক ওইবী চন্দ্রাবলী লৈবি, চোংলি অদুগা থেক্লি। লেপত্রি, লেপ্লগী অপাম্বসু লৈতবি। কবম্বা মতমদা লেপ্লা? মহৌশা মাদি মখঙলিনি।

শিলচব
২০০৩

# কংলৈ চনু মনা

পোযনু থাযাবগী মেঙলবা নুংশানি। চাকচা তোল্লগা পিশকনা পোথা চৌকীদা, কোক্লা উকমদা মশা মখৈনা নুংশাদা শাংদোক্লপ ফম্যগা ডিটেক্টিভকী উপন্যাস অমা মখা পাথদুনা পোথাবদা ঙাইহাক উইকবে। য়াংতক তৌবা মঙ মচা অমা মঙবা যানা উইথবকপগী অদুদা নক্লপ্লা হৌবপ লাউবকই-পাবুঙ ওজা. ঐ লাক-এ।

পিশক ফজনা খংই। মিহুল চেক হৌবমখৈ খংবনি। চঙ্গৎতুনা যেংথোকই। মানা খঙবা খোনফমনি। যেনশাং যোনবী অমুবৈ থুমোক চাউবপ তৌবা অমা মকোক্তা পুবদুনা লেপ্লুনা লৈবস্মী। হাযকই-নঙ অমুক যৌবক্লে লাংবাইবী? অমুবৈনা মকোক্কী পোৎলুম অদু থানা থানা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লগা হাযবকখি-

— ঙসিনা মিং অমমুক থোনবিববা-লাংবাইবী। পাবুঙ ওজানা ঐঙোন্দা থোল্লিবা মিংসে-অমুবী তমুবৈ, অমুম্না, মুকাকলৈ অমুদোম্বী, মুসুকম্না, অমুবা ঙাক্তা।

— নুংশিদনা চীনদা লাকপা অমা হেক্তা কৌবনিদা, শাউনীংববনে?

— শাউবা নত্তে, নুংঙাইবিবনে পাবুঙ ওজা।

— ফৈ-ফৈ শাউদ্রবদি; মথং মথং যাম্না কৌবকখিনি অসুম উন্নবিমখৈদি। ঐদি মিং যাম্না থোনগল্লি, হৈনদবা যাওববসু শাউবক্কনু।

— কবি শাউবনো পাবুঙ ওজা, ঐদি হবাওবিবনে। তো, সে পাবুঙ ওজানা পাম্মী হাযবা অৱাথবী শংমুন্নবা অসিমনে অদগী-

— ঙাইখো ইবেথোইবী পাবুঙ ব্রা হাযগে, পাবুঙ কৌগে হাযবগা পাবুঙ কৌবো ওজা কৌগে হাযবগনা ওজা কৌবো, পাবুঙ ওজা হাযবসিবু মীনা কৌনব্রনে?

— মীনা কৌনবা অমত্তা নত্তেনে পাবুঙ ওজানা ঐঙোন্দা কৌবিবা মিংশিংসে। হৌজিক্তা অমগসু কৌবিবে-ইবেথোইবী।

— চুম্মীনহে অদুগীদি।

অনী নোকমিন্নখি। অমুবৈনা যোল্লম্লবা অনৌ-অপেন খবা মথং মথং থাংদোক্লকপদা পিশকনা হাযকই-

— থোংখোঙ কৈথেলদা শীৎতবমখৈ খুইবদনা পৎলদনা ঐঙোন্দা যোল্লমদৌবেনে অমুবী।

— কদাযদৈনোদা পাবুঙ ওজা ঔব্রাথবীসি ঙসাই অযুক্তা হেক্লগা পুবকপদগী লৌহৌবিবনি। মীনা পুথোবকও নৈবগে হাযদনা যাম্না হাযবিবনি। ঐনা পাবুঙ ওজাগীনি হাযদনা থুমোক মনুংদা লোত্তুনা থম্মিবনি।

— ঔব্রাথবীসিবুদি ফবেনে অতৈসিদি-?

— অতৈসিসু নুংশাদা থম্বদুনা মতু খবা লাংশিনবগী ব্রানি চপ চানা ফ্রেস ওইবিবনি, নহানব্রাই পাবুঙ ওজাখোযনা মোর্নিং ব্রাকিং হল্লকপদা হেক হেক নৈখিবদুবু পৎপা যাওখিববনে?

— অদুনা অযুক ঙল্লিঙৈগী ব্রানিদনা।

— অদুনি অযুক্তা ফ্রেস ওইবিদুনি। নুংশাদা খবা-।

— ঙাইখো পৎপা-পৎতবগী ব্রাদু। নুংশিদুনা লক্লবগী ব্রানিদা। ব্রা হংগে; নঙ লাইবিক খবা তমহৌব্রা?

— টেন পাসনি। এলেবেন লোইবকপগী অদুদা যুম পাম্লোক্লবা; অদুদগী অদুম তোক্লবা। সাইন্স স্ত্রিমদা ফিজিক্স কেমিস্ত্রী মেথস লৌবম্বনি। কবিগীনো কবি তৌবে পাবুঙ ওজা?

— হ; হৈবা মানবা; বাহৈ-ব্রাতা শেংনা ঙাংবা তাবদা মানবা অদু
হংবনিদা। ঐনা খনবা চুম্মেদনা—

— পাবুঙ ওজাদি মী জজবু; জজগী জজমেন্তপু চুমদবা যাগদ্রে
পাবুঙ।

পিশক তাবদা ঙকলপ তৌই। মশক নাইবা, ময়াম্না শীংথানবা
জজ ওইবম্মী। ব্রাযেন হৈবা অমদি অচুম্বা তৌবদা মমিং চৎলকই
হৌজিক্তি থবক্তগী পোত্থাবে; চহী তব্দকমুক শুবে থবকতগী পোত্থাবা
ঙাংবদা পনদবা চুম্মে খনবদা ঙাংনীংবা ঙাংবা, খৃৎ হেক্তা থাবদা তীনকি
লাইকিদবা জজ মচা হায়দনা মযাম্না কৌনবনি। মিংগা চানৈ মী পিক্লপ
তৌই। মী পিক্লপ তৌবগী মতিক ঙাংবদা চাউনা ঙাংই। তৌথোবকপদ
অচৌবা ঙাংগ তৌবকই। হৌজিকসু ঙাংলি তৌবসু তৌবি। উকিল
ওইনা হৌবকই। লমদম অসিগী ইহান হানবা লো কোলেজদা ওজাসু
কুইনা ওইবম্মী। অশেংবা ওজা অমা ওইনসু শকখঙনবকই। হৌজিকসু
খঙনবি। পিশকনা নোকফেৎ তৌবগা হংলুই-

— নঙদি ঐ জজ ওইবম্মী হায়বদি কমদৌনা খঙই অমুবৈ?

— লোগী ওজাসু কুইনা ওইবম্মী হাযবা খঙই।

— ওইবম্মী। হৌজিকসু মবক মবক্তা তম্বিকবা যাওই।

— অদুনা নত্তে অমগসু খঙই।

— অমদি কবি?

— পাবুঙ ওজাদি পাখঙনি কনফর্ম তৌববা বেচেলব।

অনী অসি অমুক্কসু নোকমিন্নে। পুকচেল তিংনা নোকমিন্নখি।
পিশকতি অদুক হাক্লা নোকনীংবা নত্তে। অমুবৈনা নোক্লকপগী মাসু
য়াওশিল্লুবনি।

জজ পিশককা অযুক গুস্তা ব্রাকিং চৎমিন্নবা মখোয মঙাখক লৈ। সবকাবগী থবক তৌবন্নদগী পোথাববা ভাক্তি। মঙা অসি লায়না অচৌবা ..ত্রবসু চাউবপ তৌবা অমমমগা অদুমক ঈবোযনৈ। অমনা নোং চোৎপা যাদে অনী অমনা উফুল পক্লদে অমনা নুশাদা চৎপা যাদে পিশকনা ঈংবা যাদে। হিযাঙ্গে হৌবকপগী অদুব্রাযদগী অযুক্তা মবক মবক্তা চৎতবা তৌখ্রবনি। ব্রাকিং হল্লকপদা থোংখোঙ কৈথেল মচাদগী অপান্বা উহৈ-ব্রাহৈ এনশাং-নাপী হেক হেক লৈবসি মখোয় মঙাগী হৈনবীনি। মতাং অসিদগী তোয়না থেংনবদগী খঙনখিবনি কৈথেল ফম্বী অমুবৈগা। অমুবৈনা মপোৎ-মচৈ লোইশিন্দুনা চৎলগে তৌবকপগী অদুদা ইমুংগী থবক ইংখাং কৃপ্না যেংশিন্দুনা শীল্লিবী জজ পিশককী মচল কোম্থোংদগী চঙলকই। অমুবৈ উবদা হায়বকই—

— কবি কবি পুবক্লে ইবেম্মা অমুবৈ?

— ইনেবেম্মা অব্রাথবীগা অনৌ-অপেন মনা-মশীং খবগা থল্লে।

— ফবে-ফবে। অদুগা যেংঙোই-।

— কবি?

— হযেংলা হংচিৎলা হঙ্গাম পেবে, ফজবা, হাউগদবা থবা য়াওবকউ। নঙগী পাবুঙদি চম্ফুৎ চাগনখ্রপোৎনি। হঙ্গাম পেবে চমফুৎকা আলু-য়োংচাক ঈবোনবগা ওইবে ঐখোয তাচৌনা খ্বায়দগী পামজবিবসে।

পিশক্লা শমথবকই-মদুদগী অমনা চামক্রক মতোনগা হব্রাই-মতোন নোয-নোয লাউবদুগা লাইতং অমা খিল্লগা কোৎথবদুদি ইনাক্তা লৈবা হৌদোংনা খোংলকপদা খূৎ যেৎ অসিনা মযাদা থাজিল্লিবনি চাউবী। অমুবৈনা নোক্লগা হাযবকখি-

— ঐখোয’ কংলৈগী মী অশেংবনি পাবুঙ ওজাদি।

— বাইট, যু আব বাইট, ঐদি কংলৈগী মী অশেংবনি।

— ফনি ঐ পুজবক্কে। হংচিৎ অযুক ঙস্তা সিদা হান্না চঙলক্লগে।

— হঙ্গামদো হাউগদবা নোয-নোয লাউবা, ননেবেম্মদৌন শেপ-শেপ লাউবা তোলহাইনবা নত্তবা, নঙদৌনা তবোপ-তবোপ, বূপ-বূপ লাউবা থংঙবা? ঐগুম্না অপিকপা নত্তবা।

— চৎহৌবো অমুবৈ ঐখোয অচৌগী চোইঙাং তাবদি নঙ পেং চোইবনি। "হৈনববনি ইনেবেম্মা"-হাযবম্মগা অমুবৈ তহা-তহা অদুম চৎখ্রে।

হংচিৎ অযুক্তা অমুবৈ লাক্লে। মশেম অদুসু যৌবক্তবে। মথংগী নুমিত্তুদা মাগা-থংননা ফম্বী নুপী অমনা হঙ্গাম পেবেগা চামক্রককা পীবৈ। পিশকতি ক'উবু কাউথোকলুববনি। নুপী অদুনা নুপী মচা অমুবৈন নহানদু যাম্না লুনা শিন্নবম্বনি অদুদা ফজবা পেবে ফংদদনা পুবক্লবনি হাযবৈ। হাযরুই-

পিশক — ফবে-ফবে হাউদৌবা মাল্লি। মাদি, নুপীমচা অমুবীদুদি মশ ঙমখিদ্রবা কবি তৌবে?

নুপী — মোবে চৎখিবনি, নহান লাক্কদবনি লাক্লে কৈদৌববনো

পিশক — মোবেদা কৈদৌবা?

নুপী — মোবে লল্লোনবসু যাওই, পোৎ-চৈ মাল-চাং অহোঙ অচাও লৈবে লৌর্কনি হাযদনা চৎখিবনি। যাম্না হৈ-শিংবী নুপীনি, পোৎ লৌবনি হাযদনা অসামদসু হেক মচৎলি, বর্মাদকাসু থোক যৌরুবা জাৎনি। মহাগী নুপীমচানি তাইবুংঙো। এনশাং-নাপী য়োল্লে ঙাংবগা শকপগা থোকক্কা-থাক্কা মাগী পোৎনা হেন্না শীৎলি। থবক নোম্বদা হালেঙদবীনি। মানা তম্ববু নহানৱাই মাগী অহানবা নুপাদু

*মীনা হাৎপনি হায, মথন্তা শিজবনি হায় তৌদনা লৈখিদবা মতাং অদুরাইদা নুংদাং মমায মমিৎ খুমজিল্লগা বিকশা থৌকই হায। তৌদ তৌবমগদবা মাল্লি। মহাগী নুপীনি।*

পিশক — মচা মশূ লৈবা নত্রো?

নুপী — মঙাবা তব্দক্লা লৈবনি। ইকোন কোনবগী নুপাদুগী অঙাংদুদি কে.জি. হাযববা কবিনো কলাসদুতা তম্মীবনি। মশক্লা হেক ফজবিবদি-।

পিশক — মযুম অনীবক পাল্লেনে?

নুপী -- অনীবক্তা নত্তেনে তাইবুংঙো, মচাশিংসি অঙাং অনীখক নত্তনা মপা অমত্তা তিন্নদবগুম তৌই।

পিশক — সতীনিনে, প্যোব সতী।

নুপী — কমদৌবা তাইবুংঙো?

পিশক — হ। মপুবোইবা অহুম মবী লৈবী নুপীনি হাযবা।

নুপী — মবাযবক্লা থীবিবসু নে-না তানা অমত্তা লৈমিন্নদে। অহানবগী খঙনচান্নদনা চেন-চোংদনা হোঙবদুনা মফম-মবাঙ খঙনদবা অমদা শিদোকখ্রে। অনীশুবদুনা মাথা বেবা লৈবা ওইবমাল্লে, খাযনদনা লৈবগা মচা মহে্‌ তমহনবা ঙম্নবা হাযদনা ঙা যোল্লমমাল্লে। মদুদা অমা অমুক খঙনদনা পানবা ওইবমাল্লে। অদুনা অমুক মহোযগী দবক হাযব্র কৈনোদু যোল্লি চাসু চায হাযদনা, ফুনবগা চৈনবগা অদুম খাযনবা ওইবমাল্লে। মদুমদি মখোযগী লাযনা কৈনো অমা হাযবদু পকই হাযনৈ।

পিশক — এড্‌স?

নুপী — অদুগুম্বা হাযদমাল্লে। যাম্না লুই লাযেংবা ঙমদে হাযবদো মীনা কিনবদো; কৈনোমা হাযনৈদা।

পিশক — কেন্সব হায়ববো?

নুপী — অদুসু নত্তমাল্লে।

পিশক — ফবে। ওইনীংবা অমা ওইবসনু। অদু নুপীমচাসিবু লমচৎ কাম-লাকপ্রো?

নুপী — লমচৎতি কাম-লাক্তে তাইবুংঙো, ঐখোয় খগুই: লাং-ফাং তৌবা মী নত্তে। লায়ববগা মবাযবক থীবগা-মচা মযামদি শেমদবা যাদে হায়দনা কন্না হোৎনজখ্রপোৎনি। মচাদি কন্না শেন্মী। মানা কন্না হোৎনজবনা মচা নুপী অদুদি দাক্তব তম্বগী খল্লি হায়দনা দাক্তব তম্মী। ঈঙা-ঈঙেন অদুব্রাযদা মানা থিল্লুবনি, কবি লমনো অমা হায়।

পিশক — অং! হৈ-শিংইনে?

নুপী — এ, যাম্না হৈশিংখ্র' জাৎনি। মচামখৈসু লোইনা ফৈ। মচানুপা যাইমদুনা ইসকুল হল্লক্লগা অঙাং মযাম পাইবেৎ তম্বিবিবা। মমাগী মতেং পাংখ্রপোৎনি। মচানুপী মথোঙ চাদবা অমা যাওবি; মপাগীদা চাউবকপা ওইনা তৌবনবা কৈনো মাদি লম খবা হেনগে তৌবন্মী। মমানা পুল্লগা হেক্তা ফৃথবা জাৎনি। ভাব খবা তাবে হায়। মাদং খবা ঙাওই। মশক্লা ফজবিবদি, মযুম ঙন্তা পানখিদৌবা মাল্লি। মমা অসিনা পানদ-পাল্লু নখোঙ অদু থাঙচৌনা ককথৎকনি হায়না ব্রাবকইবনি। মতা অমগী নুপীনি, ককত ককখিদৌবা জাৎনি, হিংচাবীগী শব্দ অমা যাওবি নুপী অসে। ভাবসু ফজনা তাবা মীনি।

পিশক — অং!

মবম য়াম্না কন্না লৈবদি নত্তে অদুবু পিশক ফনা কুইনা তাদুনা লৈ। খঙনীংনা হংলুই-মপামগীদি কনাসু লৈত্রব্রো? তাল্লক্কী ওইবা মতাং অমদা পোৎ তীকপা চৎনীংলবী নুপী অদুনা পাউখুম যাম্না পীবম্বনি-

— মপাদি লৈখিদবা কুইবে। মবুঙ অনী মৌপ্বা অমা লৈবনি। থবক ইংখাঙ তৌর্নবি। লৈকাইগী নুপা অমদা চেনশিল্লি মখোঙ চাদে হাযদনা ঙাংদনা চৈদনা ব্রাবকপদগী চঙঙোয হাযদনা চঙ্গদে হাযদনা চঙঙ্ক যাদে। মমা অশোনবীদুগী ওইনদি মবক মবক্তা চৎলুমাল্লে। অদুসু মচন-মনিংশিংনা থৌওইনা তৌই হায তৌদে হায তৌদনা ইচঙ চঙদমাল্লে। মপামগী ব্রা পল্লুবদা নিংঙোননা যুম্নাক ওনখ্রবদি মপামদা শিবা হৌনদে হাযদনা থোক হাযদোকই। মাগী ব্রাসি ঐখোযসু ভাব তাফাত্তেদা তাইবুংঙো। পীদা অমনি।

— নিংঙোল অসিদি যুম্নাক অনী-অহুম্লক ওল্লবনিনা ভাব তাবমদৌবা মাল্লেনকো। ফবে যৌবে। ঐব্রাথবী শংমুন্নবা ফজবা থেংনববদি পুবকউ।

— হোয-হোয। অমুবৈদা হাযগে। মানা তাইবুংঙোগীনি হাযদনা হেক-হেক খাকপনি।

অধুক অমা জজ পিশকনা নুংশা যাইনা যাইনা লৈ মখোঙ শোল্লিহৈদা নুপী মানবা নুপা অমা চঙলক্লুনা মাবু হংলৈ। শাজৎ-লাকচৎ শাঙাং শাঙাং নুপীদ নুপীনি। মশমগা ফিজেৎকা উবমদ্রবদি নুপীনি হযনা লৌবমগনি। মানা ঐব্রাথবী অচৌবা, যাযমবপ্পা মাইবেনমুক চাউবা, অমগা, চাবা মচা অমগা পুথোবক্লুনা অনী অসি পাবুঙদা খবা পীবিবম্মু হাযনা অমুবৈনা হাযবদগী পুবকপনি হাযবৈ। হাযকই পিশকনা-

— চাউইহে মসিদি কদাযদগীনো?

— পাবুঙ, মসি ঐব্রাদগীনি; চাবা অসিনা থাজিনবিবো; যাম্না তাঙবা মখননি, পাক ফংবা নত্তে। পাবুঙগীনি হাযদনা মানা য়াম্না লুনা লৌবকপনি।

— পৈশাদি কয়ানি হায়, কয়া পীবকউগে?

মালঙ চনু

— মানা লৌবক্কনু মা লাক্লগা লৌগে হায়বকই। মাসু ঙসি নোং-নীনীসিদা লাক্লনি।

— মাবু কদায়' লৈগে?

— বর্মাগী মন্দলে হাযবদো, অদুগী মনাক্তা অচৌবা ফার্ম তৌবা মহাজন অমা লৈ মাগীদা লৈহৌই।

— ঔবাদা মযুম অমুক পাল্লবা জাৎলো?

— হ! অদু নত্তে। অমুবৈ অদুগুম্বা নুপী নত্তে পাবুঙ। ঐগা ঙা যোনমিন্নবম্বনি নহানবাই। নহানা কৈথেল তাজবসু লমচৎ মকপিবা অঙাং নত্তে, ঐ মুন্না খঙই। মথন্নতনা মচাশিং অ-আ য়ৌনা শেম্মিবনি।

— ঐ ভাব অমা ইতা তাফত্তবদৌনা ইবেম্মা ও, ইবুংঙো!

— ইবেম্মা অদুক হাযবিযু যাই-এ। ঐদি অদুনদুম হেন্না পামজৈ।

— নমিংদি কবি কৌবা?

— অঙৌসনা কৌজৈ।

— হ! অঙৌবীম্না কৌফম থোকই হোমোবী।

— অস, তনজববদো।

— হ, পাবুঙনা সুম নুংশিদনা হাযবনিদা শাউনু।

— শাউবুদি শাউদে। অমুবৈনা পাবুঙগী মবমদা নুংঙাই-নুংঙাইবা যাম্না তম্মী।

— মী পিশক পিকই, মুশিন মুই ওইদবা ঙাক্তা ঙাংই হাযব্রা?

— অদু নত্তেমি; পুকচেল চাউই, লীক্তে, মিং যাম্না থোনগল্লি, লুনা তৌগল্লি যুমদি পান্দ্রে-।

— অতৈদি খঙদে নঙগী অকোনবগীদুদি চুম্মী, ঐ নুপী থিদে, থিদবদি নত্তে থিবি, থিবিবনি ফংদ্রিবা।

— অদ তাযযে!

কবিসু বেবা লৈবা পিশক নত্তে; চা থকমিন্নদুনা নুপা অদুগা কুইনা রাবী শাদুনা লৈ। খঙদমক যাদবনি হাযবা নত্তবদা, অমুবৈগী মবমদা রাকম কযামুক মথং মথং হংই। অঙৌম্নানসু, মানা খঙবমখৈ হাযদুনা তাহনখি। অঙৌম্নাগা অমুবৈগা পিশক পিক্লিঙৈদগী তিন্নবকপা ওইবম্মে। অঙৌম্নানা শূমাঙ কৃন্ধৈ যাওদুনা কোযচং চংখিবা অমুবৈনা নহা ওইনা মযুম হেক পার্নাখবা অদুদগী মফাং মফাং চংনখিবদগী য়াম্না শাংনা লোযনকদ্রে। কৈথেলদা তানবক্লবা মতাংদা নৌহৌনা অমুক তিন্নবকখিবা ওইবম্মে। পিশকনা মতম মাঙবগী মমল ওইনা পীক্তবা শেনফম অমা পীখি। অহানবদা অঙৌম্নানা লৌ হাযবা যাদে। পিশকনা বাঙাং হৈনা-চুম্না ঙাংবদগী লৌবগা নুংঙাইনা চংখি। পিশকসু পেলহৌই।

নোংমা নুমিদাং অমা, টি. ভি, গী অথেঙবা পাউ তাবিঙৈদা থোঙগী মন্দিলা থীংলকই। নুমিদাংদা মী লাকখিদবা কুইববনি। লৈমিন্নবিবা মমাকশিং অদুদা কৌবগা কনানো যেংউ হাযবকপগী অদুনা মপান্দগী কল্লপ হাযবকই-

— ওজা, নুংশা থীবিনু ঐ মন্ত্রী, সবকাবগী মন্ত্রীনে।

চিংনবদি নত্তবদা রাখল অমবোমদা খঞ্জানবিঙৈদা লোন্দবা থোর্ঙান মন্ত্রীদু ফিজাউ অমগা লৈপুঙ ফাম্মুবা হঞ্জিল্লকপদৌনা ফৎ চঙলক্লগা পিশককী মখোঙ শোক্লা খুবম্মে। জজ পিশকনা খজিক হন্দোক্লগা হাযকই-

— কৈনো হৌনদে কবিনো চক মতাসিদবু কৈনো তিংখৎলু-।

— ওজা ঐবু খঙবিবিরা, যেংবিযু নীংশিংবিবিরা যেংবিযু।

— মীৎ-নাগনা মাইনস-প্লাস লোইশিল্লক্লদনা দিভাইদেদ বাই বোমদা লৈগুম তৌববনা...উখিগুম্বদি মানগুম তৌই চপ হেক চাবদি রাবৌনু-।

মালঙ চনু

— ঐ নহানবাই লো কোনেজদা ওজাগী মহৈরোয় ওইখিবা লম্ফেল মৈতৈ, ওজানা মথোঙ চাদে লম হেল্লি নমিং লমহেন মৈতৈ কৌ হাযদনা লক্লবিখিবা—।

— ও, ও, নখোয়গী যুনিযনগী জেনবেল সেক্রেটবী-?

— মানে সাব লম্ফেল মৈতৈ-লমহেন মৈতৈ। ঙাংবদি যাম্লা ঙাংলগা হাযবদি কৈসু হাযদে নঙ হযেং বাজনীতিগী নেতা ওইবক্কনিকো হাযদনা লক্লবিখিবা, মতমদুদা জেলদকা লৈকবা-।

— খঙঙে; নঙবু নথন্নতা লাকপ্রো মন্ত্রীনি হাযদাযনে?

— ইথন্তা কনা অমত্তা, খঙহল্লমদনা লাকচবিবনি, ঐখোয নুপী নমৌনুপীদং খঙহৌই।

— মন্ত্রীন' নথন্তা চৎপা হৌনব্রনে মতমগী ঈবাঙ মতাসিদা?

— মীৎ-ময় খুমজিল্লগা ঈংনা-ঈশৈ ঙংদুনা লাকচবিবনি। কনানা খঙবিগদগে মী-মী অমহানি। গ্রুং-গ্রুং তৌনবসু নোংমৈ মচা য়াওজবি। প্রজাগী মী ঐখোযবু প্রজানা কৈদৌকদগে।

— কবি মন্ত্রীনো ওইবিদি?

— সি, এম, কলচব মিনিস্তব-নাৎ পুবা মন্ত্রী-সি, এম।

— অস। জাৎ-জাৎনিহৈ। লৈবাক অসি যাম্লা তৌবজংনিনে।

— মওং অমা ফজনা ওইববনি সাব।

— অদু কবিগীনো সি, এম, সাহেবনা হূবান লাননাদা ফীবান কা নোংমৈকা অমত্তা যাওদনা লেঙঙকইবো। কবি তাকপিগদবা?

— সাব ঐনা লোননা লাকচবিবসে, শম্মা হাযগে। ঐনা খ্বাযদগী থাজজবা অচুম্বা-অশেংবা তৌবদা ফেৎ হাইদবা সাবনি ঐ খঙজে। সাহিত্যদা কলচবদসু থবায চপ চানা যাওবিবা সাবনি, মযাম্না খঙনবিবনি। ঐনসু হেন্না খঙজে।

— নঙগীসি লমহেন-লম্ফেল ব্রাহৌদোকতা ব্রাবোইশিন মাঙদনবা তৌ শম্না যাম্না শম্না ব্রা মচংগীসু ব্রা মচং ওইনা হাযনবা লাকনৌ। ভাংবগী ওইনা ভাংসি হাযবগনা ঐসু চোইঙাংদি নঙোন্দগী নোপ্লোই।

— খঙজবে। হাযজগে। হৌজিক নুপী অহুমনি লৈবিবসে-নুপী অহুম।

— নুপী অহুম? কনাগী কবিগী কদাযদা নঙগীবা ঐগীবো?

— সোবী. ঐগীসি ব্রাবেইশিননা হান্না হৌখ্রমাল্লে। হাযজগে। হায়জবগেকো সাব-?

— হোযে তরবানদে লম্ফেল সি, এম। চপ্পবোনে।

— কনি সাব, অদুগীনি ঐনা লাকচবিবসে। হন্দক্কী চহী অসিদগী নুপী অমা থম্লগা মনা পীনবা লেপ্লবে, ঐখোয মন্ত্রী নহা অহুমনা কম্না লাক্লজবদগী পীবা ওয়ে।

— নুপীগী মতাংগীনা মন্ত্রী ওইববসু নহা ওইবা তাবা। মনাদি শেলনা, যিবা, মিংশেলনা?

— সাব পৈশানি, লুপা লাখ অহুম।

— হা লাখ অহুম!

— চহী অহুম-অহুম কান্নবগা পীগদবনি। খবা লৈবগা লাখ মঙাদা হেনগৎনবা হোৎনজনি।

— নত্তেনে সি, এম, মৈতৈ হৌজিক নখোযগী সবকাবসিদা লাখ অসিবু কযানা শাবিবগেনে?

— সাংগীদু ঐ ভাব তাজে। সবকাবদদি মবমবু চাববনি লাখ মঙা তবাসি কবিসু নত্তে। মথংদদি বদজেৎতা হাপ্পবা তৌনি। হন্দক্কীদি ঐখোয মন্ত্রী তবা লৈবসিদগী অমমমদগী লীশিং যাংখৈ-

যাংখৈ খাযবা, মখোয মখোযগী ফন্দদগী মাখায়না থোকপা তৌবগা পীবা যানবে। লাক্লিবা চষী হৌবা নুমীৎতা পীগদবা।

— ও যাম্মা তৌববা জাৎনিনে সবকাবসে। অদু কনাদা করম্বা মীওইদা পীগদবা?

— নুপীদা, কংলৈ অসিদি চনুগী লমদা কংলৈ অসিগী অশেংবা চপ চাবা চনু অমদা পীগদবা মমিং থোল্লকনি 'কংলৈ চনু মনা'। মসিগী অসিদা সাবনা নুপী চনু অমা খনবিয়ু অসান।

— ঐবো? ঐদি নুপীসু থিদে নুপীসু লৈতে পাখঙনি পোকপদগী অমুক্তা লুহোঙজদ্রিবা, নুপীগা মরী লৈনদবা পাখঙনি। ঐনা কমদৌনা খন্দুনা থিগদৌবিবা?

— সাব অসুমাইনা তৌবে, অবোনবা ওইনা লম লম, মফম-মফমগী নুপী চাম্না হেন্না থাগৎলক্কে। অশঙ অহৈ, কাঙ্গুর কাঙবুনা মথং-মথং অসুম খনগৎলকপনা হৌজিক থৃংতা লৈবিবসি অহুমনি. ঐনা ঙসাই হায়গখিবদা। অহুম অসিদগী অমা খনগৎনবা লাক্লবদনি মওং অমা ওইনা তৌখিদনা মথং মথং কাযনবক্কুনা সবকাব ফাওবা শেগাক কাযবগী রু লাবপদা যানা লৈবক্লিবসে।

— মশক নাইবা নুপীগী কম্মিতি অমা শেম্লগে খনহনবা যাদ্রনো?

— কম্মিতি মনম মনম মথং মথং শেম্মবনিনে। নুপা-নুপী কযাগী কম্মিতিশিংদা শিন্নবনি। জুরীগী মেম্বর মযাম মোং অমত্তা মান্নদদনা ব্রা থোকপা কুইবে। মমৈদদি মনা অসি থমদবগী মওংদা লাকপা যাবগী ফীবমদা লৈববা।

— লোতবী তৌবোদনা অদু ওইবগা।

— লোতবীগুম্বনি সাব তৌজবিবসে। মনাগী কম্মিতিনা হন্না হন্না তবেৎলক হন্না খন্নববা মতুংদা ইবোয লোইবা ওইনা মী অমদা

শিন্নবগা লেপহল্লসি হাযদনা যানবে। মুন্না খন্নববা মতুংদা সাবদা
শিন্নবগা লেপহল্লসি হাযদনা যানবে। মুন্না খন্নববা মতুংদা সাবদা
শিন্নবা হাযনা লেপ্পবদনা ঐ লোননা লাকচবিবসিনি। যাবিদবা যাদ্রবনি। নুপী অহুম অদুগী চে-চাং অসিদা লৈজবে। ঙসিগা হযেংগা হেংবিবো পাবিবো। হংচিৎ নুংম্বিদাং অসুংইঙদা ঐ লাকচগে। মশেম কম্বিতিদা পুথোক্লগা খূদক্তা লাউথোক্কদৌবিবনি। অরামন মতিক চানা পুজবক্কনি। ঐ চংচবে, খূকমজবি।

— অস' ঙাইখোনে অঙাওবা মন্ত্রী নঙবো, লম্ফেল, লম্ফেল ।

— ঙাইজববোই, কংলৈগী ওইবা নুপী অমা পীবিবো-হংচিৎ হেক্ত।

মন্ত্রী লম্ফেল অদুম চংখ্রে। হাযগদবা মযাম লৈবনা থোক্লুনা যেংলুই, অঙাং থদ্দুনা থোঙ্গান ফাওবা যেংহল্লুই। লৈবমদবে। লাইমক ওইববা ফাওবদা অদুক মওং তানা মাঙখিবমদবা যাই। ফনা কুইনা খুম্মগা অদুমঙাযবে মযেংলগে লেপ্পুনা যেংবা পাবা হৌই। অহীং তূম্বা যাগনদবা, তূমগল্লক্রবা জঙ পিশকনি। অহীং নোংশোযবা যেংদুনা লৈ।

অহানবা লৌখৎপা নুপী পাইলোৎনি-কেপ্তেন সবোজ। মশক নাইবা পুলিশ ওফিসব ওইবম্বা অমগী অনীশুবী মচানুপীনি। মবুঙ অদু কানাদাদা থবক তৌদুনা লৈ। মমা কোলেজগী ওজা মকোক ওইনা পোখ্বাবা বুইদ্রি। পিরিন্ডৈদগী হৌনা দিল্লীদা মহৈ তমলকই। মযায ওইবপ ফনা হৌবকই। মমাগা মপাগনদি দাক্তব তমহননীংই; মবুঙনা সিভিল সার্বিসকী-পবিখা থাহননীংই। মানা ইযা যানীংদ্রে। কানাদাদা মবুঙগী মনাক্তা মখা তমথবগী লৈবা মতাংদা মশানা পামজবদগী ফ্লাইং ক্লব অমদা তম্বদগী মথং মথং হোৎনদুনা লাকপনা পাইলোৎ ওইবকপনি। লৈবাক মচা অসিদদি অহানবা নুপী পাইলোৎ ওইবি; নোংপোক ভাবতকী ওইনা অহুম শুবীনি। মমা-মপা লৌবনা চাউশাংই, মশক

যেংবা যানা ফজৈ যাম্না লেম্মি। অকুবা অচীক-অশা অমসি চীং-মানগী লমদাংদা পাইবদা হৈ-শিংই হায়না শীংথানৈ। হৌজিক হৌজিক লনাই এযাবরেজ অমদা থবক তৌবি। মতাংগী ওইনা থবক্তগী পোৎখাবব। মতুংদা তম্বী-তাকপিবগী লমদাংদা চঙশিন্নবা শেমশাবি। পোৎথাগদবা কুইদ্রে। নৈশাবীনি।

পিশকনা কেপ্তেন সবোজ মশক খঙই। নৈবাক্কী ওইবা থৌদোক অমদি কুম্মৈ থবদা যাওমিন্নখ্রে। অমুক অনীবকসু যমদুনা রাবী-রাতাই তৌমিন্নখিবা যাওবে,। জজ পিশকনা খল্লি-ইবৈবাক অসিনা চাউথোকচবা যাবা নুপীনি। চে মযাম, সার্টিফিকেৎ মযাম পোত্তো মযামদু যেংবদা কুইনা চঙহি। সুহোঙদ্রে হায়বা খঙলকপদি অচম্বা চেনা ফাক্কত্তুনা যোতেংদু যেংনুই। নীককনবা মখূ নৈবপদা মকসু যাওনা খজিক নোমখি।

মথংগী অমা লৌখত্তুনা যেংবদু ওমা কল্যানীনি। যাম্নমক ফনা হৌবকপী মহৈবোয ওইবকখি। অহূমশুবা শ্চেন্দর্দনী বিএসসি ফাওবদা পবিখাদা মকোক্ত ওইবকখি। এম. এসসি, অদিংসু মনুংদা মপাবুঙ নৈতবদা খজিক অপনবা নৈখিবনা ওইবা তাই, মহীশুবদা লাকখি। পবিখা হাযদোকপা নুমীৎতা মথৱায নুংঙাইতনা কপখিবগী ৱা পল্লি। অবোইবা পবিখা হাযদোক্লিঙৈদগী স্কুল অমদা ওজা ওইবা হৌবকখি। নৈবাক অসিগী স্কুল কযাদা মথং মথং থবক তৌবর্খি। স্কুল অমগী ওজা মকোক ওইনা থবক্তগী পোথাবা ফনা কুইবে। তাকপি তম্বীবদা মহৈবোযশিংবু খঙহনবদা নৈবাক্লা শকখঙনবি। লুববা পোৎ অসি লায়না খঙহনবদা ওজা কল্যানীগুম্বী নৈতে হায়নবি। যাম্না কন্না ঙাংগন্দ্রগসু চৈগল্লি। অদুবু অপঙ-অশিং নহা-অহল পূম্নমক্লা শাউনদে। যানীংদবা মমান্নবা ফাওবনা মফম-মতাং লাকপদদি পূকচেল শেংনা থাগৎনবী ওজানি। মানা অপা-অপাননা তশ্নিখিবা অমদি নাকোযননা তাকপিখিবা মহৈবোয নুপী নুপা কযা মশক নাইবা মী ওইবিবগী মশীং

যাম্লে। মাগী নুপা থম্মোয লাযেংবা দাক্তবনি মতীক-মগুণ লৈবা মীওইনি। মচা অহুম লৈ-নুপা অমা নুপী অনী। নুপাদু অমদি অঙাং যাইফ লোযশঙদা অৱাংবা ফম অমদা থবক তৌবি অমদুনা উকিল ওইবি। মহে-মশিংগী লমদাংদা ওজা কল্যানীগী যাম্নমক ৱাংবা মফম লৈ। সমাজদা কান্নববা মকুওইনা নুপীদা কান্নববা লাইবিক কযাসু অঙাংশিংগী তম্ন-লাইবিক্কী মথক্তো ইদুনা লৈবাক্তা খূদোল তম্মবনি। অনৌবা খবা অমসু ইবি। ফংখিবা মনা অমদি মিংথোল মযামগী মিং পবেং যেংনা যেংনা জজ পিশক্রা খল্লি-লৈবাক্কী অচঙবা নুপীনি ওজা কল্যানী।

ইকোন কোননা লৌখৎলিবদু 'ইমা' মিংথোলনা ঈকাযখূম্নবিবী তেম্বী-ইমা তেম্বীনি। মতম অমদা সবকাবগী অখন্নবা খিকাদাব ওইনা মমিং লৈবা, গোপালগী অমত্তা পোকপী মচানি। মহেবোয ওইবিঙৈদগী মযামগী সেবাদা মাযপুনবক্লবীনি। লৈবাক্কী ওইবা ীবম কযাদা থৱায হকচাং অমদি লন যাওনা থাংদোক্লুনা মাঙজিল থানা শব্দক যাবকপী ইমা তেম্বীনি। সবকাবশিংগী পেন্দ্রবা থৌওং-থৌশিল কযাগী মযোক্তা নিঙাই তৌবা ঈহৌ কযাদা লুচিংবী ওইবকপিনি। লুপ খবনা লম্বী থিংবদগী খূৎশেমগী ওইবা চাক তাঙবা অমগী মতাংদা অচৌবা ঈবাং-ঈহৌ শাগৎপা লুচিংবশিংগী মনুংনা অমা ওইকুবগী নহা ওইনা কৈশুমশঙদা কুইনা লৈকুবে। মতুংদসু ঈবাং অচৌ-মচা কযাগী মতাংদা. হন্না হন্না লৈকুবে। জেল অসি অতোপ্পা মযুম অমা ওইববনি হাযনা মনা হেক হেক হাযবনি। ৱা ঙাংবা হৈ মচীন-মখা নুংশি। মযামগীনি হাযববদি ফন চোংথোকপসি ইমা তেম্বীগী লোনচৎনি। মপাগী মমান্নবা খিকাদাব অমগী মচানুপা, কোলেজগী ওজা অমদা মযুম পাল্লি। মপা-মমানা কন্না তক্লবদগী পানবনি মাদি হোঙজবোই হাযদনা লৈকুববনি। মচা নুপা অনী মথং মথং পোক্লগা মতম মাঙই হাযদুনা যাইফ যুম্বানগী পাম্বে শীজিন্নদুনা মখা তাদনবা তৌখ্রে। যানীংফাত্তবা

মপুবোইবা ওজাদু মানা অচাবা মবৈ খবা মথং-মথং পীবদগী নমদুনা যাহনবনি। মচানুপা অতোনবগী যুমশেংবদু কোনুংলোমদা ব্রাকৎ মীফম অমা লুচিংগদবা লৈবনা কুইনা যাওবমখিদবনি, নর্স অনীনা কুপশেন শেন্নবগা পাইখিবনি। হৌজিক যাওবা নীংশীং নীংশীং ব্রাবীনবি। চাউববা মগুণ অমা ওইনা শীংথানবি। মচানুপা অহননা মপুবোককী (মমা পোকপা) মহুৎ শিন্দুনা থিকা চাউনা-চাউনা তৌবি। অতোনবা অদুনা লৈবাক অসিদা নৌনা চঙলকপা লাইনীং-লাইশোন অমদা মায়পুননা থব্রায যাওবি। লাই অদুক হাক্লা থাজজদবা মপাগা মবক মবক্তা যেৎনৈ হাযনৈ। মমা ইমা তেম্পীনা যাম্না হৈ-শিংনা ফৈদুগী ব্রাযেনদা ব্রাতেম্বদগী মপা-মচা উৎখৎনদ্রে। হন্দক-মবর্কসি অচৌবা লৈঙাকলোন কাঙলুপ অমনা লাক্লিবা মীখনদা মীবেপ ওইনবা কন্না হায়নবি। ইমা তেম্বীনা যাদ্রি। ইমা তেম্বীগী বাখল্লোননি-কাঙলুপকী মচুদা তৌবা সেবাদি ঙমখৈ লৈবক্কনি; অশেংবা সেবাদি অচৌবদা লৈগনি। মপুবোইবা ওজানা যাবক্তা ঙংবনি-অচৌবা মচুসে মচু তবেৎনা ওইবনিকো ভাব তাউ। ইমা তেম্বীনা হাযবিবনা মখল পূম্নমক্কী সেবানি ঐনা পামজবিবসু। অতাবা পূম্নমক্কা থাগৎনৈ। জড পিশকনা মথন্নতা শোনজৈ-থাগৎপা যাবা নুপীনি।

লুখ্র-লুখ্রবা ব্রাযেনদা যাম্নমক হৈ-শিংলকপা জজ পিশকনি। অনীবক-অনীবক, অহুল্লক-অহুল্লক পাদুনা নৈনৈ। পাবগা লৌশিনবগী অতাবী ব্রাহম্বোক পুথোকপগা চাং মান্ননা চৎপা ঙম্না জজনি। খবা খল্লবা মতুংদা লাযখায চপ কক্লা তাখি। হাযনখিবা নুমিদাংদা পুঙফম চপ চানা মন্ত্রী লম্ফেল থুংলৈ। হান্নগুম মথন্তা লাকই। পিশকপু খোঙ শোক্লা খুকম্লে। যাম্না থাজজনা অমদি হবাওজনা হাযবৈ-

— শোযদনমক্কী লোইবিবম্মনি সাব।

— ঙাইখো তহা-তহাগিনু ফম্মু ব্রা হাযগে। লোইবে, অমা খল্লে

— অস নুংঙাইবেদা সাব ঐ-

— ঙাইখো ঐগী ব্রা তাখো। নঙগী চে চাং লোইনমক সিদা লৈবে। খল্লবা মী অদুগী অইবা চেবোলনা অসিনি। নঙনা, নখোযনা পাম্মিবসি কংলৈ অসিগী চনুনি নত্রা?

— মানি সাব! নিযম ময়ামদু পাবিববা নত্রনে

— পাবে লোইনা পাবে খঙলে। নিযম মযামগী যুমফমদা, অমুক্কসু জুবীগী মেম্বব অমদা হায়বদি ঐঙোন্দা পীবা, তৌবা যাবা শক্তি অদুসু মযেক শেংনা শীজিন্নবগা নুপী, কংলৈগী নুপী অমা খল্লে। চনু অসি হৌজিক হৌজিকমক অতিবথী ওইনা মথন্নতা মশামক্কী লাইবক্কা লান কন্না যান্নবিবীনি।

পিশকনা হন্দক্কী অহানবা ওইনা খনগৎলিবী চনু অদু অমুবৈনি। মনা লাউখোবকপদা কপকদৌবিবসিনা কনা কনা!

ইম্ফাল

২০০৮

# নতুং ইল্লগে

ব্রজচন্দ্র মচন নুপী বীনাগা, মাগী নুপী বীনাগা পুদুনা শহবগী খ্বাইদগী চাউবা কৈথেল অমদা পোৎ ময়াম অমা লৈবক্নবগা থৌথবকপনি। লাক্লিবা, মবৌ, য়ুমশকৈশ নুমীৎ অসিদা মচন বীনা লুহোংগদৌবিবনি। মচনগা মাগী নুপীগা মমান্নবীনি; ক্লাস অমত্তদা পিশক পিক্লিঙৈদগী তম্মিন্নবকই। চাক পুখম অমত্তা চামিন্নবকপীনি। লাইবিকসু চৎনবা য়ানা ফমিন্নবকই। য়ুমলোন্নবনি। লৈকাইদি তোঙাল্লি। লৈবক অচৌবা অমনা খনবনি। অদুবু কৌনবা অদুম তানৈ। লাইবিক পামিন্নবম্বদগী হৈনীংলকপা মতাং মতাংদা অমনা অমগীদা হেক হেক লেকথোক্লে। ইমুং অমত্তগী মীগুম লৈমিন্নবকই।

কুইদ্রি থা মবিবোমদা ঙায়বি অনী অসি মচন-মনিং ওইনা অমুক লৈমিন্নবরে। খুঙ্গংগী ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা নুপা অমত্তা ঙায়বা ওইনা ব্রজচন্দ্র পিক্লিঙৈদগী হৌনা মপান্দা লাইবিক তম্মকই। নোংমা চহী মঙামুক্কী মতুংদা ছুটি থোবকপদা গাড়ী থোঙ্গানদা থম্লম্লগা মাঙ্গোনদা লাইবিক পাবিবী মচননুপীবু খংহনগে অদুগা লক্লগে খন্দুনা লোন্না চাউকান চাউকান কান্দুনা চঙলকপনি। কাব অদু মপানা মিটিং চৎপদা পুখ্রে। চঙশিন্দুনা তুংলোমদগী তপ্না কোনশিল্লগা মমীৎ খুম্মুই। মচন বীনা ওইবমদবে; বীনা ওইবম্মে। বীনাসু লৈবক মচীনগী খোংনাংখোঙদগী শিংজু লৈবা থোকখিবী বীনা ওইববোই নীংলুবনি; মী অমা লাকই হায়বগী মওংদি মাসু খঙবনি। মমীৎ খংখুম খুম্মকপগী অদুনা 'খঙঙে ইবেম্মা কান্নবোইয়ে।' হায়ক্নবগা মরূপকী মানা হান্নদগী

খঙলকপা মনমগা মান্নবক্তবদগী খংযেং য়েংথোকপনি। ব্রজচন্দ্র ওইবন্বদা শ্বায় লাউনা ফুক হৌগৎপনি। ব্রজচন্দ্রসু ঙকখিবদগী তৌফম খঙদদুনা ফুক হৌগৎলি। হৌগৎমিন্নবনি। অনীমক চঙক্রখিবনা হন্দোক্লবা য়ৌনা কাউখিবনা যাম্না নক্লনা, হেক্তা নকশিন্নবমদাইগী শেম-শান্নবগুম ওনশিন্নদুনা লেপমিন্নে। তাঞ্জা অসিমক্তদনি ঙাইহাক লেপ্তুনা যেংলম্বী মচন বীনানা হবাওনা হায়বকপ্লিবা-অদু য়ৌনববা ফাওবদা ঐঙোন্দা তাকত্রিবা৷ খঙনি৷

পঙথবিবা অনী চপ মান্ননা অমুক্কসু শ্বায় লাউখিবনি। নুমীৎ অসিদগী অনী অসি অমনা অমগী মাযকৈদা কন্না চিংশিন্নখিবনি। বীনানা অমুক্কা হেন্না থব্রায় যাওশিনবনি।

ওল্লকপা চহীদা যাম্না চাউনা হোংখি। লোন্নবা খুল অনীদংদা নত্তে মাযকৈ অমা পূন্না হবাওনখি। বীনা বীনা মমিং মমিংদা কৌনবম্বনি 'ইনম্মা' ওনবদা মতম খবা চঙখি। 'ইনম্ম'বু অনীমক্লা হৈনদে; য়াম্না কোইনা থোকই। হেন্না পান্নদবদি নৎখিদে। বীনানা মশা ব্লাই শংদ্রে হাযবা খঙবা নুমীৎতা বীনানা হাযকবনি-

— বীনা হাযবী ইনম্মা হিংচাবী, নবুক য়েংগে নফি লৌথোকউ৷

— হাই, নঙ তাচৌ কাদা লৈবনি!

— হৈ-মা৷

বীনা শহবগী পুলিশ ওফিসব অমদা লুহোংগদৌবে। হায়ন-শীংনবনি। অফবা পাখংনি। বীনা য়াম্নমক হরাওজে। অদুবু মব্দপ লাপ্পখ্রগনি খল্লুবদদি তূম্বা য়াদে। ব্রাবোয়পোৎ পুখিবা নুমীৎতগী ঙসি ফাওবা মপূং ফানা তূম্বা য়াবক্তবি। হেন্না নুংঙাইবা হেন্না নুংঙাইতবা অনীমক্তা তূম্বা য়াগন্দে। বীনাদা অনীমক পূল্লবি। লুবিবা অমনা অনীমক হৈননা থোকই।

মালঙ চনু

ঙসি অসি মচন-মনিং পুদুনা ব্রজচন্দ্র কৈথেল কাকুবনি। মচনগী উন্নবা পোৎ মযাম অমা লাঙবগী মথক্তা মচা মশু মমল যাম্বা মযাম অমা লৈমিন্নকুবনি। পুন্না য়েংমিন্নবা যাবা যিলম অমসু তৌবমদুনা য়েংথোবকই। নুমীৎ তাথোকখ্রবসু গাড়ীদা চৎপনিনা চিংননদে। অদুমকপু কযা পাঙদবা মতমনিনা খবা যাঙনা নেৎলি। বীনানা মবম খঙনা কন্না যাদবদগী ব্রজচন্দ্রগী মনাক্তা বীনা ফম্মী। বীনানা পোৎ মযামগা তুংদা ফম্মিন্নবা চিনমল্লি হাযদনা শিখাঙ খাঙলকপা মতাংদা বীনানা তপ্পা হায়কখিবনি-

— নঙ নবুঙগী মনাক্তা ফম্মুচো ঐ পোৎ শেন্নগে।

— পোৎপুদি শঙদ্রবসু অদুম লৈজনি, দ্রাইভব অসিদি কনানা শেন্নবিগনি, মপু নঙনা শেন্নদনা, চো রা যাম্না হাযবক্লিঙৈদা ফমহৌকচো।

— ইকায়জদ্রো ঙসাই লাকপদদি ইবানী মনীংদা ফম্মক্লগা!

— ঙসাই ঙাল্লিঙৈদা মান্নবা যাব্রনে হৌদোং লম্বোইবী- চো, নঙগী হবে অসি ঙাইবে।

— চোই!

ঈকুজনীংদ্রবসু থোঙ্গ্রা তেকপদা কাযবা নত্তে; ঈকুজগনবগীদি খোঙ্গ্রা যাওদ্রবসু ময়াবনি। চখত্তুনা ফম্মুই। কান্নবসু ফংদবা নত্রগা পীদবসু নত্তে। ব্রজচন্দ্রনা গ্যাব শিনবা হেক খুদিংগী বীনাগী মখুৎ লামশিন্দুনা পাযবনি। হঙ্গোইজবিবী বীনানা ফমফম শেম্বা শিনবগী মওংদা খব-খবা হেক হেক হন্দোকপনি। ফাগি যাবা ব্রজ নত্তে, লাল্লগা নমদুনা পাযশিন্দনা তোক্তে। বীনাসু হাইবপ অদুম খঙই। হবাওবিদনা তোক্তে। হাইবপ কল্লকপসু ফাওবগুম তৌই। অমুক অনীবক্তং উখিবা পুলিশ ওফিসব অদু হাইবপ নীংশিংলকপসু যাওই। অমম্বা মবক্তা পূম্নমক উবা ঙম্মী। মীওইবা পঙঙক ঙক্তবা জীব নত্তমাল্লে।

গাড়ী খংলেপ লেপ্লি; ব্রেক খংফানি-শীৎপনি। বীনানা য়েংথোকখিবদা ফৌজী ফিজোল শেৎপা অনীখক গাড়ী মমাঙদা লেপ্লা উই। খংখাম খাম্মকপনি। গাড়ীগী মৈ মুখৎনবা হায়বকই। ব্রজচন্দ্রনা খংমুৎ মুখৎলি মচন মনিংদা পাখভনবা হায। ব্রাবী তৌদুনা মশক অমদি চৎলুবা থবক তাকলুই। নাকন্দা য়েংথোকলুবদা মমি শামি উবা মী-ফৌজীগুম্বা খবা পবেং লেপ্লা উকই। অমনা হায়বকই-মাঙদা খজিক্তং চখবগা খুদোংথীবা লৈ, ঙাইহাক ঙাইখো নত্রগা হনখবো। কবি খুদোংথীবনো থোইনা খঙদে; তাকফম থোক্তবনা ওইবা তাই তাক্লক্তে। মতাইদা থৌজিল্লগা ঙাইহাক য়েংসি হাযনা লেপ্লদুনা ঙাইহাক লৈ। খঙহৌবা অমদি তাক্লম্বা নত্তে নক্লপ্লা নোংমৈ যাম্লা কুঙনা কাপ্পগী মখোল তাবকই। মচন-মনিং অযৌবীদা পাখৎলি। গাড়ী মনুংদা পাকথৈ। বীনানা মচীন্দা পুবা লাইশোল কন্না শোল্লকপনি -জৌমী জৌমী-হবে কৃষ্ণ, হবে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হবে হবে...। নোংমৈ মখোল হেন্না কুঙশিল্লকই, হেন্না নকশিল্লকপগুমসু তৌই। মীওই অমনা ব্রজচন্দ্রদা কুমথদুনা মতাইদা পাকথবনবা হায। খঞ্জানবিঙৈদা মনীংগী থোঙ হাংদোকপগী মখোল তাবদা লৈথোক্তুনা য়েংলুই; মচনবু খবনা চিংথোকখিবা উই। ব্রজচন্দ্র ফন চোংথবগুম থোকখি। মচনগী মাযকৈবোমদা হোৎচিল্লি। খুদক্তা মমাঙলোমদা বীনানা চেৎনা মেল্লবা মচীন্দগী কন্না লাউনবা হোৎনবগী মখোল তাবকই। নোংমৈ কুঙশিল্লক্লি। মচনগী মপাম্বোম পাযদুনা চিংলগা বীনাবোমদা হোৎচিনবনি। লুখমদা অকনবা পোৎ অমনা কন্না থোল্লকপদগী ব্রজচন্দ্র তিংখংগী মোংশোং মবক্তা উপ্লা হাইথখি। নক্লপ্লদগী হাইদোবকপা নোংমৈ মদ্দনা পাল্লবোই নীংলবী বীনানা মবুঙবু য়েংবিনবা লাউবমগুম তৌই। বীনাদি লাউবা ঙমখিদবে। কন্না লাক্ল-ফানবগী মখোনদি ব্রজচন্দ্র মঙওই-হাওই তাবমগুম তৌই কুইবদি নত্তে, তবঙ অমদা অদুম লৈখবে।

মালঙ চনু

ব্রজচন্দ্রনা লেঙলি লেঙলি তৌবম্মগা হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোক খবা খঙনীং নীংশিংলক্লনা উপ্পা উপ্পা ফুক হৌগৎলকপা মতমদা মঙাল খবা খবা লৈবম্মে। নুমীৎকী মঙান্দি নত্তে; অচিকপা অঙনবগী মঙাল ওইবা তাই। খুকখুদক কুল্লম্বদগী ফুক হৌগৎকে হোৎনবকই। মকোক কন্না ঙাওই ঙমদে। অমুক খংকুন কুন্থে। নাক-যেৎ হাইবপ য়েংলুই। মাগী কাবদং উই। চীং ময়াদা খবা হেন্না নকশিন্না থাবা উই। মনীংগী থোঙ অনীমক শাফাক ফাকপগুম হাংবা উই। খজিক্তং হৌনা কৌদুনা যেংনীংলুই-বী-না; বীনা' মখোন খজিক্তমক থোকপগুম তৌই। তপ্লপ্পা য়াম্না থাজনা কৌকই-ঙাকশেল মীওই কনা লৈবগে? কনাসু খুমলক্তে। কনাসু উদে কোয়না অমুক অনীবক যেংলুই। মী লৈবগী মওং অমত্তা উদে। ঙাইহাক অমুক লুখম পাযদুনা তুম্পম তাদুনা লৈকই। অবাপ্পদা হূই অমা চিংনা খোংবা তাবকই- মঙ-ওই, হা-ওই' তাইবঙ তংখায মঙ তংখাযগী খোঞ্জেনগুম তৌই।

ঙাইহাক লৈববা মতুংদা যাম্না কন্না থৌবকপা গাডী অমা খংখাম খামখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা টৌর্চ লাইট কাপলকপা থেংনৈ। চঙশিল্লকপগী মখোল তায। লেংবান্দা তপ্পা পাযবগা হংলকখি-

— ইযাম্বা পাবুঙনা লৌশিং তাবিবিববা?

— ক-না নো ইবুং-ঙো?

— ঐখোয়নি। হৌগৎপা যাত্রা যেংসি হৌগৎপিযু।

— কোক অসি-!

— শোক্লে।

— মখোয অনীদুদি?

— মী লোয়নবিবকখিববা?

— অনীনি; বীনা বীনা-।

নুপা অমা চঙশিল্লক্তুনা হায়বৈ-অমদি গাড়ীদা লৈবে। ব্রজচন্দ্র স্বব খজিক হোল্লি। তপ্না হৌগৎপা ঙম্মী। য়েংখৎলুই। মখোয় নহা পাখং অনী লেপ্লম্বা থেংনৈ। চৎনবা লাক্লবগা হায়বকই-কবম্বনো হায়বদি ইবুংঙোশিংদি খঙলবোই; ঐ য়েংগে। অমনা হায়বকই-

— ইয়াম্বা, যেংলগুমসি।

- কবিগী?

— ফীবমসি খিত্তং কায়বে।

ব্রজচন্দ্র থুক লাউই। অমনা পায়বিবা মৈ অদু তাপ লৌবগা তুবোয় থামলোয় হোৎচিল্লি। কাব মনীংগী সীটতা মফি-মবোল অমত্তা যাওদনা লংশেকপিববী লাইবীগুম তাদুনা লৈবিবী বীনা খংউ উবকই। মযা অমদি মনাতোন্দগী হাধবকপা ঈখেঙ অদু হৌজিক ফাওবা মনিল কাবগুম তৌবি। লৌশিং তাববা পাঙ্গল খজিক লাক্লবা ব্রজচন্দ্রনি; গাডীদা এমায় লুপশিল্লগা কপ্লুই। ঙাইহ্নাক কপ্লুই। পাখং অমনা ফি এমনা তপ্লা কুপশিনবগী অদুদা ব্রজচন্দ্রনা পেকেট অমদগী শিক্লকী সাড়ী অমা লৌথোক্লগা মমাযদা থুপচিল্লগা শাংনা কুপশিল্লি। হেন্দোবকপা খোঙগী শব্দক অদু কোনশিনবিবগা গাড়ীগী থোঙ থিংজিল্লি। পাখং অনীদা হায়কই-অমদি কদায়দা লৈবম্মগনি?

মখোয় অহুম চঙদুনা থিমিন্নৈ। ব্রজচন্দ্রনা তপ্লপ অমদি কল্লপ-কল্লপ কৌকই-বীনা; বী-না...। মৈ কাপ কাপ্তুনা মোংশোং ময়া মযাদা য়েংলুই থেংনদে। পাখং অনীদু তহ্না তহাবকই। অমনা হায়বকপনি-ইযাম্বা অবৈবা অমসি পুবগা চৎলসি, ঐখোয় থিবগা থিল্লক্লে নত্রগনা পাউ পীবক্লে। ব্রজচন্দ্র যানিংদে য়াদে। হংলুই-

— ইনাও অনীবু কনানো? মিং লৈফম খঙনীংই।

— লৈবাক অসিগী যেক্লবগী অমত্তা ঙাযববা যেক্লবনি। ঐখোযনা কাপথবনি শাগী লমচৎ চৎপশিংদু। মিং লৈফম অকক্লবা লৈতে,

হায়জববোই। ঐখোয অখন্নবা থৌদাং অমা পাঙথোকপা চৎপনি। ইয়াম্বগী মতেং পাঙদবা যাদদনা পাংজবম্বনি। ঐখোয চৎখ্রগে। ঐখোয় চত্রবদি পাউ ফাওনদদনা ঐখোয মী মযাম অমা মাঙখিবা তাবে। ইয়াম্বগী মতেং পাঙননবা মী খবা পুংখাযমুক্কী মনুংদা থাবক্কে। যাবগনা ঐখোয অনী লাক্কে। ঐখোযনা ফংনবা থিগনি নুংশা থীবিগনু।

থাংমৈ পীবম্মগা মখোয অনী চৎখবে। অঙকপা খোঙযাঙদা থৌখিবা গাডীদু ঙাইহাক মুন্না যেংলুই। অমুক কৌকই-বীনা' তহা-তহা চৎতুনা মৈ কাপ কাপ্তুনা যেংলুই। কবিগুম্বা খূদম অমত্তা থেংনদ্রবদা খোংগুম্বা মচা অমা লৈবদুগী মপান্দা কুমথগে হাযনা নীংদুনা হেক লৈশিল্লকপগী অদুদা তমোন তমোনবা পোৎ অমদা নেৎপগুম তৌই। শান্না কাপলুবা মৈ খংনক নকশিন্না কাপ্তুনা যেংলুই। ঙকই। অককপা মী মখূৎনি। ফমথদুনা যেংই। মশক খঙলকই বীনাগী পাম্বোম মহামদা কক্লবা খূৎনি। মচেক নাইবা নুঙদুম মচা অমা খূবাম চেৎনা পাযবল্লি। ঙাইহাক লেপ্তুনা যেংলম্মগা ব্রজচন্দ্র তপ্পা ফমথবকই তাবিবা পাম্বোম অদুদা তপ্পা নাল্লি। শিন্থবকপা পিগী মবীক খবা মক্ত ফুক্রা নৈহৎলবা নাপী খবদুগী মথক্তা তাখি শোৎ-শোৎ।

উচেক মচা খোংলক্লে। ঙাইহাক্কী মনুংদা ফজনা ঙাল্লক্লে। নুপা পাখং অহুমখক চেনচৎতা চঙশিল্লকই। অর্থ থোইনা যাওদ্রবা মীৎযেং অমদা ব্রজচন্দ্রনা পৈবপ যেংথোকলুই। অহুমগী মনুংদা অমদি ঙসাই মতেং পাংলম্বদুনি। মানা তপ্পা পাউ পীবকপনি-ইযাম্বা, খোং অসিগী মবীনদা অম্বাযদা তাদুনা লৈহৌবে, সোমদা লেঙলসি। ঐখোযনা মী খবা পুবক্লে। কদোমদা পুগদবনো পুনবা তৌবসি। ব্রজচন্দ্রনা তপ্পা হাযবকই-

— ইবুংঙোশিং গাডী পাযবা যাওব্রা?

— হৈবা যাওবি। মখল খুদিংগী গাডী ঐখোয থৌবা হৈ।

— অদুদি ঐ মফম তাক্কে নচে অনীসি, অমনা ইচননি অমনা ঐগী নুপী; মখোয় অনীসি অমুক্তা যৌহল্লুবো।

"ইয়াম্বদি?"-ঙসাই তেংবাংলম্বা পাখং অদুনা হংলকপনি। ব্রজচন্দ্রনা মমীৎ অনীদু খূনমনা তৈথোক্লগা পাখং অদুগী মখুৎ পায়বগা হায়বনি-

"ইয়াম্বা নতুং ইল্লগে।"

ইম্ফাল
২০০৫

# নোংলৈ হাবুঙ

অহল ইবুংঙো, ওজা শঙ্গোযজাউনা অযুক অদুদা শাউবদি-শাউবসি অযৌবীদা শাউই। শাগৈগী মনাওশিং অমনা চঙী অহুমগী মমাঙদা হুম্লিখক্তনি হাযদনা লাকপোই-যোযবোই পৃথিবা অচৌবা শেনফম অমা থৌকনি, পীদবা যাবোই পীদ্রগা ইথ্রোলগী পতাবা কবিনো অমা ফোয়দুনা পুবক্কনি হাযদনা ঙল্লপ্লা ঈকজবগা লাই খুকমগনি হাযদনা তুলসীবোঙ মযাদা ফমহৌবা মমৌনুপী পোযনুবৈনা উবম্লনি।

থব্রান খাগী থাযাযগী অযুক অসিদা কদোমদগীনো খঙহৌদবা অঙাওবা অকনবা নোংজু অমা হোৎচিল্লক্কুনা ফৃদ্দিং হেক্তা ফুববে; ফৈজৈনবা নোংজু ওইবনা লাপ্লপ লৈববসু নোংলীক চঙলক্কুনা ভৌবিবা কাঙৌদা অপনবা ওইবদৌবদনা হোৎচিন্দুনা থোঙনাও ঙাশিনবদা মমৌনা মকুবোক অদু চন্দোল উপুগা খুজাইগা কোল্লগা অৱাং শঙ্গোয়দা হোৎচিনখিবা উহৌই। খলহৌবনি পোযনুবৈনা-অহল অসি তুশিন্দুনা তোল্লবনি।

শাউগনবা ব্রাহ্মণগী খুৎশাউগুম্বা নোংদা ওইনা তৌই, খংলেপ লেপখি; ঙাইহাক্কী মনুংদা নুংশা তবং-তবং থোকপা হৌই। পাইবক্কী নোংহৌ অদু অঙাওবা অফৈবা নুংশিং অমনা ৱাখেখিবগুম তৌই। লৈশিনবী নুংশিৎতু অৱাংলোমদা চৎখিগুম তৌই। কুইবম্বা নত্তে।

মবক্কী পবিখা চৎকদবগী মফি-মবোল শেৎলগা চাক চাবা চঙলকপা ননাওবীনা হাযবৈ-

— পুপু হাযবা হনুবা মনুখাঙসে পঙঙাংদা ঙাংই পংশাউদা শাউই। ঐন থোঙ্গ্রাদা ঙাইহাক্তং ইশা তৈথোক্লিঙৈদা মাগী চন্দোল উপু অতেকপদুনা থাগে তৌবকইবা!

— ঐমা কবিগী? নঙগী পুপুদি শঙ্গোযদা লাই খুরুম্মিদুদিনা?

— অদুদগী হৌগৎলপা পুখ্রিদা অনীবক শূবে, ঈকুজবিবা, হন্দাক্তি মাগী চন্দোল উপুদুসু পুথবগা নুহৌবে, উপুদুসু লুবীহৌববনি।

— কৈনোনে ননাও নঙবু ঙাওববো?

— ঙাওবদি ঐ নত্তে, হনুবসিনি; মসিদা শিবদি ফদৌবা। মচান্দসু কদি কবিনো মকম-মুকম ঙাংবনি অকোক্রকাদু পঙচৈদা চৈহৈবনি।

— কবিগী? নবোক্তি ননেতোনখোযদা চংখ্রিদুদ্দনা, হল্লক্লব্রনে?

— খঙদে!

মচানুপা ননাওবীগা মপুগা ঙাইহাক্তা তিন্নবা যাদে পঙখৎতা-খৎনৈ। অহল অদুনা অঙাং অদুদা তৌহৈগা তৌহৈদেগা, হৌনৈগা হৌনদেগা ঙাঙই। মশূ অঙাং অদুনা তাবোই-তাদবোই তৌদুনা মানা থোকপা অমা অদুম তৌদুনা লৈ। মমান্নবনা ব্রাংনা ফৈনা থোন্নকপা কোক অদু ওক্লবা চেনশিল্লুবগী অদুদা শূমাং মতোন্দগী অহল অদুনা লাউবকপনি-হাই পোল্লাংখোক লীৎহৈদেনহৈ লব্রাযমচা নঙবো! মমান্নবনা পোইন্ত মঙা লৌখ্রবা মাগীনা-জিবো-লভতা লৈবগী খোয়দৌ লংখৎলিবা ননাওবীনা খুম্মকপনি-পোল্লাংখোক লীৎলগা নপা তৌব্রো হনুবা!

অহল অদুনা অফংবা অমা তাপ খুল্লগা মশূ তম্না চেনশিল্লি। মপূগী মওং খঙবা ননাওবীনি চেন্দে অদুম লেপ্পুনা লৈ। মপূ অদুনা অপাযবা অদু থাঙ্গৎলগা মবৈ ফৈনা চীক্লগা-মসিনা থোক হেক শূবা, কোক হেক থাবা নচুবাদুদা...হায়দুনা মুক-মুক্তুনা লৈ; থাবদি ইথা

থাদে। মমান্নদুদি মথৱায পুদুনা চেনখ্রে। শান্নবা অদুম কাযবে। মশূ অদুনা নোক্লগা তাকলকপনি-পুপুনা পাযবিদো হূইথী অকংবনে। হা' হাযবম্মগা মুন্না য়েংই; মনম হাইবপসু নম্নম্মী। লাক্লুনা লংখ্রগা নুংথিনদা অহম্লক শূবা ওইনা খুজাই পাযবগা পূথ্রী পাংখি। কুইদ্রিবনি যেনখাদা যেন মতূ মানবা অমা পাযকই হাযনগী ঈকজথোক্লবা কুইদ্রিবনি।

ওজা শঙ্গোযজাও মৌত্রিক আববনি। বিজ্ঞানগা অঙ্কগা অখনবা ঈবিম ওইনা লৌবনি। নৌবাক অসিগী স্কল [illegible] ওইনা মথং মথং চৎতুনা ঈবিম এনীসি তাক[illegible]। [illegible] তাহনবা ঙম্বা ওজা ওইনকাখি বাবী-ব্রতাই ঊমাদ লৌশিংগী [illegible] অয়াম্বদা অঙ্কগী অতাবী ফল অদুগা বিজ্ঞানগী মশাগী অচুম্বদা থাজজ ওজানি। নিযমগী ওইবা ব্রাযমদা কল্লা চৎচবা, অতনানি। মৈ পূন্নমক অঙ্কগা বিজ্ঞানগদা যুম্ফম ওইবদৌনা তৌই। অদুগা অমূকসু ঈশ্ববুদি অয়ৌবীদা থাজজৈ। মপাগা মমাগা ঙম্না লৈখিদবদগী বৈষ্ণবকী ওইবা লোনচংকী নাক-যেৎতা চেকশিন্না নাউযোক নাউকোল্লকখিবগী মহৈ মশা মনুংদা অদুম্মক ঈবোযনদুনা লৌবি। থাজজবগা অতা-অতাবীগসি মপা ইশোয় শোয়নবদৌনা তৌবা তাইবঙনি। চহী মতাংনা অমূক্কসু শাজৈ থাবকপা অঙকপা ওইনবোই। মফাং-মফাংবা মীওইপোকনি। য়েংববু হৈববদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্লি।

মমৌনুপী পোইনুবৈদু য়েংবা হৈগল্লি। নুংশিংকা নোং মথোঙ খঙফাত্তবদুগা লেপখ্রবদা থোঙনাও খজিক হাংদোকপদা শঙ্গোয়বোমদা য়েংথোক্লুই। মকু ফম্বা উদে। লাইখুকমফক মচাদুদি লৈবগা অহল অদুগী চন্দোল উপুদি উদে। মচানুপা ননাওবীনা হৌজিক্তা, চন্দোল উপু অদুসু ঈকজবিহৌববনি হায়দনা হায়খিবদু নীংশিংলকই। থাজদবনি। ঙাংনীংবদা ঙাংবা হায়নীংবদা পন্দবা মচাগী মওংদুনি খল্লম্বনি, অদুবু চুম্মিবা জাৎলনে হায়বা ব্রাহং মচা অমনা মাঙওইনবদুনা মকুনা হোংদোক্লবা খূদৈ অশেংবা অমা পায়বগা থোক্লকই। অহল অদু মচুম

ওবো-বো তাবা চন্দোল উপূ অদু খূদোংননা পুবদুনা পুখ্রীবোমদগী লাকপা উবদা অহানবমক্তা ঙক্লুবে। মথংগী হেক মীৎকুপতা ফিজিনা মচীন খুম্মগা চেনাশিল্লক্লে। থোঙজিন মকমদা ঙাইহাক থীক-থীক নোক্রম্মগা অমূক যেংথোবকই। অহল অদু হান্নগী তুলসীবোঙ ময়াদুদা অচোৎপা মফম তাদুদা অচোৎপা শেংলিবা ফি অদুগা মীগাংননা ফম্মদনা লাইপাং -ঊীনপোৎ ম[illegible]দ থাংদোক্লুনা [illegible]থোক নাহ্নোক তৌদনা লৈ। পোইনবিনা [illegible]পা চঙশিল্লগা হায়কই-

— — [illegible] সোমদ [illegible]

অহলনা খংলাউ লাউরকপনি কবি। কবি বাজী! কবি ফি! চৎলু। চৎখ্রো চৎলো নহোয লোইনা! মমৌদু খংপ্রেক খংই। পাইদুনা হোৎচিল্লকই। ইপাই হৌগে তৌই। অহল অদুগী মমীৎ-মমায ঙাংশং ঙাংবদৌনা তৌই, মচীন্দসু মখা তানা মুকম-মুকম শোল্লি-মতা চাদবা! মথোঙ হৃক্তবা! জাৎ-পাৎ নাইদবা! চৎখ্রো লোইনমক!

পবিত্রা অযুক্লি হান্দনা মফি-মবোল শেত্তুনা লোইশিল্লুবগা নুংথিল ওইবম্মদনা হঙ্গিন্না পাথোককে হাযবগী মিংদা লাইবিক অমা পাযবোই ফাকপোই, দাবীদা মখোঙ যান্থদুনা ফম্মগা মপুনা তৌবিবদু মুন্না যেংলক্লি ননাওবী। মপুনা ঈশিং লুপ্লুবগা চন্দোল অদু তকপা য়াদদনা নুংশাদা ফৌবগা ঙাইহাক ঙাইবিঙৈদুদা মশূ ননাওবীনা হায়বকপনি, খুদোম্বী থিল্লগা-

— পুপু, পুপুগী শান্নবা নুঙ মচা অমদু উপূ মখাদা তাবেতো।

— ঐনা থম্মিবনি, নথৌ কবি লৈ। কবি! নুঙ কাযদা নাপাগী নুঙলা সে! লাইনিনে-শলগ্রাম! শান্নবা কা'য়না! মসি নামাগী শান্নববা! চৎলো নশকশিংদু য়েংনীংদে। আক-পাক নাইদবা! পোৎ-চৈ থমফম খঙদবা। চৎলো!

— অসিবু ঐনা থম্বসু নত্তবা, মানা থমখৈ থমজবগা, ঐঙোন্দা শাউবিনে।

মালঙ চনু

— শাউদদি! অদুবু হৌনব্রো! মখোঙ-মবম খঙদবা শাবদনা

— মানা খঙখৈ খঙজদ্রগা-!

ইমুংদগী মমানা লাউ চঙঙকউ পোৎ অমা লৈবে হাযদনা মচাবু নমগৌকৌবকই। ননাওবী তহা-তহা চেনশিল্লকই।

— কৈনো ইমা?

— কৈসু নত্তে। ইমা ব্রা হংগে।

— কৈনো?

— নঙগী পুপুনা অসুক কন্না শাউবিসিবু নঙনা কৈদৌকবগে?

— ঐ কৈসু তৌকদে। কৈনো খঙদে পঙশাদৌ শাউব্রি।

— নত্তে পুপুগী চন্দোল উপুণ লাইগাদু নঙনা পাযকবব্রা হাযবনি?

— পাযকদে, নক্কা ফাওবা চঙলুদে.

— শোক্লু-লাক্লুদে?

— বিগা সখী শোক্কে।

— যেন মতু শোযদনগা লংশিল্লুব্রা হাযবা?

— অস! ইমাসিদি নঙসু হন্‌বসিদৌনা ঙাওবো!

মতম অসিদা মপুনা হৌনা কৌবকই-নাওবী, ননাওবী। হাও খুম্মগা ননাওবী মপান্দা চেন্থোকই। মপু লৈবমদে। ইমুংদোমদগী লাওবকই-সোমদনিনে সোমদা! ননাওবী পাইদুনা চেনশিল্লি। মপুনা হাযবকপনি-সে অদুদগী শোদু পাযখু, অম্বাদি হাংউ, ঐ পাযনীংদ্রে। হাংদোক্লগা হংলুই ননাওবীনা-

— কবি তৌদোযবা?

— অদুদগী ফৈজোমদুগা ফুবিৎতুগা পীবকউ। যান্নবা ইন্নফি মচাদুগা পীবকউ। অদগী অদুদগী ফিদু হাইগৎলু, পৈশা লৈবনি পীবকউ।

— কযা?

— *খবা হেক্তা পীবকউ। নঙগী মঙাচপ্পী অমা লৌবো, পবিখানি হাযদায।*

মফি-মবোল শেৎলিবা মপুদা মুন্না য়েংলগা ননাওবীনা হংলুই-

— কদায চত্তোইনো পুপু?

— গোবিন্দদনি নঙ' নথৌ কবি লৈ। জগৎ পূম্নমক কোকথোক চামথোক্লুদৌবনি নথৌ লৈব্রা' চৎলো যাবে লৈবিবনু চৎখ্রো' নহোয লোইনা লৈবিবনু। মথোঙ হুক্তংবা' মতা ইচা চাদবা...মঙ্গোল ওইদ্রে. .।

— পুপুসু হল্লক্লনু চৎখ্রো।

— কবি নথৌ লৈব্রা নযুমলা। নাপানা শাব্রা ঐনা শাবা নত্রা।

মশূদি নোকমি-নোকমি অদুম থোকখ্রে পবিখা চৎখ্রে। মপু অদুদি ওাংহৌবি। মশূ-মপূগী মতৌ অদু পোযনুবৈ থোঙ মকুমদা য়েংদুনা লৈবক্লি। কন্নসু খল্লি-কবিনো অহল অসিনা ঙসি তৌবিসিবো। পুখ্রী লাইগা ওক্লববা জাৎলা' পুখ্রী লাই হাযবসিবু লৈবমগদ্রা? চীংমৈবোংগী কবোক্লে মাইবীদু লাইবম তীল্লম যাম্না খঙই হাযবনি। ঐখোয' ইমাসি ঙসি কুইনা চৎখ্রেদা।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মনেম হল্লকখিবা মখোল তাবকই। চাক লোইশিল্লকপদা মচাশিংগী শঙ্গোম ঙৌবদু শেন্নবিঙৈদা মনেম কৌশিনবা নংহৌদ্রে। ঙাইহাক্কী মনুংদা মনেম মকুগী কাদা ঙুং-ঙাং ঙুং-ঙাং তৌনবা তাই। মকুবোক অহল অদু চৎখিদ্রি হায়বা মা খঙই। ঙংনবিবদু অহল অনীদুনি হাযবসু তশেংনা খঙই। কবি ব্রাহৌনো খঙনীংনা লুমদুনা তাগে খনবনি। যুম্লোম্নবগী নাশোন যাম্না খঙবা, অঙকপা ফংনা হৈশিংবা হৌদোং অদুগী খল্লগা পোৎ-চৈ খবা মথং-মথং মফম চানা লোইশিল্লম্মগা তহা-তহা চাখুমকাদগী থোক্লকপগী অদুদা মনেমদু মাঙ্গোল্লোমদগী নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌদুনা চঙলক্লগা হাযবৈ-

— নুপীমচা চা অহুমদা তৌবকউ মোইবাংগী নকুদোনদু শেল চবুন তরুক-তবেৎ পুদুনা লাক্লে।

— ইকুদোন হায়বদি?

— হে-বা নপানা ঙসি শেল থৌবা চৎকনি হাযদনা অযুক ঙস্তাদগী নাতোন চফুমুক চাউনা কামদনা ঝঞ্জ তৌবিবদো; নকুদোন ফৈজাওদো।

— ও, থিকা মথাং তৌবনি হাযবদো?

— অদো-অদো নকুদোনদো। নপাদু হবাওবনা লোইববনি। ঈশিংদা লৈতূম থাদত্রবা শেনফম মখোঙনা থোংনা ফাওবক্লে হায়দনা, চা থক্নখিদ্রবা নপাদু লোল্লকউ থকসি হায়হৌবে। ঐসু যাওগে পুথোবকউ। হাই নকোক-নক্কাদু মওং তানা খুম্মুহৈ। অসিমসু হৌনৈ-হৌনদেদা নপাগী মথক্লি।

— অদুবুদি ঐনা ফনবা তৌবগে; অদুনা ঐনা ভাব-মেন তাদবা অমা লৈবিবা।

— কবিনিনা?

— বাজিসি ঙসি য়াম্লা শাউবা; ঈকসি পঙলুদা লুবা, শাউবসি-শাউবসি অউ-অউবা চীক্কদবগীদা তৌবা .

মমৌনা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা মনেমদু ফাক-ফাক-ফাক নোক্লক্লে। হান্নগা, মপি খবা তাগনবা মনেমগী মমায় অদু পুঙচোৎ চোৎপদৌনা তৌবে। পোইনুবৈদি ঙকখিবনা-ঙকখিবনা হান্নদগী মম্লকপনা হৌজিক পুঙমম মমখ্রে। নোক্লিবা মনেমবু চাথোকদৌগুম য়েংলগা মমনা অমদি ঙক্লা কৌবকই-ইমা! মনেমনা হম্বক্তুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হাযবকই-

— নঙনা ঙসাই অযুক নুংশা ঙাইহাক য়ৈসনু হায়বগীবা কবিনো,ফিগে ফনেক অহনবদু শঙ্গোযগী তাবাদা যাম্থোকলম্মীদনা, ঐসু উই হাযবা।

— ফিগে মব্দপ য়াওবগী ফংবদো, ইনম্মা মায়চোননা নহান তাইবদো। ঙসাইগী নোংদুদা চোৎলম তাবে ঐদি কাউথোকউবেদনা। য়েংলুখিগে।

— য়েংলুনু য়াবে কৈসু তৌদে।

— অদু কৈদৌববা?

— মদো, নঙ বাজিনা শঙ্গোয়দা চেনশিল্লগা লাইপোৎ থম্মগা হেক ফমথবকপগী অদুদা খংপাই পাইথবক্তুনা নঙগী বাজিগা চন্দোল উপুগগী মথক্তা পুল্লপ তাশিল্লক্লবা; পুল্লপ অদুম কুপ্লবা জাৎনি, হা-হা-হা..।

— অস! লোইবেদনা! অদুগী ওইবা তাবে ঐবু চৎস্ত্রো হায়দনা তাল্লিবদু! কমদৌনি মাঙঙেদনা।

— তুম্মিন লৈযু তানীংদে! মী, অহনবদুবো। হন্দ্রবা ফাওবদা কবি তৌই হায়বগে মী লাইনা তৌজবদুবো।

— লাইনা হাযবা?

— নোং-নুংশিৎসিসু লাই নত্রো। ঈশ্বরনা শেম্বা নত্রো, হা! ঐনা নীংজবিবা ঈশ্বরসিনা শেমদবা কবিবু লৈবিবগে!

— ঐ ভাব তা ফাত্তে।

— তাবোই নঙদি! চা পুথোবকও।

পোযনুবৈনা চা পুদুনা থোকখিবদা অহল অহুমদু য়াম্না নুংঙাইনা নোকমিন্নদুনা লৈবম্মী। অযুক্কী মতৌদুগা হৌজিক্কীসিগা ভাব ইতা তাফত্রি। মানা ভাব তাবা অমত্তংদি পুবক্লিবা চা অদু অমমম পীদ্রিঙৈদা মযায়দা ঙাইহাক থল্লগা অহানবদা মকুবোকতা ‘বাজি ঐনা লানবা ঙাক্তনি’ হাযবগা খুকম্মী; মথংদা ফৈজাওদসু বাজিতোনসু খুকমজবি’ হাযদনা। মনেমদা খুকমগে তৌবকপদা মনেমনা হায়বকই-ঐঙোন্দদি যাবে ইবানীদি মীচঙ অমত্তনি। ফৈজাওনা তাপ ওক্লুনা হাযবকপনি-

মালঙ চনু

— খুকমগদবদি ননেম, ইতৈমদনি, ইতৈমননি ফিগী ফি চপ মান্নো; কবিসু খেন্নদে হায়দনা ভাব তাহনখিবসে। .অসি ইবেন্মা, নখোযগীসিদি অহনবনিকো, হাকুমগী ঐগীদুদি মওং অমনিদা। মবোক্লা ইশূনুপা পীশকতু পোবা জাৎনি, মমা ইমৌ অদুনা মক্নপক্কী তিন্ননি হায়দনা চখোকখিবা। মবোক অদুনা মখোঙ খংহাম হামনীংঙক্তনা ইশূদু ঐগী তম্পাক্তা থোক থল্লম্বা, নহোংনে কবিনে। মাগী নহোংদু মবেনগীনি খঙদে ইমৌদুগীনি খঙদে, ইচানুপীগীনি খঙদে মখোযগী অমনবা ওইবম্মবা। নুংশিত্রবা অঙাং অদুনা মমায মমীৎ ইকুপ কুপশিন্দুনা ইক-আ ইক-আ তৌবদুদদি হাইদোক হাইজিন শেমদোক শেমজিন অদুম তৌবেনে। ঐদি কোননবা খঙলকপনি। মদুগী নোংঙানবদনি লৌগী কেশ অমা ঐনা ঙম্মীবসে।

মখোয় মবীমক মোমোন তৌই। ওজা শঙ্গোযজাউনা খবা হেন্না মকা লাম্বগুম তৌই।

ইম্ফাল
২০১০

# ঈরীক্কী ঈপাক

ব্রাংলবা চীংযাঙগী লেম্বেল অমদনি। লান্মীগী গাড়ী অহুম লাপ্লপ লাপ্লপ্লনা থৌগৎলি। গ্যাব অচৌবদা কন্না ঙং ঙংদুনা থৌগৎপনি। অনকপা চীংদোঙগী নুঙজাও অমগী নাকন্দগী লাপযেং খুৎলায থাদুনা মুন্না যেংলগা লাপঙাং খুৎলায়গী পাম্বৈনা যাথং তৌবি-"শেম শারো! খোঙফম চেৎলু: নাইন--এইট--সেবেন..সিক্স--ফাইব,--ফোব--থ্রি--তু--ব্রান--জিরো!"-দ্রঙ-দ্রঙ! মালঙদা ঙাইহাক ঙংদুনা লৈখিবা অহৌবা খোঞ্জেলনি। মুবৈনবা অথাবা মৈখুনা পুংমম! মৈগী চীং পোকখাযবগুন্মী।

হৈত লাক্কবা মীযানঙম্বা নত্তে, মাঙগী গাডীগা তুংগীগা অনীগী মপা চপ-চপ চান' পোকখাযহনবনি। মাঙগী, গাড়ী মচাদু মৈ হৌদুনা চাকপা হৌবকখি; তুংগীনা লোক্তো ওস্থবকখি; মযাযগী অচৌবা অদুদগী লান্মী খবা চোংথবক্রুনা মাযকৈ মবীদা মখল কয়াগী নোংমৈ কাপলকখি। হান্ননা খুদোংচাবা লৌদুনা লৈববা মখোয নহা তবেৎনা মাযকৈ অহুমদগী খন খন্দুনা খুৎলাই থাখি। পুংখায অমুক কন্না কাপ্লখি। মতুংদা উন ব্রাইমুক চীকলকখি। লোকখাদা মৈ চাক্লিবা গাডীগী মৈখুদং মতম ফনা কাখৎলকখি। মযাযগী গাড়ী অচৌবদু মুন্না যেংলিঙৈদা পাউ লাকই-

— অথৌবা মীয়ানঙম্বা-। ওভব।

— তাকপিযু। ওভব

— মায পাক্লে। থাগৎলি। হল্লক্লো। মখোয তকক্তি লম্বেল অমদা লাক্লনি। ওভব।

— ফনি। ওভব।

মালঙ চনু

— অতেনবা লম্বেলদা লাকউ। যেক্লবা লুমদুনা লৈবে। ওভব।

— ফনি। ওভব।

চপ ঙম্বা চীংমায়নি। লম্বেল লৈবা নত্তে। যেংথখিবদা অচৌবা লোক অদু পিক্লপ উই। অকোইবা লম্বীবোমদা মুন্না অমুক য়েংলুই। য়াম্না তাম্বা ফাওবা ইহাং হাংনা উই। অখঙবা খোঙ লম্বীনি। কোইববসু মদোমদা লোননা চেনচৎ চৎলবদি অথুবা মতমদা শুকংগী কেম্পতা থুংবা ঙমগনি খল্লুই। অদুবু যাথংদি যাথংনি। হন্না খল্লুদবে নাপী খোমজিন খোমজিন্দুনা পাযবগা তপ্পা শীংথবা হৌই। নুঙজাও অমদা য়াল্লগা অশাংবা নাপী খবা লাম্মিডৈদা লাপ্লপ্লদগী নোংমৈ মখোল খবা তাবকই: মশাদু ঙাইহাক হাইদ-হুমদনা লৈবগা মীংকুপ নাহুমদনা মুন্না তাদুনা লৈ। অনকপা অমদি লাপ্লপ্লগী নাক-যেৎ চেকশিন্না যেংই। অকাযবা থোংদোক্লা উদ্রবদা তপ্পা অমুক শীংথবকই। উ মচা মচা হৌবা মাযওন খন খন্দুনা উবী মচা-মচাদু পায়বোই যানবোই তৌদুনা শীংথবকপনা খংঙম ঙমথখিবা মতাং অমদা লৈপ্লে। অপীকপা উবা অনী তাশিন্দুনা পাযবগা পোইবৈ ঙাইহাক যেংই। পঙব্রাং ব্রাংবদি নত্তে কা হেন্না ঙমথখিবগী ব্রানি। চোংথবগে হাযনা লোপ্লৈ। তাফম মপা খল্লি। উ মচা অমা হৌবা নুংজাও মনাক্কী যাম্না চিনবা মফম অদু খল্লগা মুন্না যেংই। মশাদা যাওবিবা, লেংবান্দা যাল্লিবা বেগ মচাদু লৈথোক লৈশিন তৌদুনা চেকশিল্লি। মখূৎ নাম্মনা খ্বাংগী পুকনোংতা যেপলিবা নোংমৈ মচাদু লৌথোক্লগা বেগতা হাপচিল্লি। বেগকী চেন অদু চিংশিনবদা খবা কন্না মুকখিবা মতাং অমদা নেৎলিবা নুঙ অদুদগী মখোঙ নাম্মগী খোঙফম অদু শৎ নাম্থোকখিবনা নাকন অমবোমগী ঙমথখিবা চীংমায়বোমদা ফৈনা ওম্বুবকই। নীংথিনা শিন্দম্মবা লাপ্লোয়নি, লৌশিং মাঙদে, পোৎ অমদি মশাবু কল্লি; চেকশিল্লি। ফৈনা য়ুংনা ওম্বুবকই। য়েংখিদ্রবা মায়কৈ অমবোমদা ওইবনি। মীংকুপ খবগী মতুংদা লোংনা পুম্ত্রে তাই। ফুক হৌগৎলি। মানা থেংলম্বা নুঙ অমসু ওম্বুবকই;

নক্লা নাকনলোমদা হাইথখি ঙমথখিবা চীংমায়দা কন্না ওস্থখি। মীয়ানঙম্বনা শংত্রিক য়েংহৌই। চোংলিবা মিহুল ফাধবগা মফি-মবোন খজিক কপ্লোকই। অনাবা ফাওবকপা চুবাদা মাদুনা য়েংই। ঈ হাধবম্মে। নাক-য়েংতা কোয়না যেংলগা মশক খঙবা মনা অমা থংলগা নোইখায়দুনা থোম্মী, মখূৎ নাম্মনা নমদুনা ঙাইহাক থম্মী। নম্ন-নম্না কোয়লৈ লৈনা যেংখংলগা-চীংদোন চীংয়াঙ য়েংদুনা মাযকৈ মাযওন লেপ্লবা লাক্লবকই। মঙোন্দা পূমনৌ নৌবা লম নত্তে। মফম মাযকৈ লেপথোকপদা কুইনা চঙদে, মীংকুপ খবদমক চঙই। য়াওবিবা মেপ পুথোক্লুনা য়েংলমদবে অখঙবা চীংদোন অমগী পান্বেনা লমথুংগী মপা লাক্লগা লম্বী লৈতবা লম্বেল অমদা চংলক্লে।

খবা চংলগা মপা লাক্লুনা কাখংফম মতা। ধংলিঙৈদা নক্লপা মীনীল তাবকই। মীযানঙম্বা চপ লেপ্লি, শং ফমথৈ, নুঙজাওদা াপশিল্লি বেগতগী নোংমৈ মচা তপ্পা লৌথোকই। মীনীলগী মাযকৈ লেপ্লবা লাক্লে। কোযবৈ লৈনা যেংই। শোং-শাগী মখোল অমগা লোযননা যাম্না ৱানা নাহেবগী খোনফম অমা তাবকই। খূদক্তা কাপ্লবা শেম শাবগা খোঞ্জেলগী মাযকৈ তম্না তপ্পা চঙশিল্লি। খূদক্তা নাহেবগী খোঞ্জেল মযেক শেংনা তাবকই। চীংশূ অমগী মকমদা পাকথবগা তপ্পা চেপথদুনা যেংলুই। উবকই-লাম্মী অমা চেপ্পা তাদুনা লৈ; মমায মমীং পূমকাযনি ঈতনা পূমঙাং ঙাংই। মখোঙ নাম যাওদ্রে মখূৎ নাম্মসু তংলে। য়াওবিবা মখোঙ নামদুগা মখূৎকা খকখক চিংদুনা নীক্লি। খোঞ্জেলদি থোক্তে মচীনদি লেঙলি কবিনো খবা হাযবগুম তৌই। নাকয়েং কোয়না যেংনা য়েংনা মীয়ানঙম্বা নোংমৈ শীংদুনা তপ্পা চঙশিল্লকই। মনাক্তা, মখোঙ শেঙ্গম শানা লেপ্লি। য়েংই। লেঙদবগুম লেঙলিবা মচীন্দগী নাশোন পীক্লা থোবক্লি-পানী, পা-নী পা-নী...

চিংলম্বা নোংমৈ তপ্পা হাইথবগা ঙাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈ ঈনা পূমঙাং ঙাংলবা মচীনবান থক-খা তাইফেং তাইনা খ্রক-খ্রক কংই।

মালঙ চনু

অমুক অনীবক মবৈনা লেকপগুম তৌই। তত্তনা লেংলি মচীনবান-পানী-পা-নী। চীংলক্কী হৃযিং খবনা মখযাৎ নাক যেত্তা মফম মুন্নবগুম পাইবি, তোংলি ওল্লি। ঙাইহাক যেংলম্মগা মীযানঙম্বনা বেগতা মখূৎ নাম্মা হূমজিন্দুনা মাবগা সাইলেঙ্গব লৌথোক্লগা নোংমৈ মচাগী মতোন্দা তপ্না লৈশিন্দুনা পানশিল্লি অদুগা লাম্মীদুগী লাইবক মপা চপ চানা তম্মী। তেনখনদা মখুদোম্বী কোনশিল্লি। লাম্মীগী লেঙলম্বা মচীনবান্দগী মযেক শেংনা হাযবি-পানী।

মীযানঙম্বনা নোংমৈ তপ্না লোইবোই হাইথবগা বেগতা হাপচিন হাপচিন্না নাক-যেৎতা হাইবপ যেংলুই। খূদম অমত্তা উবত্তবদা নীংশিংলকই মানা ঙসাই ওন্থদুনা তাবকপা মপা অদুনা নুঙলক্তা ঈফুৎ মচা অমখক তপ-তপ তাহৌই। নীংশিংদুনা যেংই-পঙনক নক্লা উদে। খল্লকই থম্লল্লগা চৎখ্রগে। মমায লৈথোবকপগী অদুদা হৌবপ অমুক্কা তাবকই পানী-বে' ওনশিন্দুনা যেংলুই। খক খক চিংবা মখূৎ অদু যাম্না ৱানা থাঙ্গৎনবা লাক্লবি। মবৈনা মচীনবান লেক্লি। মীয়ানঙম্না হূৎ লৈদ্না ঈশিং তাফম তম্না তহা-তহা চৎলক্রে। লম্লেলদগী অনেম্বা চীংশু মচা অমদগী মনা অনী হেকলকই।

পঙথাপ থাপ্লদি ওইবদ্রে ঈশিং যাবদা ঙাইহাক চঙই। কমাল লৌথোক্তুনা খবা-অমগা লুপহল্লগা চেনচৎ চৎলকই। মীযানঙম্বা থুংলবদা লাম্মী অদু লোংখোকলম্মে মখূৎ অদু মচীন মযাদা তাদুনা লৈবম্মী ফমথদুনা মখূৎ নাম্মনা লুশমদা লোনশিন্দুনা তপ্না শৌগৎপিবগা মচীনবানদা ঈশিং খবদং হৈথকই, হাযকই-পানী। মঙাল অমা লাকপগুম হবাওনা মযা খজিক কাথোবকই। মখুদা ঙাক্লগা পীথকই। মীকুপ অনী-মবীদং চিংদুনা থকখি; লেক লেক্তুনা থকখি। ঈথৌ ঈংথবকপগী অদুদা লাম্মী অদুনা যাম্না তপ্না তাবদা ৱাববা খোঞ্জেলদা হবাওনা হাযবকই -

— কৌন হো'? (নঙ কনানো)

মীয়ানগুম্বা তপ্না খুম্মুই অপেনবগী মোমোন অমা লোযনৈ-

— দুসমন নহী। (যেক্লবা নত্তে)

মচেৎ মকায ওইববা মী অদুনা তাখিদবে। ঈপাক্তা তিনখবমাল্লে। মনূং অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা, মাঙজৌনবা শোৎ-পেক অমত্তা তাখিদনা তুলোমদা য়াম্না নক্না নোংমৈ মচা শীংখিবগী মখোল অমা তাবকই। মুন্না খঙবা মখোলনি; লেকথববা লান্মী অদু কোন্ন-কোন্ন লৈথোক্লুনা য়েংখৎলুই। ব্রাং চাউববা লান্মী ওফিসব অমা লাইবক মপাদা পান্দমদুনা নোংমৈ শীংদুনা লেপ্লম্মে। মফি মবোল ইতৎ তৎলে মমায় মমীৎ ময়েক শেংনা যাংখায় থিঙ্গাইবে। অদুবু মশাদি চপ চানা খীংলি। মীয়ানগুম্বা কোল্লিবা লান্মী অদু তপ্না নৈতাহল্লগা তুংওইননা লেপখৎলকই। লান্মী ওফিসবনা মাগী বেগ অদু শৎ হুক্রোক্লুনা পাযশিল্লগা ঙংবগুম হায়বকই-

"ঐ মেজব কুলদীপ। নঙ কনানো?"

"নীংতম লান্মী"-হেন্না ঙংবগী খোনফম অমা য়াওই।

অনী ঙাইহাক ব্রা ঙাংনদে। খূদক্তা নত্রগনা ঙাইহাক্কী মনুংদা থোক্লগদবা থৌদোক অমগীদমক চপ চানা শেম-শাদুনা লেপ্লবি; হৌবিবা চীংশুগুম লেঙদে হাইদে হুমদে। মতাং অসিমক্তদা নোংথক্তা লাপ্লপ্না হেলিকোপ্তব পাইবকপগী মখোল তাবকই। মখোল অসুম অসুম নকশিল্লকই। ঙাইহাক্কী মনুংদা মেজবনা ঙংবদি ঙংলগা তপ্লপ্না খোনফমদা হাযবকই-

— নীংতম লান্মী, নঙ চৎখ্রো। য়াম্না থুনা, খূদক্তা।

— কবিগী?

— ব্রাহং যাদে। পাউখুম চঙদে-ঈবীক্কী ঈপাক্তা গো!

ইম্ফাল

২০০৯

# ঈচাউ য়াঙ্গংবী

ঙসাই অয়ুক মনা হূৎপা ইশূ নুপা অতোনবদু পোবগা মশূ মবেন ৱাবী শাব-শাবদনা ইনাক্তা চঙলকই। নিঙাই তৌবগী, মখূৎ লেঙবগী ঐনা ঙসাই লাউদুনা চৈরুবগী ইনাক্তা চঙলকউ হায়রুবদা, হৌজিক ফাওবা ৱাবৌবিবা অপিকপা অদুনা ইথা থাজদনা অচোপ্পা ৱাহৈনা চৈবকপদা মবোক্কা ইবানী হৌনা নোকখি। অপিকপা অদুসু নোকখি। মবোক্কা ইবানী অমুক্কসু নোকখি। মাদি নোক্লক্তবে। শাউবদি ফবে। মবোক্লা 'দধৌদা পীযু সে' হাযদনা পাযবকপা বেগ অমা পীবৈ অদুগা তম্পাক্তা ইতৎ তৎতনা তৌবগুম ফম্লে। মাগী ওইবা লোন্দাদা ৱাবী ঙাইহাক শারুই। মথংগী মীৎকুপ্তা মখূৎ লেঙবা অদুম হৌখ্রে। বেক হাংদোক্লিঙৈদা মবোক্লা হায়বকপনি-

— ঙসাইগী পোযেংনি।

— থীববা, কযা তাই?

— মবিফু খবা হেল্লি, অমদি যৌফাত্রে।

— লীশীং?

— কৈনোনে লীশীং নত্রদি হৌজিকপো, সোনোদৌনা!

কান্নদবদা চিন্নববা মতম অসিদা মবাঙ-মবাঙ তৌবগুমসি নুংশিনা লুনা তৌবা ইশূ অতোনবা ওইবনিনা তৌদি মতৌসি হাযদনা যাম্না পীকশিননা তাক্লুদ্রগা কা হেন্না ৱাবৌগদবা মরূপ-মপাঙ খবদমক বার্তোন তৌবগা হূৎলসি ইশূগী মনা অসি হাযদনা তৌবা জৈগ্যনি। লাইগী থৌবম লোইবগা ঙা তৌনি হাযদনা চাক ওইনা তৌই। ইচাগী ইমৌগী

মমান্নবা ময়াম মথং মথং লাক্লুনা নুমিদাং ফাওবা লাঙনখি। কোন্না লাকপা ময়ামনা অঙাংদা পাযহল্লম্বা মপাগা মমাগদা য়েংলম্বা পোয়েং থাজিল্লবদি লুপা লাখ অমগা লীশিং তবামঙামুক তাই হায। হংবগী ওইনা চঙবদি কয়ামুক চঙখি হায়না হংলুবদা ইমৌনা হায়বম্বনি-

— বাবা, ইমানা পীবা কুনদুগা মপানা পুথোবকপা কুন অমগা ঐনা থবা অমগা মচিং-মচিং পুথোকপগা যাঙ্খ্রে মবী-মঙা মুক চঙলম্বা যাই।

ইশূ নুপাগী মনা হূৎপা যাওবম্মগা মথংগী নুমিৎতা সবকাবগী অবোনবা থবক অমা পাঙথোকপা যাওননবা দিল্লী তান্না পাইবনি। প্লেন মনুংদা উইবি-উইবি তৌবিঙৈদা মক কোকপা মনাদা সনা হাইবি হাইবি যানবা ইশূ নুপাদুনা ঐনা থোক্লকপদা 'বাই-বাই' তৌহৌবদু উবকই। হাপ্তামুক্কী মতুংদা হনখিবদা মাগীনা কবি-কবি লৈবিখিসিগে খল্লকখি। মমা, ইমৌ অদুনদি শান্নপোংনা কা অমা থন্না লৈবে লৈবিবক্কনু হাযহৌগুম তৌই। মবোক্লদি মগুনা ফম্মগা থৌজনবা কাব মচা অমদি শোযদনা লৈবকউ হায়হৌই। ইম্ফালদা লীশিং মবী-মঙা পী হাযনগুম তৌই। মবৈবিখ্রগে খল্লি। ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা বিক্সা মচা কন্না পামখিবনি। উ শূবা ঐগী ইপানা লৈবিবকখিদে। উগী গাডী মচা অমদি শাবিখি। থৌবদি যাখিদে। ঈল্লগা শান্নবদা পেঙ্খোকখিবগুম তৌই। লমনগী মচিং অমদগী ওইবম্বা যাই, হোবেলমক এবোদ্রোমদগী লৈফম তান্না চৎপদা, লম্বেলদা কৈথেল চঙদুনা অমা লৈবগা থিনহল্লক্লগে হাযনা লেপ্পি। ঙাইহাক লৈবগা চহী মতাংগী মবৈ অমনা যেৎলকখি-কবি কান্নবি, মঙা-তবানীগী মতুংদা লংশেক্লগদবা শান্নপোং অমদা লীশিং খবা চাদীং তৌবসিবু কান্নবিব্রা? তৌদবা য়াদবা হায়বদুসু নত্তবদা? মমৈদা ফল তাখিবনি-ইশূ, মবোক মমা-মপা হবাওহনবা অসিসু তৌফম থোকপা অমনিদনা।

শান্নাপোং ওবদব তৌবম্মগা লৈফম তান্না লাকপদা, তেক্সি মনুংদা, য়ুমদগী ফোন তৌবকই। মবোক্তগীনি। দিল্লীদা থুংলবা অমদি অঙাংগী শান্নপোং লৈববগী পাউ পীবগা হাযকই—

- কৈনো কবি অৰুবা অথুবা পাউ লৈবে?

... থোইদোকপদি লৈতে। অমত্তংদি নচন নুপী অতোম্বী মেমদোনগী নুপা মঙ্গীদো ঙবাং অহীং শিবে হায়যে।

- হা! কবিগী!

... কৈনোনে মী শিববো!

- ঐনা হায়বদি কমদৌনা কবিগী শিবনো; নাই খোংলি হাযবদি তাখিদে—।

... নহান অয়ুক ঙন্তা লৌবুক্তা থবক শূবা চংখিবনি হল্লক্তে হাযদনা তৌবগা ঙসি অয়ুক অঙনবদা চীংযাদা তাদুনা লৈবম্বনি হায। ঐখোয়সু হৌজিক্তা পাউ পীবকপদগী খঙবনি।

- ও; মথন্নতগা শিজবা জাংলা মীনা হাংপগা-?

... মদু খঙদ্রিমাল্লে। নহান অহিং মতৈ-মনাও কন্না খংনখিসু হাযনৈ হায়। ভাব অমা ইতা তাদ্রিমাল্লে। নুংঙাইবনি নচননুপী অদুদি মচা নুপী ঙাক্তা য়াঙ্গোল অমগা! মবম ওকপী হাযবা ইনবী ঈং-তম্বী মনম্মা অহনগী মশম পদ্রং-পদ্রং ফোয়খিদবী নচলনি নুংঙাইসনু। লাই অসি লৈবা জাংনি।

নঙগীদু থম্বাল কান্নদবা চমন-।

ৱা লোইনা তাখিদবে। ফোন মুংথংখবে। তংখিবা নত্তে মুংথংখিবনি। ইচল মবীগী মনুংদা মনম্মনা খ্বাযদগী যাদবা তাথীবসি ইতোন তোম্বী মেমদোননি। তৌবগীদি লাই হাক্তক্তগী চংনবী ওইনা মনম্মা মৌনা মচন নিংঙোলশিংবু ইযা যাদবনি। অদুবু অতৈ অহুমগদি মখোয মশেল খব-খবা হন্দোক্লে। ইতোন তোম্বী অসিগদি ইহন হন্দোক্লখিদে। কন্না হেক্তা মুকশিন্নখি। ঙসিসু মুকশিন্নবগী মওংদা অদুম লৈনবি। মনম্মা অসিনা পোকপা যানা হল্লিবনি। অদুবু মচা ওইনা খনবগী ৱাফম লৈতে, মমান্নবী ফাওবগী থাক্তা লৈতে;

য়েক্লবগী মওং ওইনা থম্নদৌনা তৌই। লিনগা হঙোইগসি পোকপদগী অদুম য়েক্লববনি-লোনচৎকী মবী ওইবমাল্লে।

তৌবিবনসু অতোন-অতাং ওইবগী হৌনবা মেমদোনবু ইমা-পাজীনা য়াম্না লুনা তৌখি। শেৎপা-চাবা ঙাংবা শকপা, শূবা-নোম্বগী মতাংদা থৌবী থাখিগুম তৌখি। ঐনসু যাম্না লুনা তৌখিবনি। ইচননুপী অহল অদুনদি অঙাং অসি লমকেৎ লমহাইমনগদৌরিকো তাচৌ, মশম অসি খবা ফোযহৌবা ফৈকো হায়জখিবনি। ইমানা চৈহৎপিখি। মমা-মচা তত্তনা ঙংখৎনখিবনি। অহল অনী লৈখিদ্রবা মতুংদসু ঐনা নখা তানা খবা হেন্না লুনা তৌগ্রমাল্লে-হেনজিনখবে। নোংমা হান্ন-হান্নগীগুম্না অয়ুক ঙন্তা মমান্নবী অমগীদা চৎকনি হায়দনা চৎখ্রগা নুমিদাং যাম্না থেঙনা হল্লকপগী মনম্মন ঙাংলুবদা ঙংখৎনবম্বদগী ফন চোংশিল্লক্তুনা মনম্মগী মশম ফোযবম্মে। মশা-মউ মানা ফবা হেনবা, ব্রাং-চাউবা মানা হেনবদগীসু ওইবম্না যাই, মখাগী অঙাং অমা ব্রাবকপগুম চখবম্মে। লংফৈদগী হল্লকপদা নুমীৎ হুম্নি কবি অমত্তা চাদ-থক্তনা হিপ্তুনা লৈবম্না মনম্মবু থেম্বদা নোংমা চঙখি। নমাগুম্বা অহল অসিগা কবিগী খৎনাবিবনো মীগী মমাঙদা ইকাযদ্রা হাযদনা ঙাংলুবদা 'মতু মীচঙ চঙই' হাযবগী থাজবদা ঐঙোন্দগী নাথৈদুনা যাম্না কুইনা লৈখি। অঙাংগী লৌশিং অমদি মচিংনিনা অদুগীসু মথক্তা মানা লুনা কিনা তৌজবনিনা পুম্নমক কাউথোক্লা হান্ন-হান্নগীগুম-তাচৌ অদুগা অদাগা হাযদনা নকশিল্লকখি। অদুবু মনম্মবুদি ঙাকখিদে ঙাকসু ঙাকহনখিদে; হেন্নদুম লাপথোক্লবকখি। হৌজিক ফাওবদা মখোয অনী কৌবদি মকৌনৈ, মঙাংনৈ অদুবু নুংগী লাপ্পবা অদুদি হন্থদ্রি। মচন-মনিং মনুংদা অদুম্মক চিংথেক্লবি।

মতম খবা লৈবগা যাম্না লাপ্পা চীংখোঙগী খুল অমগী অঙাং, মানসু হনবা ছাত্র অমদা চেনখ্রে। হন্নবা হন্নদবগীদি লাযবদনা অনীমক যুম্বানবদা নৌনা থোকলিবনি মহৈ-মশিং মওং তাদ্রিবনি। ইমুং হূপ্পা

মাবু শাউবনি। খাযদোক্লদুনা মতম খবা লৌশিং তাহনখিসি হাযদনা কয়া হোৎনখিবনি। অদুবু, লাইবক্লসু ওইবম্বা যাই মবীনি মঙানি উংখৎনববা মতুংদা লুহোংখিবনি। নুপা মযুমদা হোংখি। মচেশিংগা ঐগদমক চৎখি। ঐনা দান পীকই। মনম্মদি কবোবাই অমদগী সুকযাও যাওখিদে। তান্ন-খোৎনবা ফাওবদা য়াওনা যাওনা সুকযাও য়াওখিদবনি। অনীবু অমমমতা ওইনা কবিগুম্বা পূন্না চৈবা ঙাং শকপা থেম্বা অদুম তৌদুনা লাকপনি। তাবদি অদুম মতাববসু য়াবদি ইযা যাদনা অদুম্মক লৈবক্লি।

লংফৈদগী, থবক্লা য়াদদুনা, খবা থেংনা হল্লকপা মতাংদা ইশেন অদুগী অস্থি লোইখিবম্মে শোবাৎ খবনিদা ঙাযবম্মে। ইশূগী শান্নপোৎ মথং-মথং পুথোক্তুনা শান্নহল্লিঙৈদা, ইমুং হূপ্না হবাওনবিঙৈদা নাক-য়েৎ পূন্নমক নীংশিংলুদে। খবা ঈংথবক্লবা মতাংদা হংলুই-

— মেমদোনগী নুপা শিবগীদি কমদৌনখ্রে, শোবাৎনা কৈদৌঙৈ তাবে?

— নত্তে শান্নপোৎ অহুম অসি যান্না ফজে অনৌবা ঙাক্তনি কযা কযা পীবক্কে?

— ফোবেনগী ঙাক্তনি। ইশূশিং শান্নজবসনু হাযদনা লীশীং তবামবী-মঙামুক চঙথোকখবে।

— চঙজসনু কৈদৌয়েগে। ইশূ অতোম্বসিনা হবাওজদুনা থৌবিবসি নুংশিদ্রো নুংঙাইত্রো?

— নুংঙাইবা হায়বু ঐসু থৌবা যাওবিদুনি।

— মমা অসিনা হবাওজখিবনা অমুক্তোইনা, ঐদি মা য়েংলিঙৈদা ইশূশিংগী কুম্মেদি থোইনা উহৌদ্রে।

— অং য়াম হবাওখিব্রা?

— কৈনোনে মচাশিংদগী মানা ২০০% হেনখ্রবনিনে, উহৌদ্রো৷

উহৌদবদি নত্তে যেংশিল্লুদবনি। চাক চামিন্নবিঙৈদা মমৌগী মওং মতৌ হেঞ্জিন হেঞ্জিন তমখি। ঐখোয় নোকমিন্নখি। মমৌনা ইকাইবা উবদা অমুক্কা হেন্না লক্লখি নোকখি। ঐখোযনা নোকপা উবদা কবিসু খঙদনা ইশূ অতোম্বদুনা হৌনা নোক্লকপদা ঐখোয পূন্না নোকমিন্নখি। নুংঙাইবিবা অমনা ঐখোয পুল্লপ্লা মঙোন্দা য়েংলগা নোকপদুনা মা, কবি খল্লুবদগীনো খঙদে, কপথোবকখি। মবোক্লা পোখৎলগা থেমখি। অয়ুক্তা ইচন নুপী অহল লাকই; হায়বৈ—

— তাচৌ ঙবাং থুংঙবে হায়বা তাদুনা লাকপনি মেমদোন হোয়গী শোবাংকী বার্তোনসু থিল্লকপা ওইনা।

— ঐসু ঙসি ঙাইহাক চল্লুগে খল্লম্বনি। বার্তোন লাক্লবদি তোক্লসিবা শোবাৎ নুমিত্তা ওইনা ঙস্তা হাইথবসিবা?

— হ! ঙাইহাক্তং য়ৌবিকচো কৈনো। মানসু তাচৌগা উন্ননীংই হাযনা যাম্না তোযনা হায়বনি, ঐখোয় অহুমদি ঙবাংসু চৎলুই। অস্থিদদি ঐখোয় লোযনা চৎলুবনি। অস্থি লোইবগা ইনম্মগী মখোঙ কোল্লগ হেক কপচখিবনা।

— ননম্মসু চৎপ্রা?

— ঐখোয ইমুং মবীগী মী লোযনা যাওরুই। ইনম্মসু যাম্না কপ্পনি। ইনম্মনা তমদ্রো?

— হ্রাবী শাবা শংনদ্রি। ঙসি ঐ য়ৌরুগে। কমদৌহৌবিগে মাবো, শোবাংনা কয্যা চাউনা শোনগনি হাযবিবা কবি তৌনি হাযনহৌই?

— কবি হাযবু মখোঙ-মবম অমত্তা খঙহৌদে। মচা নিংঙোলশিং অদুনা পঙকপতা কপ্পি মানা অঙাওবীদৌনা মকোক-মরু ইফা ফাবদনা বুদ্ধি মমহৌবি। মা মথন্তা ঙাইহৌই। পুবিতকী বার্তোন চৎপিনবা লৈতদনা মানা চৎকনি হায়না তৌহৌই। ঐনা তৌহৈদে নুপা অমা নেকউ হায়বম্বনি।

— কৈনো মনেম-মকু মনাও ময়াম লৈবদাইনে।

— কবিনো ইংখোলগী কবিগী খৎনৈ হাযদনা ইচঙ চঙনহৌদে মতৈহনদুদংদি মবক মবক্তা চঙলকই তান্নবৈ হায। অদুসু মাগী অনাবদু হৌবকই হাযদনা হোস্পিটালদা লৈখি হাযদনা লৈহৌদে।

অফ-নুংঙাইগী ব্লাফম মচেৎ অমত্তা হেক য়াওদবা পাউ খবা পীবস্মগা ইচল অহল অদু চৎখ্রে। চৎলমদাইদা মেমদোননা ঐবু উন্ননীংই হাযহৌই হাযনা অমুক্কসু নীংশিংলম্মী। কবিগী ওইবিগবা?

চহী তবামুক্কী মতুংদা চৎপনি। লমদাংনগা তাম্নবগা অকক্লবা থবক্কা থোইনা লৈতবগা খোঙহাই ফবা লমগা নত্তবগা ঐ চৎলুদবা কুইখিবনি। ইচাশিং ইমৌশিং মচেশিংদি পঙচৎ মচৎলি। ইচনদুসু মপামনিনা অদুম মতাং মতাংগী ওইনা মবাকই। ঐদি কযাগা চৎকন্দবগা থবক্লগা মফাং-মফাং চিনবগা পঙচৎ চৎলুদবনি। হৌখিবা চহী খবসিদা মফম অযাম্বা ফনা যাম্না ওল্লে। চীংযাগী হাইজিনফম অদু হেন্দোক্কুনা ফনা শাংনা হাইথকবে। দুকান মচা অমদা চঙদুনা হংলুবদা তাক্লকপদগী হন্দুনা হাইগৎলক্কুনা চঙবনি।

কোম্ব্রোং মযাদা গাডী থম্লম্লগা চঙখিবদা ইচননুপী মেমদোন যাম্না হবাওনা চেংগ্লবকপা উই। কৌবৈ-

— তাংচৌ।

— হাউ, ঐদি ঙবাংদা থুংঙবি।

— চঙসি, ইনম্মদি যাওবক্লবা?

— মা মগু শেন্নহৌবি শোবাৎ নুমিত্তা ঙস্তা লাক্কনি হাযহৌই।

ইচন অতোম্বী যাম্না ওল্লম্মে, হান্নগী ইচন অদু মাল্লমদ্রে। মপুবোইবা লৈখিদবগী শোকপদগী হেন্দোক্লা শোকচিনবা মওং অমা উবদৌনা তৌই। মমী ইশাম শামজিনবদৌনা তৌই। হান্নগী কৈ অমোমগী মঙাল অদু লৈত্রবগুম তৌনা উই। অযাম্বা মতমদা ফন্দুনতা লৈবম্বা মশোঙ ইতুক তুকথবগুম তৌনা উই। শৌ-শৌ লাউবদি খজিক্কে ফাওবা হল্লমদ্রি, ইমুংদা লৈবমগদবা মচাশিংদা লাউখি-হাই লৱায় মচাশা

নখোয়বু মামহন লাকইসি উদ্রো খুকুম্মবা যাদ্রো' লব্রাযদলব্রায অতাক্লনুনে'

— অদুমাই ঙাংবা হৌনদেনে মেমদোন নঙবো' মাগুব খনবা মী লৈবিসিনা কবি খনখিনি'

— মহোয মচাশিংসি সুমাইনা লাউদ্রবদি যানদে। মখোয় অসিদা মপাগী মতুং ইনখ্রদি ঈংঙদৌনি তাচৌ'

— অস, নঙ অসিদি মেমদোন' ইহন হল্লমদ্রিনে।

মা হঞ্জানবপতি তৌই অদুবু হন্থবদি তৌদে খোন তপ্পপ্পা চথবকখি-

— অসুমাইনা ঙাংবা ফাওবাদা মখোয়না হেঞ্জিল্লকপনি তাচৌ। মওং অমনি লম অসি। মপা লৌদনা হায়ন-তান্নবা অমত্তা যাদে। ঙাওশিন্নবনা মহানি। য়াইমা অসিসু মচেগী মতৌ তমদুনা নুপী অঙাং লৈবা অমদা চেল্লুবে। মপানা হংচিৎতি শিবনি হাযবগী অযুক্তুদা ফাদোক্লকুবগা পুল্লগা ফুবম্বনি। মবাং-মবাং তৌনদনা অঙাং মনা হূৎপদু লাকপা ঙমখিদ্রবনি।

— অদুমদি ঐখোযদি তাখিদেনা'

— অফ-নুংঙাইগা নত্তবগা কবি তৌকুগনো হাযদনা পাউ তাকখিদ্রবনি। মপা অসিনা শিবসিসু হিদাক তপ চানা থকচিল্লগা

— যবে নঙগীদু কোন্না তপ্পা তাবগে; লৈখিদ্রবদি লৈখিদ্রে, লোইবে। হৌজিকসি কমদৌবা কযা চাউনা শোনদৌবি, চাবনা কবি তৌনবা শীল্লিবা মীনা কযামুক বার্তোন তৌবিবা; শেল-থুমনা কমদৌনবি, মাগী লাইফ ইনসুবেন্সকা যাওবা খোৎপা.. ।

— মদুগী মতাং অদুদনি পুঙমম মম্মা লৈবিবসে। মাগী শোবাৎকীদি লাযবু লাযবি ঐখোয তব্দক্কী চেঙ লৈতদনা ইচে অনীদগী পৈশা

লৌহৌবনি। তাচৌ উন্ননীংলিবা অসিগীনি। তাচৌ লংফৈ চৎখি তাবদা তৌফম খঙদনা লৈবম্বনি। সনাসু অমত্তা লৈত্রবনি। ইমাইচানা লৈবিবা ইংখোল মচেৎ অসি বন্ধান থম্মে ঙবাং।

— ঐখোযনা পীখিবা লৌ অদুদি শোকপা পাম্নদবগী ৱাবা?

— লৌ অদুদি কুইবে যোনখিবা।

— কবম কান্দা ঐখোযদি তাখিদে।

— কুইবে, মপা অসিনা চীংগী লুখ্রাবী অমদা কাবন তাকবগী ৱহৌদগী মথৱায মাঙদৌবদনা .

— ফবে। হৌজিক কযাম লৈবে কয'গুম্বা ৱাংকদৌবিবা চাউবাক্লা কযামুক চাউনা শোনগে লেপ্পবিবা? নচা মযাম অমগীসু খনগদবনি পঙচাউ চাউথোক্তবসু কৈ।

— চাউবা পীকপগী খল্লে, লাইগী শোযবা যাদবা খবা অদুদং তৌনবা লেপ্লবনি। মুন্না পাবে পোৎ-চৈ লৈবা হৌবে।

— ফবেনে। কৈথেলনগা থাপ্লে। অবাংভমনা হাযবম্বা ইবম্বশিংদু কুপ্পা শিন্নবগা লৈহনবা চুম্মী। কযানো ঐঙোন্দগী পাম্মিবসে?

— বন্ধানগী লীশীং মঙা লৈবে, তবামবী-মঙানা শীনবা তাবিবনিনা তাচৌনা লীশীং তবা পুখোকপিবো হার্যবিবা, হযেং পোযেংদগী কবিদগী খবা পীশিল্লক্লগসু-।

য়াম্না ঈকাযনা উই। তৃকথববা মওংনি। হান্নগী মেমদোনদা সুকউমক উখিদবা শক্তম অমা উবকখি। ইমা বাজি লৈবিঙৈদা, ঐনা থবক তৌববা মতাংদা চাদীংদা খূৎচাও থাখিবীনি, তাঙনববা পোৎকী মমলনা বোকেট ওল্লকখ্রবা মতাং অসিদা লীশীং তবা-মবী মঙানা কর্ম অমা শোন্নবা লেপ্পি, অদুসু মপুবোইবগী। তপ্পা হংলুই-

— কোন্নবদ্রনে?

— কোন্নহনবা তাবনি। পূক থন্দ্রবা ঐনা যাঙ্খে-হুম্ফু লাখ খল্লুবা য়াদবনি। মোংবা ঐনা লাঙজাগী মহূম শাকুবা য়াবোই। ফমশকনি; মীসু তাক্তবা য়াদবা খবদনি; চানবা চেঙপাক শীল্লে।

ইচনসি লৌশিং ফনা তানা উবক্লে। অঙাং ওইবিঙৈদা, ঙাংন-শানবা য়াবা মতাং থোকপদদি লৌশিং য়াম্না তাখিবনি। পোয়েং ওইনা খবা পীবম্নবা পুবকপা পৈশাদু পীবগা হায়কই-সে তবাসি পায়বো। শোবাৎ লাকপদা নঙগী বন্ধান থম্মিবদু হন্দোকহৌনবা পীবগে। ঙসিদি চৎলগে।

য়াম্না হবাওনা লৌহৌই। চৎলগে থোকপা হৌবকপদা 'তাচৌ ঙাইখো' হাযবম্মগা ইমুংদা তহা তহা চঙখি; ঙাইহাক লৈবগা মযোম মচা অমগা চুশাং মকক অমগা পাযদুনা চেংগ্নবক্লগা হায়বৈ-

— সে ইনম্মদি পেরুক কংশোই যাম্না চাগনবনি, নহান নোংমা লৌবীদগী হেকলকপনি; চু অসিনা ইশূ লুকোকপদা পীজৌ। শোবাৎ নুমীত্তদি লোইনমক পুবিবকউ। অহিং লেকথোক্কদবনি।

— ননম্মদি লাযবি ঐনিনে কংশোই চানীংলিবা; হাউবনিদা নঙগী পেরুকসিদি।

ঐ কংশোই চাগন্দে অদুগা পেরুক হৈনদে হাযবা মা খঙখিবনি। হবাওনা মোমোন তৌহৌই, ইকসু ঈকাইহৌই। ঐবু থিন্দোকপা থোক্কে তৌবদা থিন্দোকহৈদে হাযনা খাম্মুই। চপ লেপ্পগা তপ্না হাযবকখি-

— ঐঙোন্দা শেল পীবিবসি ইনম্মহোযদা তাক্লোইদ্রা?

— ঐদি অবোন অথুপ হৈনদে।

— ঐ খঙই ইনম্মনা যাম্না শাউগদবা মানবা। ঐগী মবমদগী ইমুং মহী লাঙঙবদি ফগদ্রনে তাচৌ।

— নঙগী তাচৌ ঐনা 'বাজি' ওইববদি ননম্মা অহল অসিনা নমা ওইবোইদবগী মবম লৈতে। মপা-মমানদি ঙাকপিয়ু হায়বা

মালঙ চনু

হায়দবা থিরুবা তৌদনা শোয়দনমক ঙাকপিবনি। নঙসু 'মমা' অমা নত্রো চুম্মী-চুমদে মুন্না খল্লগা য়েংউ। ফবে নথৌ চিনবা মতাংনি, তৌহৌবো। ঐখোয় ঙন্না লাকনি।

পীবাংতগী লেপ্তুবা ঈচেল্লক্তা মোমোন তৌহৌই। হন্দকী মাগী মোমোনদা ঈকাইবগী মমি উবক্তে; মহুৎতা চাউথোকচবগী মঙাল অমা ফাওহৌবগুম তৌই।

ইম্ফাল

২০০৯

## ঙা মমৈ

হৌখিবশিং নীংশিংবদা হিংবগী মমল থম্বা ওইনা তৌববী অহল ওইববী কৈনাহনবীনা মনীংগী নীংথিবা কা মচা অমদা লৈবক্লিবা চহীমুক হেল্লক্লে। মশাগী চহীসি, মশানা ঙাংবদা য়াওবদি চাম্মগা অমগুম্বনি; হৌখিবা ঈচাউ অমদা কুঠী মাঙখিবদগী খঙদ্রবনি; অদবু লৈমিন্নবিবা মচানুপা য়াইমা বোবিননা পাদুনা য়েংবদদি চাউবাক্লা মবীফুমাপল-মবীফুতবাগুম্বনি। ফনা নীংথিনা য়াম্মবা চহীনি। শংতোক্কুনা মুন্না য়েংলবদি ফি মচু ফজনা উবা মাল্লি। মনাদি ফম্না ফজনা তাথীবে। অদুসু তাবোদনা হাযবে কন্না লাউনা ঙাংবদা হা হাময়াম অমা থক্তোবকই; তাবনুদনা হাযবগসু থাপ্লপ থাপ্লপ ওঙখিবী মচানুপী অনীদুনা নোং ফাদোক য়েংশিন খোৎচিন তৌবদা অমনা কুইনা হিংমল্লবনিদা ইমা নঙসে হাযনা শোল্লুবদা হাযবকখিবনি-

— ঐনা হেন্না চৎনীংলবনিনে, লৌশিনবিযু ইযা য়াদেনে।

— তাসু তাবিমাল্লেনে'

মচানিংঙোল অনীদু য়েংনবগা নোকখিবনি। মবক মবক্তা পাউসু তম্মী-

— অবাংদিনহে অচৌবী, নপা লাক্লম্মীনে, ঐয়োম্দা নুংঙাইহিবিববা চৎলসিদনা হায়বম্মীনে...যাক্লদি নুপী পালা য়াওদবা কুইব...কুইববনিনা ঈশৈদু ফাদ্রে হায়বদা...নহোয়বু ফাবিব্রনে-

মনীং-মমাঙ শম্নদবা তোয়বক্লে। অদুবু মহাও খঙনা চাবি চানীংনা চাবি অচোই-অপা তোয়না চাবি চাগেদসু হায়বি। কা ফাওদুনা চৎলুবা মশূনুপীদা হায়কই-সনাতোম্বী নত্রা নঙবো, চাক লৌইবব্রা?

মালঙ চনু

— থোংদ্রিনে অবোক, নুমীৎ য়ুংবদা ঙাযবি চাক থোংখিবোই।

— ফবে ফবে; পোবকও, ঙা থোংত্রা? নপানা লৈবকপ্রা?

— খঙদ্রে অদু য়ৌবক্লদি অবোক লৈশাবী!

কৈনাহনবী ঙা চাগল্লি; অহাওবা ঙা; অচৌবা ঙা; অতেকপা ঙা। য়ুমশা-কৈশা তৌদুনা যুম পুবম্বা মপুবোইবনা অহুমশুবা মচা, মচানুপী অতোনবী অসি পোকপা চহীদুদা লৈখিদবদগী ঙা লল্লোনবা হৌখিবনি। পোৎশিং ফবা মতাংদনা লুকমায়দা খজিং খোঙতেকপা অমা ফাওবা পকহৌদবা; মতা চাদদনা শিংত্রগনা লূবাক থনঙোক তৌনা পুথবকপা, হৈদোকখিবদি পাম্মুবনিনা লৈকায যুল্লোন কৈবোন্নবদা হাকুবদগী লেমহৌবা মযামদু পঙচাদা চাবনি। ঙাহীং তাবদা খোযদৌ মথক-মখা ওনবা ফাওবা য়াওবনি। ঙা হৈনকুদ্রবনি। অদুবু ঙাদি ঙানি; ঙানা চউম্বা ফুকপংগীদি ঙাতংবা, মঙানি চাক্কৌবা, লোযননা নিংঙোল চাক্কৌবা ফেৎ হাইবা তৌদনা লৈবি; লৈসু লৈখিগনি। কৈ থনবা ফৌদগী ঙা তুঙ্গোন অমদা হেন্না কল্লক্লবা লমনি।

লৈশাবিঙৈদা কৈনাহনবী ঙা ইচা চাবক্তে। অনংবা ইমুংনি; চাসিদহৈ হায়দনা অতম্নদ্রবদি চাবা পঙফং ফংলকখিদে। মমাদা নোংমা হায়খিবা লৈ-

--- ইমা ঐ ঙা হেল্লগেদো!

--- কবিগী! চো, হেনগে হাযবগা আ-নৱা মযুমদা হেল্লুচো, যাদে।

--- ঐখোয়সিদি ঐনা হেনগে হাযনা হেল্লবদা ঙাবী মঙাযদা, ঙাবীদং হেনববু কবি লুকনি হায়গে ইমা! ঙাবীদুসু মকুপ-মকুপ।

শাউববসু হবাওববসু ইসুদ সুগত্তুনা লৈবী মমাদু মমীত্তা মপি ঈবা চেল্লকখিবনি। মচাগী নীংদু যৈবা মশমদু তপ্না নাম্থবিবগা হাযখিবনি-

--- ইচা কবিগী ঙা হেল্লুদগে, ইমা লৈবিবসিদি। হোবেল ঙা লৈথবক্কে, হাউনা থোংউ চাথোকসি।

নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদা মমানা শাবেং অচৌবা অমা লৈবকখি। কৈনাহননা থোংখি। ইমুং হূপ্পা হাউনা অমদি পেন্না চাখি। লীকখ্রবা মপা অদুসু পুকচেল শেংনা চাখি। মপানা লীকপদি ইমুংদা মফম চাউনা লৈবনি। কৈনাহনগী মঙানি মপাম চাক্কৌবদা তোইথোংদি শীক্তনা-মাদনা হোৎনখ্রগা অতুম অতাওবদি ফনা যাম্না ৱাৎলদনা মচননুপী অহল অমনা লোননা কৈথেন্দা চেল্লগা লৈকবগা অমুক কক্লখি। মদুগী ৱাবী ঙসি ফাওবা থেংনহৌবশিংনা চাক্কৌবশিংদা ৱাবীনবা লেপ্পদ্রি। কৈনাহনবীসু নুংঙাইজদবা অমা লৈখি। মদুগী শেন্দোয-শেল্লেপ লাকখৎপা ওইনা মচা নিংঙোল অনীগী মঙানি চাক্কৌবদদি মশানা মায পাক্লা খোঙদাবিবা মফমগা ওইবনিনা ঙা মথেল ঙাক্তা হৈথখি। ঙসি ফাওবা নীংশিংনবি। মনেম মুখীনদি কবিগী নবনদি লৈতনা খূৎচাও থাবিবনো হায়দনা য়াম্না ঙাংখিবনি। নুমিদাং অমদি মনি-মমৌ চীন্দা-পাউদানখি।

--- ঙা তৌববু কবি কাযগেনে হনুবী।

--- হৈ ৱাথিবী! হিংচাবী! কাযদনা হাযবিবনিনে। নচানুপা অমত্তা যাওবসিগী খোঙুপ অমত্তং লৈযুদি যাদে অদুগা উঞ্জা নিংঙোনদা ঙা হৈথবা যাব্রো!

--- যাদনা তৌবিনি! তৌগে হাযনা তৌবিনি নথৌ কবি লৈ?

নবলনা তৌজব্রো!

--- ইয়া যোং লাংবাইবীসিদি! নখীবোং হৌদোকশেল লৈতদনা হাক-হাক চেনবদা ইনাদগী সনা কাযখিবা নত্রা? নৱা অদু মথোঙ মবম খঙদনা থোক শিদোকখ্রে। নবেম্মা ঐনা অহীং লীশীং-লীশীং তুমদমখৈ কোযেৎ মচা শাদনা থাকলকপা নত্রনহৈ, ওলখী! যুমতাক-কৈতাকপী!

--- যুমতাক কৈতাকপীদি নঙনি নাখাঙ-তেকপী হনুবী নাখাঙ তেক! 'নাখাঙতেক' মনেম মুখীগী অশাওবীনি। অতৈ-অতৈ হাযবা

মপা-মমা পনবা মুখী খাঙবা ঙম্মী। নাখাঙ ময়ামদগী খরা হেন্না তেকই হায়বগী নাখাঙতেক হাযদনা লক্লখিবদগী মাগী অশাওবী ওইখিবনি। অঙাং ওইবিঙৈদগী অদুম শাউবক্লবনি। ঝাবী খঙবী মমৌ কৈনাহনবীনা শাউনীংবা খম থেংলদনা হায়কবনি। হায়বম্মগা ঙাগী তিন লুবাক অদু তাপ পায়বগা তহা-তহা থোবকহৌবগী ফবনি। নত্রগদি মনি-মমৌ মশম অমত্তা য়াওনবমদবা য়াই। মনেমনা শীংদুনা লৈহৌবনি-য়োং হিংচাবী মদ্দ, হন্দি হল্লকখিনিদনা-!

মনি-মমৌ ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা শিংলি অমা ইতীন তীন্নবক্তে। মচানুপানা চেল্লক্লগা যুমদা পুশিল্লকপা নুমীৎকী নুমিদাংদা খুকমলুবদা শূক্তোক্লগা পৈথোক্তুনা লৈখি হাযবগী থকম অমা কৈনাহনবীদা লৈখি। থকম অদু তাঞ্জা ফংলবা মতাং -মতাংদা হেক-হেক হৌগৎলকখিবা লৈ। অদুবু মচানুপানা পামদুনা পুবক্লবনি। লোযননা মচা মথৎ-মথৎ লৈবদনা ইমুং পুমিন্নববা ওইবক্লবনিনা সেগা-মাইগা তান্নদনা লৈমিন্নবকখি। অনীমক খব-খবা হন্দোক্লবকখ্রবনি। অমগীনা মচা, অমগীনা মপুবোইবা, নুপা অদু হেক লৈখিদবদগীদি যাম্না, ফনা যাম্না, ওখাক য়াম্না হন্দোক্লখবে। মনেম মুখীনা শোঞ্জিল্লক্লবা শূবা-নোম্বদি লাযবদনা হৌগৎ কাঙখৎপা ফাওবা ঝাবক্লবা মতাংদদি মুক্লবা, শীংনবা, থকম, পূম্নমক লৈখিদবদৌনা তৌখি। মতমগী লাযেং ওইবা তাই।

অঙাংগুম্না পঙচাদা চানীংবা, চাববসু চাদ্রবসু পঙলামদা লাম্বগুম তৌবা, চাকতনা লাইনীং ওইনা লৈববা মতাংদা নোংমদুসু নুমীৎ মযুম চঙফাত্রিঙৈদা মনেম মুখীনা মাগী চৈশু অশাংবদু কূংনা শুবদনা চাখুম লোমদা চঙলকখি। মমৌ কৈনাহনবীনা শীংজাগী মৈ কন্না থাদুনা যেনশাংদু অনীবক্তদি শৌহনগে হাযনা কন্না লাক্লবি। মচাদা কন্না লৌতানকবা তৌদনা ঙস্তানা মনেমগী চাক থিদুনা থম্লম্লগা নুমিদাংবাই ঙা যোনবা থোক্তদৌবিবনি। মসি মাগী অযাম্বা মতমগী থৌবম অমনি। ইমুংগী থৌবম পাঙবদা মম্ভিনদবা কুইববনি। মনেম নকশিল্লক্লবা মতাংদা হৌনা হাযবকখি-

... লোইরে লোইরে; থিবগে ফম্মু।

... হা-? কবি যেনশাংনি হায়বা?

... ইহে! ওন্নন তাবনিনে। হো ঙানে ঙা, ঙা থোংবা।

... কর্থিনো ঙাল্লিবো? নঙগী ঙসাইগী থবী অঙানবদু হাওইনে। য়া অসিনা শায়বা য়াদবসিদা মশীং-মবাঙ য়াওবদি অবোকতি য়াদ্রেনে। নুঙ ফাওবা শায়গায়বম্বা য়ানি, হুজিকসিদদি ঙাতোন ময়াংলেন শাযবা য়াদ্রে; ওৎলগা য়োৎলেনদো। মহাওদি অদুম খঙঙিনহে অতো। মনমদি নুংশিহে কৈনাবী।

... হোয় হোয়। ফম্মো ফম্মো।

চাক হান্না মৈথক্তগী কোত্তুনা থিবগা লৈতানা ফম্মবা মনেমগী মাঙদা থম্মী। এনশংদি খজিক্তং ওইশিনবা বাংলি। মৈ য়াঙশিল্লি; ৎক্লাদা ঈশিং হৈবগা নাকন্দা থম্মী। অমেৎপদু থৌওইনা চাদবনি, মহী ৎইনা খজিক্তং থাদে। চদংনদুনতা লৈববী মনেম মুখীনা চাবা হেক্তা থৌখি-জাই কিসনা।

হাবো-হাবো ইবেম্মা, কয়াম কুইনা হাখিদৌবিবা...-শোল্লি কৈনাহনবী। শোন্ন-শোন্না মখা লাওবা উয়ানদু মৈথক্তা অদুম চেপখৎলগা খাবৈনা ওত্তুনা ঙাইহাক খল্লি। অমা কোৎলগা তেঙ্গোৎতা হাপ্পি, মহী য়াম্লপ হৈবগা মনেমগী মাঙদা থম্মগা লাউদুনা হায়কই-- য়াম্না শাবিবনি! তাববা?

— খঙঙে-খঙঙে। কবি য়েনশংনোনে য়াম্মেদা।

মমৌনুপী তহা-তহা থোকপ্লে। মথৌ অমা-অমা পাযখ্লে। মনেমনা য়েনশাং মাদুনা য়েংই। ঙানি হায়বা খঙলকই। শোল্লি-মাগী ঙা অসি থোংইহে, ঙসাইবা ঙবাংলসু থোংবনিনে। খল্লি-ঙা য়োল্লবনিনা ঙাদি মবাঙ কাযবেনেদো। মহী মবক্তগী মাবগা মতুম লৌথৈ। মক্ক ফিশা চঙনা শাবা মমৈনি। হৌজিকসু মমৈনি মনেম মুখীনা

মালঙ চনু

মুন্না ঙাইহাক যেংদুনা লৈবিবসি। খোংথববা চাককী মতাই ওইবপ্পা ঈনশিল্লগা মবদ মন্ন-মন্না তপ্পা হাযবনি-ঙা মমৈ হাপহৈদবনিনে নখোয়বো! থোঙজিন মকমদা মফি হোংবা কন্না লাক্লবিবী কৈনাহনবী তায়। তাবা তাহন্নীংবগী ব্রাখল থোইদোকপা তৌকবা লৈতনা হাযদোকখিবনি-হাফৈদ্রগা তোকউ মনুখাঙ!

পুক্সিগী পোংলূম মযামনা নম্থবদগী হৌগত্তুনা ফম্নবা লাক্লবদা চাউববা লাংফম অমা ওইববী, অদুঙৈগী কৈনাহনবীনি, নোংমা মনেম মুখীনা লৈবম্বা কা অসিদা চাক ঙাইখিবসি। হান্নগী লৈনীল কাবা কা অদুদি নত্রে। ব্রানা মচা শেমজবকপগী মহৈ চাবে। চেকযুমগী নীংথিবা কা ওইববে। মনেমগী হিদান তেক্লি-তেক্লি তৌবদুদা নত্রে মানা হিপ্লিবা। উনিংথৌগী পীক্কক চেংতকপা অখন্ননা চনহনবা কাংথোল মচা অমা ওইববে। মী লৈজদ্রবসু অযুক নুংথিল যেংশিনবিনবা তেংবাংবী নুপী অমা থম্মে। অফাবা ঈশ্বরগী মিং মতাং মতাংগী শোন্দুনা মতম ফনা পোথাবা হাযবদু তৌবি।

যাচঙলকপগী অদুদা মশুনুপীনা চাক পুবক্তুনা মমাঙদা থমলৈ। মবোকপু তপ্পা শৌদুনা, ঙাক্তুনা থাংদুনা ফমাঙদা ফমহল্লম্মী। ঙাদা হাযদুনা লৈবী কৈনাহনবী, ঙা থোংই তাবদা হবাউখি। পামজনা অমদি চনীংনা ঙাদু লৌথবগা থম্বগী মহুৎতা, পাযখৎলগা যেংখি। ঙাইহাক কুইনা, যনা কুইনা যেংদুনা লৈখি। কাউগল্লবী, হৌজিক্তা চাখিবদু নীংশিংবা ব্রাববী কৈনাহনবীনা ঙাদুদা মুন্না যেংলগা খুইববা চীনবানদা মোমোন খজিক্তং তৌখিগুম তৌই। নুংগী ওইবা মীংফমদা মনেম মুখীবু খজিক উবকখিগুম তৌবা মাল্লি। মনেম মুখীনা অদু-অদুঙৈ হেক-হেক হাযখিবদু মযেক-মশা শেংনা তাবকখিগুম তৌই-ঙা মমৈ হাপহৈদবনিনে নখোয়বো। মানা কবি খুমখিবা অদুসু নীংশিংলমগদ্রা নীংশিংলম্মোইদ্রা হাযবদুদি মাগী অকোনবগী মোমোন শাংলপ তৌবদুনদি মখঙলমগদ্রা?

ইম্ফাল

২০১০

# কৈগী ময়েক

কবিগুম্বা অমা কন্না খোংলিঙৈদা ইচানুপী অতোপ্পী হায়ঙম তৌঙমদবীদু ফৎ-ফৎ চঙলক্লগা লবাই লেমফূদগী লাক্লে-

— সে, তু; পোংলোই বায়বগীনে, শেংপগীনে অতৈ তৈনবা ময়াম লৈবগীনে লুপা লীশীং মঙা খবা হেন্না তাই; তব্দক হেক পিবকও।

— কবিগী হিসাবনোনে সনাতোপ্পী নঙনা সুবহ্-সুবহ্সিদা ঈশৌনে কবিনে লানখৎলক্লিসিবো' ঐবু ভাব অমা তাদ্রেনে।

— তব্দক পিবকও পোংলোই শেংপী ইনেদু ঙাইহাক লৈবগা লাক্লনি হায়দনা ফোন তৌবকই। ঐগী হান্না শেংলম্মনি হায়রে।

— কবিগী পোংলোই শেংপনো, নঙবু হোঙদৌববরো!

— নতু হোঙদৌবে'

— হাই অদুমাইনা ঙাংবা হৌনদেনে ঙাংবিয়া বানী নঙবো। ময়েক মশাদু শেংনা তপ্না হায়য়ুনে।

— নহানদগী অদুম হায়বা নত্রা দান্স কোলেজগী গোলদন জুবলী সেলেব্রেসগী থৌবমদা জগোই শাগনি হায়দনা।

— হোয়নে হায়নে।

— অদু হোবোল নুংদাইবাই ঐগী প্রোগ্রাম লৈরে। অদুগী মেকঅপ হৌদৌববা। অদুগী লীশীং তব্দক; কদায়।

— অদুক য়াম্বা শেল অদু নঙোন্দা তাপ হেক্তা পীবা য়াবা নত্তেনে খোমদোন লংবী! নমাদা পীগদবনি নমা কৌবকউ।

— নহোয় নতৈ-ননাওসি যাম নুংশিনৈ। জগোয়না ঐনা শাবগা পৈশানা নুপী অসিদা পীবা-

ঙাংনা-ঙাংনা মানা থমফম খঙবা পৈশা অদু খবা লৌথোক্লগা পুখি। হাযকই-

— হাই য়াম্মিকো, অবেম্বদু নমাদা পীশিল্লু।

— ভু! নুংশিনখ্র’পোৎনি!

জগোয় অমা কোৎল কোৎলদনা অদুম থোকখ্রে। মওং অমদা লৈবা অঙাংনি। মতৌ য়েংদুনা থম্মোয় মকা লাম্না লৈহৌই। ঙাইহাক লৈবগা মমাদু অবেম্বা পৈশা পুদুনা চঙলকই। হাযবৈ-

— চৎখ্রেনে ঙাংবিযা অসে মেকঅপকী পোৎ লৈবা।

— কদায় ৎলুগে নঙবো?

— ইমাশি থিন্দোক্লুবা

— ইমাশি হায়দি?

— ইমাশি ফজতোন, বাণী ফজতোন। চৈশূ অদুগা চৎপা ঙম্বোয ঙমদবোয় তৌবদুদা শঙ্গায ফাওবা থিনবিকবা। ঙাইহাকসু ফমদুনা ৱাবী ৱাতাই তৌবকপা।

— শোল্লবনি ইমাশিদু। চহী যাম্মাপোৎনিনে, মবীফুতবা যৌবম্মনিনে?

— হুমদোই মপুঙ, মবী চৎলক্লে হায। শোনবগী মথক্তা নুংঙাইতবনা, যাম্না নংনা উবে। ৱাবমাল্লেবো।

— কৈদৌবে?

— নহানৱাইগী অনীশুবা কোনুংগী অবঙ-অবাক মযামদু অমত্তা লৈত্রে। ইংখোল কাদু পুংশোঙ শোঙে; য়ুমকাদু ফল্লাংকা মচেৎ-মচেৎ কীন্থবদৌনা তৌবে। চাউবমখ্রবা ফজবমখ্রবা ইংখোলনি,

বাণী ফজতোনগী ইংখোল হায়দনা ফাওবম্বনি। মচেৎ-মচেৎ য়োনখ্রমাল্লে পিশক পিকহৌবে।

— শামুনা মযাঙ কংলগা ইবোইমুক চাউই হায়বদুনি নহানবাইগী কোনুংগী মশেক মঙাল অদুম লৈবমখিনি।

— লৈবমদৌ মান্দ্রে! চবা অনী বানা চাবমদৌ মাল্লিবো। মনীংগী যেনখাদা ফাবৌঙা খবা ফৌহৌই; অদুসু মপান কায়ববা পুখম অমদা।

— ফাবৌঙাবুদি পুখম অকাযবদা ফৌদ্রদি লুপাগী খবাযদা ফৌগদ্রো! নত্তে, ঙসাই ঐখোযদা লাক্লম্মিবু কবিগীনো?

— কনানো মানা যোকপনি হাযবা ঠাকুবদুগী মশূগী মমান্নবা লুহোঙবদা পোযেং পীনবা খজিক্তা থংঙ্কু হাযবা লাক্লম্বা। চামঙা পীবিখ্রে। ইমাশিদি চনী-চহুমখক্তা থংঙ্কু হায়বনি। অমুক শোযদনা শিংঙক্কে হাযহৌই, ঐনা শিংঙক্লনু হাযবম্বনি। মথোয হাপ্লগা শিংলক্কনি হাযদনা লৈহৌবি। ‘মথোয দুনা হাপ্লিবক্কনি, চিংনন্নু মংলেম্বী’ হাযনা হাযহৌবি।-

— মখূং চাউবদা মমিং লৈবা নমাশিনে। নচানুপীনা জগোয়গী প্রোগ্রাম যাওদৌবিবা মখোযগী দান্স কোলেজ অসিগী লম অসি লৈবদা, অদুদগী শঙলেন অসি শাবদা শেল য়াম্না হাপখ্রবা জাৎনি।

মীগী শঙ্গোয অমা ব্রাযবগা লিংখৎখিবা কোলেজনি। মশাগী লম অমা লৈবগী মতাংদা মীওই খবদগী পৈশা খাযখিবনি। ইমাশিনা লীশীং তবা হাপলকখিবনি। মযাম ঙক্লখিবনি। ফৌ শংবাইদা লুপা তবা যৌবকপদা চবা হেনবা ইমুংগী মশীং যাল্লিঙৈ মতমগী মবক অদুদা চামা চল্লী অহনব। মপুল অমা শেম্পাক অমদা হাপ্লগা মযামগী মাঙদা থম্মগা ঈংনা হাযবকখিবনি-ইবুঙ-ইপ্পাশিংবু, পঙযামদি যামদ্রে ব্রাবৌবিনুকো। মশক্লে মতৌনে হৌনলোনচৎনে, লোযননা চাউববা থম্মোযনে পূন্না

থেংনরকপদুদা লাক্লিবা ময়ামদু হৌনকবা তৌদনা পূন্না খুকমখিবনি। থাপ্পবা খুঙ্গং অমগী ফজতোন দেবীনা বাণী ফজতোন হায়না ফাওগংলকপা মতাংনি।

অমুক্লা, থা খবা লৈবগা কোলেজ অসিগী শঙ পীক্তকপা অমা শাবদি হৌজিক্লুবগা মথক কুপ্পদি ঙমফাত্তদনা নোংখাঙ চাইদুনা লৈরকপা মতাংদা ঐখোয় মীকোক মবীখক ইমাশিগীদা চৎলুই। ঈকায় ঈকায় চঙলুবনি। কুম্মৈ চোনবা অকনবা নোংজুগী নুংথিল অমদা চঙলুবনি। হকচাং খরা ঙমফাত্তদনা কোনুংগী ফম্লাই-ফনাইবা খরসু লৈরম্মী। লোয়নবী অনীনা নাক-য়েৎ শেন্নবগা থোক্লকখি। হায়বৈ-

— ঐমা, ইপ্পা তোলেনসু য়াওবক্লি, কবি তৌবে কৈদৌসিগে ঐবু ইপামলোমদা কর্ম অমা য়াওবা চৎলুবদা নোং চোৎথোকস্ত্রে। হকচাং{.।} খীকম খীকম তৌবা। ময়াম লাকই হায়বদুদা থোক্তবা য়াদে খন্দুনা থোক্লকপা। ঙাইহাক ঙাইনরে বাবৌনুকো। কবিনো তাকপিয়ু।

শঙলেন পানখৎলুবা অদুগা নোংখাঙ চাইবগী ফীবমগী মওংনা বাহৌদোক ওইনরগা কোইবপ্লা মতেং খবা নিবা লাকপগী ব্রাবোল থম্মুই। মখা হায়কই-

— চিদ-চিশিল্লক্লবা মতাংদদি বানীজীগীদা চঙশিঙ্গবকপা নত্তনা উপায় লৈজদে।

— হন্দক্তি তোলেন ইচেম দষা খবা মথং-মথং থেংনদনা পঙয়াম য়াম্বা ঙম্মবোই লীশীং অহুমদং কৎলগে।

— এ য়াম্বু য়াম্মল্লবনি। অদুদা মঙাদংনি শুহনবিবগদি অম-অমদা হাক-হাক চেল্লুদ্রগসু হায়জবিবা।

— ঐদো; ইকুই কুইদনা ফংগদবদি য়াম্না লৈবা ঙসি ঙসিমক্তীদি খবা মতা চাফাত্তবা।

— হন্দক্কী অসিমদি বাণীজী ঐখোয়গী কোলেজ গোবর্নিং বোডীনা বাণীজীদগী পূজবা ওইনা তৌজবগে হায়জবিবা। মথং চহীদগীদি সনা কোনুংদগী গ্রান্তসু তত্তনা অদুম লাক্কদৌবে। ময়াম চণ্ডদনা কল্লা হোৎনবদগী সবকাবসু লৌশিনবা য়াবিগদৌবে।

— এ, ফবেদা। লৈপাক অসিগদি জগোয় ঈশৈ অসি য়াম্না চানবা চুনবা পোৎ অমনিনকো। ফবেদা; ফবে ফবে।

লুপা লীশীং মণ্ডা পীবকখি। লম্বেনদা ছাতিন তুপমিন্নবিবা কেশিয়াবনা তাদা মুনালদা হায়বকখি-

— ইনাও তোলেননা মহৈবেহে কোনুংগী জীব লোয়নবসিদি' 'তৌহৈদেনে মুনাল নণ্ডবো, নচীন-নবৈ কেল্লবনিনে নণ্ডবো। নয়া পম্পিবোইকো' নিংথৌ-বাণীদা লণ্ডজহৈদেনে'-খুবা কেশিয়াবনা ব্রাবকপা ওইনা হায়খিবনি। পাক হনবিবা নত্তে তাদ মুনাল। শাউজিল্লুই-

— কনানা হায়বিবা খুঙ্গং নিংঙোল ফজতোন অসিবু বাণীনি হায়না! মবা লৌদে শীবীসু মাংদে।

— হৈ, মবা লৌদ্রসু শীবীদি মাংগুহৈ তা-মুনাল।

খুঙ্গং নিংঙোলনি ফজতোন। বাণী ওইনা খণ্ডনবকপদদি কোনুংগী মায়কৈ অমগী লৈতেং ওইবকখি; থৌগল্লোনগী লনগৈ মচা অমা ওইখি। মীকৌ-মীবাক ফবা মচা-মনাও নাউকোনবদা মশক নাইবী বাণী অমনি শীংথানবকখি। মপান ফবিবা মতাংদা মাবুদা শোন্নখিবা মতমসু লৈখি।

হৌজিক অসিদদি য়াম্লমক খুদোং চাদনা লেল্লি হায়বা তাবা কুইবে। মমীত্তা মচা উদবদগী মীবৈবাক্কী ঠাকুব অমা য়োকখিবনি। অদুবু লৈপুণ্ডনা ষণ শাবা মো খোংদবগী মথক্তা ঠাকুব অদু লমচৎ কয়া লূদবা অমা ওইবকপদগী বাণী ফজতোনগী য়ুম অমদি ইমুং লৈখা তাবা হৌবকখি। কোনুংগী শক্তি লৈখিদবদগী কোনুংগী মীওইশিংগী খুদোংচাবা পূম্নমক লৈবকখিদ্রবনি। কোনুংগী লন-থুম য়েম্থোকপদা বাণী

ফজতোনগী শব্দক যাওদবগুম তৌখি। ব্রাযেন লোযশঙগী মতেং লৌদুনা ফংফম থোকপগী মতাংদা কন্না যেৎলুবনি। অদুবু নিংথৌনা লৈবাক খঙনা চৎনবী পথাপকী মতুংইন্না লুহোঙখিদে হাযবগী য়ুমফমদা বাণী ফজতোন নীংবা কায়বা নত্তনা কবিসু ফংখিদ্রে। লৈজবন্না মতাং মতাংগী ওইনা ফংজহৌবা খবা অদুসু অযান্বা শব্দকতি ব্রায়েন লোয়শঙশিংদা চঙথোকখবে; খবা অমনা মপামলোমগী কাঙবু খবদা থংদোকখবে। লুশিল্লক্লিবনা অব্রাবা মাযোক্লবক্লবা মতাংদদি মপামলোমগী যাম্না নকপা মবী-মতা অযাম্বা যাম্না লাপ্পা মীওইঙহাক ওইখবে। মাগীদমক্তা ফৈগাক ফৈনা লেপ্পিনবা অততাই ওইবা মীশক লৈবকখিদবা কুইবে। ঙসি-ঙসি অসিদদি ঙাবৌ চাগনখ্রবা, ঙা থোংলবা ফাওবদা ঙাক্রা অযাইবা চাউবপ্পা অমা যাওদ্রগদি খুৎ থমফম লৈবমদবী বাণী ফজতোনগী মপান কাযববা পুখমদা ফাবৌ ঙা কংফাত্তবা খবা ফৌহৌবি হাযবা তাবে।

কোলেজ অসি সবকাবনা লৌশিন্দ্রিঙৈদা গবর্নিং বোর্ডগী চিয়াবমেন মতম শাংনা ওইবন্মবা তাদা মুনালদা ইমাশি বাণীগী নংথবক্লবা ফীবম খবা শম্পৎনা তম্মুই। মাদি তাবদা নত্তে ফজনা খঙলম্বসু কুইবস্নো। মযা হাপ্পা তুকৎচৈ হাযদনা খাঙদুনা লৈবক্লিবা তা মুনালনা মচীনবানদি নুংশিৎ ইচৎ চংলদনা হাযবকই-

— বোনুং লৈখিদঙৈদগী নমাশি বাণীদু ইবো, চবা অনী ব্রানা চাববনি, সবকাবগী চেঙযেনগা শিলোৎ শৌগ্রীগা কন্না চথুবি হাযবনি। নহানব্রাই সনা ওফিসতা পিত্তনগুম্বা অমা ওইনবা ব্রানোম্মম্না নুপা অমদি কল্লক পেনখিবনি। নিংথৌদা হাযবিনি হাযদনা চঈ মখাযমা কবিমা শজিক ফানখৈ ফানহল্লগা শিৎ নাম্থোক্তুনা তোকখি হাযদনা যাম্না শাউবম্বনি। লৈখিদবা কুইবে নুপাদো। নুপাদু শজিক ফানশিন্নবগা নমাশিদু লুম্বা জাৎলা খঙ'ঙমপোৎ নত্তে।

— ঙাইখোদা তাদা, তাদগী হৌনবী ৱাদু ফৈদোকখ্রে। ননাও ৱা অমত্তা হৌদোকনীংবা।

— ঙসাইনা হৌদোকও হায়বে।

— সুমদৌবা, মী অহল অসিনা ৱাবিবসি ঐখোয়সু খঙজিবনিনা অঙম্বা মতেং খবদা ওইববসু পাংবিসিবা হায়বা।

— অদুদি যাম্না ফবা ৱানিনে।

নহানৱাই গোবর্নিং বোর্ডীদা যাওবম্বা ঐখোয খবা মথং-মথং তান্নবগা ৱাণী ফজতোন ইমাশিদা মতেং খবদংদা ওইববসু পাংসি হাযনা লেপ্লবে। সবকাবগী ওইখ্রবা কোলেজদদি কন্না হাযরুদবে। অদুমকপু ৱাবী মথং-মথং তাবদগী প্রিন্সিপালনা অথুবগী ওইনা লনাইগী ওইনা খবা হাপ্‌লক্লে।

চহী অমা চখবা জুবলীগী লোইশিল্লকপা মতাংদা, নোংমা তাদা মুনালগা এগা লুপা লীশীং তবা পুদুনা ইমাশিগীদা চংলুই। মাবু লুনা তৌজবগী মংলেম্বীসু যাওখি। মাঙোন মযাযদা মপানদু মফোন ইথোক থোক্লবা অবোনবা ফক অমদা ফমদুনা লৈবম্মী। মখোন খঙবা মংলেম্বীবু হান্না কৌবগা শক তাক্লবা ঐখোয অনীবুসু মুন্না যেংলগা কৌবকখি। যাম্মা হবাওনা তৌই কমদৌনবি নুংঙাই যাইফবিদনা হাযদনা পাউহংলকখি। ঙাইহাক ৱাবী-ৱাতাই তৌববা ফাওবদা ৱা হৌদোকপা ঙম্নবমদবদগী তাদা মুনাললা চোল্লপ্লা হাযবকই -

— ইমাশি ঐখোযনা লাকচবিবসে, নহানৱাই ঐখোযনা ইমাশিদগী লৈজখিবা খবদু হৌজিক্তি কোলেজসু মওং তানা যাইফববনিনা শিংদোকহৌবসি হাযদনা লাকচবিবা। যাম্বা নত্তে, সে সিদং পাযশিনবিযু।

ফক মচীদা পৈশা হাপ্পা চেখাওদু থম্মুই। লোনচং অমা চুমফাত্তে খল্লমাল্লে মংলেম্বীনা যেনখাবোমদগী লা মচেং অমা হেক্লগা চেখাওদু থাংগৎলি। ইমাশি বাণীদু মরু লুকথদুনা ঙাইহাক লৈবগা হাযবকখি-

মালঙ চনু

— অঙাওবা-অঙাওবী নখোয়না তৌবিসিবু; ঐনা কৎথ্রবদি কৎথ্রেদনা। পূবা-লঙবগী বা কবিগীনো! সে-সে নখোয়না নুংঙাইত্রগনা...

হায়বল্লগা চেখাও অদুদা মখূৎ য়েৎনা অমুক্তং শোক্লগা মখা তাবকখি-

— সে, লৌবা শক্লবনি; মীবল তোল্লে খল্লো; লৌখৎলো, পায়শেমজখ্রো; শেলগী মথৌ ঙাক্লি অমা-অমা শীজিন্নজকবো।

ঐখোয় অহুম নাবোন্দা হাইবপ হাইবপ য়েংনৈ। তাদা মুনালদি ইমাশিদা ঙাইহাক শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। চৎলসি হায়দনা হৌগৎনবকপগী অদুদা অহল ওইববী বাণীনা হায়বকখি-

— হাই মংলেম্বী, নঙগীদু ঐ পীবকখিনিকো। য়ৌবো য়ৌবো ঐ অসুম লৈহৌবগেকো।

থোঙ্গান লাম্থোক্লুনা লৈবক মচীন হেক হাইগৎলকপগী অদুদা তাদা মুনালনা হায়বকখিবনি-

— ইমাশি আসদি মহাবাণী অদুম ওইবিনা।

তাদা মুনালগী মচীনদু নুংশিৎ ইচৎ চৎলি। কোনুং লৈখিদবে; নিংথৌ লোইখ্রে, বাণীদি অদুম লৈবি—খল্লকপনি।

ইম্ফাল

২০০১

# লৈতৃম সনা

ঐগী মক্ষপ ইঙেনজাউনা মালেম অসিদা খ্বাযদগী হৈনদবসি মাগী নুপী থবাকলৈনি। থাবকলে মাগী খ্বায়দগী চাউবা য়েক্লবনি। মোইবাং লৈমগী উপু হোটেলদা অযুক্কী চা থকপা লাকপদা, ফমথফাত্রি ফল্লপ তৌবা চাযকুং অদু খংনোম খংনোম নোম্মগা হৌবপ শোনবদৌনা ঙাংথবকই-

— হিদাক ঙাওই শাউই, থেংনা হঞ্জিল্লি ঙাংই, নুপী অমত্তং কোয়জৈ চগৎ-চগৎ তৌদনা থোক থুগায। মসিদা শিবদি পুঙঈং ঈংঙদৌবা! জোমদুসু ইবৌ লৌশিন্দেনে!

— কনানোনে?

— নুপী, নুপী, ঐখোয় নুপী।

— থবাকলৈবুবনে?

— মা নত্রদি কনা ওইদগে! মশক্রেনা থবোই নীংখাবী মাল্লদনা।

— ওস!

— মানসু ঐবু খামেন বাবমাসিকা অপুন্বা মাল্লি'কায়না-!

— কৈদৌঙৈ হাযবিবা?

— হৌজিক্তা! চৎলমদাইদা খৎনবা হৌবিবা।

— ফনবু হৈবিনে। মান্দ মাল্লিনে-।

— নঙ অমসু হৌবক্কনুকো ত্রক দ্রাইভবনি হায়দনা খূনেৎ লাম্বা ফংদবা নঙ!

— ওস! ঐ নহোযগী থবাকলৈ নত্তেকো। ওনশিল্লক্কনু। বাবমাসিকাদু পুমদ্রসু ফদৌবা। ইচল অদুনা কদায়দা উবিবা। যেংববু ফনা হৈবিনে। ফজনা মাল্লিবো ইঙেনজাউ।

— লাম্মু লাম্মু খূনেৎতু!

ঐখোয অনী হৌবপ নোকমিন্নখি। চা পুথোবকপী মোইবাংলৈমদি মঙোন্দা ওইববোই নীংলুবমাল্লে মশাদা কবি অশোয-অঙাম য়াওববগে চিংনবপ যেংজখি। কবি অকায়বা য়াওববগে হংলকখি। ঐনা 'ইবেম্মা নঙোন্দা নত্তে, নঙগী তাদা ইঙেনগী ননম্ম থবাকলৈবুনি' হায়বদা মানা খংহং হংলকখিবনি-

— হা! ইনম্মা থবাক শিববো?

— এ! কবিগী শিদৌবিবা?

— তাদ ইঙেনা শিবদি ফনিদা হাযনা যাম্না তোযনা শোনবদুদা শিবব্রা হাযবনিদা!

— ওস!

ইঙেনজাউগা থবাকলৈগা যাম্না নুংশিনবকখি। লাই হবাওবা অমগী থাবল চোংব। অমদা মখোয অনী খঙনবকখিবনি। খঙনবা নুমিত্তুদগী ঙাওনবা অদুম হৌখি হাযবা যাই। ঐখোয অনী গাডী চৎপা যাওবকপা, থৌবা কন্না তম্মকপা মতাংদনি। থৌবা তম্বদা যাম্না থব্রায যাওবম্বদুনা গাডী চৎপা যাওদবা তোযবকখি। নুমিদাংগী স্কুল অমদা তম্মিন্নবনি। অদুবু যাম্না তোযনা কাবকখিদে। নোংমনা মপা ঙমদে হায, নোংমনা মশা খীকম-খীকম তৌই হায নোংমনা থবক কন্না চিল্লি হাযদনা মানা থোকপা অদুম হায। ঐ খঙই মা থবাকলৈখোযগী লৈকাইদা নৈদুনা লৈ। ঐনা মুন্না খঙই হাযবসিসু মাসু খঙই। উন্নব্বগী ৱাবী শাবকপগী ৱাবীসু অমত্তা চীথদনা তম্মে।

নোংমা ঐনা গাডী চাকা শিনবগী বুলদু কন্না লৈশিল্লিঙৈদা ইঙেনজাউ থবক হুনগত্তুনা চেল্লকখি, হায়বৈ-

— তোচা, লাও নমায় নমিৎ তাথোকউ নফী ফজবা হোংঙুবো চৎসি।

— কদায়দনোনে?

— সিনেমা য়েংবা। মখোয় অনী থোবকহৌবে। পৈশাসু খরা পায়বকউ, বেলকোনীদা ফমদবা য়াবোই। তিকেৎকীদি শুবে। চনা চোব চানবগা হোবেল হল্লকপগী বিক্সা ভাবা পীখিনবগীগা লৈত্রি।

— ঐগীদি লৈসু লৈতনা।

— লৈতবা যাবোই নমাদগী কৈনো অমা হায়জিল্লা লৌবকউ। পম্বক্লনু মখোয় অনী বিক্সা ফাহৌববনি। ঐ টিকেৎ লৌবম্মগে। 'কংলৈ কুম্মৈশঙ'দনিকো। ঐ গেৎতা থোক্লুনা ঙাইবম্মগে নমায কোন্না তাবো নফি হোংলগা লাকও।

— ঙাইখোনে' অমনা থবাকলৈ, অমনা কনা?

— খঙদে। মাগনি নঙগা ফম্মিন্নদৌবিসে।

— ওস'

পাক হেক কোকউ যাদবা থাওথী অদু কাবক কাবক তকথোক্লগা ফি তনহোং হোংদুনা চৎখিবদা মা হোলগী থোঙদা লাঙতক্লনা ঙাইদুনা লৈবম্মী। পায়বকপা শেল খবদু পীবগা চঙলসি হাযকুবদা মানা হায়বকপনি-

— ইবানী চৎগ্রসিবা?

— আই কবিগী? মবানী লাক্লুবো?

— লাকই, আদা খ্বায' মনীংদা ফমহল্লম্মে।

— অদুগা কৈদৌববা? মখোয়না বেবা তৌববো? কবি হাযবগে?

— কৈসু হায়দে।

মালঙ চনু

— অদুদি চঙঙসি সিনেমাসু হৌদৌবে। মমম্থদি চঙবা নুংঙাইতবনি।

— মাগা ফম্মিন্নগনি খনবদা কিবনা লোইবেনে ভায়। ঐ চৎপ্রোবা?

— ওস!

কুম্মৈ তান্নবা তাবে খন্দুনা থেমদনা-নৌদনা উচীন-নাচীননা চঙমিন্নবে। মকম্নাক নীকই হায়বম্বদুনা ফম্মিন্নপ্তগদি মানা হেন্না ভাব অদুম তাপ্নে; ঈংনা ব্রাবী শাখিগুম তৌবে। লীলা অদুনা হাপ থাবমদাইগী কন্না নুংঙাইখৎলকপগী অদুনা মানা ঐঙোনলোমদা খংওন ওনশিল্লক্লগা ফিংলপ হায়বকখি-

— ভায় নঙ হৈক্সাং য়াওবকপ্রা; হৈক্সাং পীবকউ।

— কৈনোনো অদুবু পুনব্রনে! কবিগীনো?

— চৎলু ভমত্তা ব্রায়কচো, নালা মপানদা ফম্বা ক্বা য়োনবীদো মাগী লৈবমগা বে।

— কবিনোনে! কবি তৌবগে, হাৎলগে হায়বিবো?

— হাৎলোই, ব্রাশক্লগে।

— ওস!

মানা হায়মল্লদনা খাঙবা ঙমদবদগী মকপ কায়নবা তাবে খন্দুনা হৌগত্তুনা চিননা থোক্তুনা হৈক্সাং অমত্তা ঙাহাক্তা ব্রাযজগে হায়কবে। ক্বা য়োনবী ইতৈমা অদুনা নখোয নহাদা থাঙ পীবা ঙম্মোয হাযদনা য়াবক্তবে। পোৎ যাম্না লৈগে ঙাইহাক্তা পুকগে হায়দনা তক্লবদা লুকমাইগী পোৎ লোইনমক লৈববসু পীবা ঙম্মোই হায়দনা সুকয়া যাদ্রে। হূ হন্দুনা ইঙেনজাউদা তম্মুবে। মানা হৈক্সাং ময়া চীক্লগা ব্রাশক্লদবা সুপয়া যাদ্রবনি পুন্সিগী ব্রাফম্নি থাঙ যোনফমদগী অহনবা অমা লৈকবগা খূদক্তা পুবকউ হায়বে। মানা ঙংমল্লদনা লৈদ লৈজকবগে হায়দনা অমুক থোক্লক্লে। লুবিবনা কৈথেল অচৌবদদি থাঙ কদাযদা য়োল্লি খঙদে। হংদনা খোৎতনা থাঙ য়োনফম তান্না চৎলে। অহানবা

থেংনবা ইমা অমদা থাঙ অমত্তা লৈগে পীযু হাযরুবে। ইমা অদুনা ঐঙোন্দা শংত্রিক যেংলম্মগা মাগী বোবাখাও অদু তপ্পা মা-মাদুনা মচীন থোক্লগা তপ্পা হুমজিল্লগা চাউব-চাউববা থাঙজৌ মঙা-তরুক পুথোবক্লগা অপাম্বা খল্লু হায়বে।

— কৈনোনে ইমা অসি নত্তেনে মচা হৈজ্রাংগুম্বা হায়বনিনে।

— ইহে নপা, নঙদি থাঙ হায়বে; ঐদি নশা-নউদুদা শীংজাকা যাল্লুদৌবা খায়দৌবা মাল্লুবে। ঙাইবম্মু হৈজ্রাংগুম্বদি থাউ অমদা হাপ্পনি, পুথোবক্ত্রি, লৌকখিগে লৈবম্মু। ঙাইহাক্তং বেবী মচৈ অমা থক্লম্মু।

— ইমায়! ঐনা মৈথক্তা নেংলিসিগা। তোকও অমদা যেংঙুবগে

— হাই অঙাওবা খূৎলামখামদা তৌহৈদে। কুইবোই অসিদগী দুকান অৱাংবসিদা থম্বনি। কয়াবু কুইনি হাযবগে। ইমাগী পোৎতুম ঙাইহাক যেংলম্মু। জুগ অসি জুকতা অমনি। মপু হেক লৈতবদা অবৈবসু অযোনবসু লাই খূৎশাংবী ওল্লবনি।

— ইমা ঐ হৈজ্রাং লৈজববোই। ৱাশক্তু কোন্না শক্লবো হায়রুগে।

— কবিনো ইবোতোম্বা নঙ হাযবিদুবো, নঙনা থিবিববু ৱাশক থাঙলনে?

— কৈদৌবা ইমাগীদুবো ৱাশক-থাঙ হায়বা। লৈব্রনে?

— কদাযদগী লৈগদগেনে নঙনা ৱাশক্লবগী থাঙ হাযবগুম্বা অমা পনবদুদা শূপচিন্নবগা হাযবা ৱানি। কনা কনানিনা ৱাশক্লগদৌবিবদি?

— ওস লোইবেদনা ঐ থাঙকা অমত্তা লৈজববোই অপোকপী।

— য়াবোই যাবোই লৈবম্মু। পোৎ শঙঙম্মু।

অহল অদুসু অনম ওখাক কল্লি। মখোঙ শেক্কৌ শেক্কৌ থাংবোই থাংদবোই চৎখ্রে। কমদৌসিগে খল্লিঙৈদা থংননা ফম্বী নহা ইতৈমদুনা

ফজবা হৈজ্ৰাং অহুম মবীখক পুথোবক্লগা-'সে ইপ্পানা তহাবিদুগা অহল মীঙশ্বী অসিনা তৌবিবা অসিগা তানীংদবনা লোইববনি। মানসু অযোনবসু লাই খূৎশাংবী ওল্লেকা হাযদনা বাৎ থাবিবদো ঐ খঙডিবনি মা শীংলকইবা কুইববনি তাঞ্জা অচেংবা ঙাইবিবনি সে সে অমা খল্লো যাম্না হোঙনা লৌবো অদুগা চৎখ্রো' হায়বকই।

— ইতৈমা ঐবু থাঙ অসি--

— মমল ককা থিববোই ইপ্পানা পীনীংবা খবা হেক থাধবম্মো অদুগা পুখ্রো।

— অদু---

— অদু অদা থিবা মতমলো হৌজিকসিবো। সে পুবো।

অশোনবা মমন্দগী তঙ্খায হেল্লপ তানা পীবকপদুনসু মবম অমা ওইবগা লৌদবা যাদদুনা লৌবে। দুকান অৱাংবা অদোমদা হাইবপ যেংলম্মগা থাঙ অদু হাপচিল্লগা চৎপা হৌই। ইতৈমা থাঙযোনবীনা হাযহৌই-নিংথিনা হাপ্পগা পুশেম্মু ইবুংঙো নহোয নহানা থাঙ তেন পুবসি দাকুগানা শাউবনি। যাম্না কন্না চিংনকুবমক নৎত্ৰগসু শাওবীং শাওবীংদি কুস্মেশঙ যৌবা ফাওবা লাওখি।

ঐনা তহা-তহা চঙখিবদা হাপ মতুংগী ৱাবী মখা চত্থবম্মে। ফমফম তান্না মা মাদুনা চঙখিবদা ফম্মিন্নহৌবা মখোয অহুমদু লৈবমদবে। ঐখোযগী পবেংদা ফম্বা মীযাই অমদা হংলুবদা হাপ হেক লোইবকপগী অদুদা মখোয থোকখ্রে হাযবকখি। হৈজ্ৰাং অদু হাইবপ মাবগা ঐসু থোক্লকখি। নুমিৎ অদুদা মখোয অনী চেনবনি। থামুক লৈবগা মযায ওইবপ চাউনা লুহোঙখিবনি।

ইঙেনজাউ-থবাকলৈ যাম্না চান্ন-চিন্ননা নুংশিননা লৈবম্বনি। মচা মবী শুবা ফাওবা তমজনফমগী ওইবা মওংগী চান্ন-চিন্নবা মতা অমদা লৈবম্মী। অমনা হাযবা অমনা যাবম্মী। অমনা যানীংদবা অমনা খক

তৌখিদে। অমনা মা মশাবু খঙবদগী অমবু খঙ'বনা হেনবা ওইনা লৈখি। ইঙেননা চৎথোক্লমদাই খুদিংগী ফি হোংলকপদা থবাকলৈদা যাবত্রা হায়না যেংহল্লি। থবাকনসু পাযবন্বা থবক লেপ্লগা নাক-যেৎ তুং-মাঙ যেংই। য়ানীংলগনা যাবে যানীংদবা মতাং লৈববদি শেমদোকই; নৎত নৎত্রগা অপাম্বা অমা হোংহল্লি। থবাক্লা চাকখুম চঙলমদাই অযাম্বদা কবি চানীংই কবি থোংঙুগে হংজে। চিলহাও থিগন্দবা ইঙেননা ইযা যাই হাযববা ফাওবদা খবা চানীংবা অমদি হাযযু হাযনা তকই। অমবু থোংলবসু অমবু হোৎনববসু ইঙেননা পামজবা অঙানবা অমদি শোযদনা হাপ্লে। ইঙেনজাউ দশকুশ অঙানবা যাম্না চাগল্লি। থবাকলৈনা কৈথেল কাবা খুদিংগী দশকুশ থেংনবদা মদু হান্না হেক্তা মবৈবে। থবাকলৈ মপামদদি মোবোক শাবা হৈনবক্তবনি অদুবু মপুবোইবনা উ মোবোক মনীদং তোঙান্না মাগী তেঙ্গোৎতা নোইশিন্দ্রবদি অঙাং মচা চবা ব্বানবগী ই বানবা মাল্লি হাযবগী হৈনবী লৈবদগী মাসু মোবোক শানা চাবা হৈনবে। হৈনবকপসি মা মশানা নুংঙাইজে। মপুবোইবনা হবাওবা উনাগা মানা হেন্না পেনজৈ। চাগন্দবা মচাশিংগী তোঙাননা লোল্লি। চা পঙনদি থকতে থক্লকপদদি চিনি যাম্না মুন্না থকই। ঐখোযদা লাকপদা চা পুথোবকপা ঐখোযগী নুপীদা চিনি চামচ অমনীদংগা পুথোবক্লবা হাযখি। নুপীনা হাযখিবনি-

— তাইঙেনগীদি ঐসু খঙই, সোমথংবা গিলাস অসি চামচ অহুম হেন্না হাপ্পবনি।

— অদুদি গুক-গুক থকখ্রনি। চেঙ তাঙবগদি কযাবু খন্দে, চিনিগা মোবোককা তাঙবসি ওইবে নুংশা থীবিবসে।

— যাম্না থনজবদো।

— হেবা অদুই ব্রা নত্তেদা।

লক্লবনি খঙনা খঙনা থবাকলৈ খজিক ঈকাযজখি। ইঙেননা পাংশিল্লকখি-

— ঐখোয থবাকতি পুবা ইমানি। ঙা অসি মানা মক খনবিদ্রবদি ঐদি হেক্তা পল্লে। মক পনগনখ্রবা, খজিং ফাওবা মক পন্দনা দাক্তব যৌনবমদৌ খজিক্তা ঙায়।

"পন্দদি চাববু হুকফাত্রি অনীবক্তমক মওংলি, কুং হেক্তা যোংলি। শাযবসু হৈতে।" থবাকনা হায়বনি। ইঙেননা তাপ ওকখি- 'হো ইবেম্মা নঙনা চখোম মচা অমখক হুক্লগা শায়বসিনা শায়বসিনা নঙনা চখোম অমা শায়বিঙৈদা ঐদি মাল গাড়ী গিয়ার মবি মথং মথং পানগনি।"

— হো ইবুংঙো নঙগী গিযাবদো ইঞ্জিন ঙংদ্রিঙৈদা হেক পাল্লো।

মঙাশুবা মচা নুপী অসি পোক্লমদাই অদুৱাইদগীনি ইঙেননা থবাকপু থৈযায়নবপ তৌবা হৌবকখিবা। মহাজোন অমগী গাড়ী চংতুনা পৈশা তাল্লম্বদগী মশাগী গাডী অমা হোঙনা লৈদুনা মহাজোন মচা অমা ওইবকপা মতাংনি। গাডী লৌবমদাইদা ঐনবু হাযকৰনি।

— নংগীসি ইঙেন ইচন হোযগা তান্ন-খোংন তৌববো? য়ুমগী যুম্নুবেম্বীনা মীবোল্লিঙৈদা মান-চাং লেপশিনবসি ময়াম্না ৱাখল খন্থনৈকো। ইচননা মমিং-মমায পাঙদ্রিঙৈদা-

— ইচন হাযদি?

— হেবা! নঙগী থবাকলৈনে।

— কনাগী থবাক! কবিগী থবাক! নচন থবাক্তো ঐগা মবী লৈনদ্রে। মশক খঙদে মরা লৌদে। মাগা ঐগী মালগাডীগা মবী সুকলৈ লৈনদে।

— কবিনোনে ইঙেন নঙবু ঙাওববো?

— নহোযদি খঙদে ঐদি ঙাওদে!

ফেৎ হাইদোক্লুনা অদুম চংখ্রে। অচীনবা থবক লৈখিদবনি। ঙক্লুনা লৈহৌবা নত্তনা তৌফম খঙখিদে।

মাগীদু চফু উযানদসু কেংনবগী মওংদা খল্লুবনি। মদুদগী

হেনজিনবা ওইবন্মে। অযাম্বা মতমদা থবাকলৈগী ৱাবী শাবম্বদুনা হন্দক মবকসি মমিং ফাওবা পল্লুবা য়াবমদবে। মবম হংলুবসু মানা থোকপা অমনী পল্লগা মখা তাক্লক্তে। ফনা কুইনগী মতুংদা হংলুবনি।

— নখোযগীসি ইঙেন, ঐখোযনা মোইবাং লৈমগী উপু হোটেলদা থবা থবা ফম্বা, নঙনদি ঙাংগনবনিনা মীগী নুপ্তাবীদুনা ফাগী-জুগাই কা হেক তৌবা অদুদগীবনে?

— মোইবাং লৈমগীদা নত্তেদা ভায, অতৈ-অতৈগীসু কবিসু পঙঙাংদ ঙাংই পঙশাউদা শাউই। নহানদি ফুদনা চৎলো হাযদনা তানবনি। মানদুম মচা মযামদু খোম্মগা ঐদুম চৎত্রো, হাযদনা তাল্লি। মহা লাংবইবি, হাযর্দুনা। মসিদা শিব্ববদি-'

— হাইহৈদ্দেনে ইঙেন নঙবো।

— কাব হাযহৈদ্ব' হাযগে শিবো শিবো শিবো মাদা ঙসি অহিং নোংঙাল্লমদাইদা লাইযৈ যৈদনা শিবস্মসনু!

— মা শিবগা নঙ কবি তৌগে হাযবা? উপু হোটেলদা বুজাবী ওইনা লৈবগে হাযব্রো?

— নঙ অমসু তৌবক্কনুকো মী মচা খূনেৎ লাম্বা ফংদবা'

— নঙনা বাবমাসিকা!

নোকমিন্নবা নত্তনা মখা লৈখিদে। নোকমিন্নবগী ৱাদনি থবাককী ৱা পল্লুবদি যাদে। অদুম শাউবি। হৈনদবা হন্দ্রি। চপ চাবা মবমদি তশেংনা খঙবা ঙমখিদে। অদুম শিহননীংলি।

কবিগুম্বা কানদা লাইসিসু মীনা নীংবা হেক-হেক তৌবা যাওমাল্লে। ঐনা সিলচবদা গাভী অমা লৌবগী মতাংদা মঙানি-তবানি পল্লিহৈদা থবাকলৈ লৈত্রে হাযবা পাউ ফংই। হেক তাবদা স্বায লাউনা নুংঙাইকদ্রবসু মথংগী মিবুপতা মব্দপ ইঙেনজাউগীদমক্তা হাইবপ হবাওবিকই; হায়গে খল্লুই-কংগ্রেচুলেসন, নঙগী নুপী শিবে। মদুমক্তি

হৌনদবনি খন্দুনা চিথি ইদুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকখি। খল্লি-মাবু শাউবক্কদ্রা!

ঐনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা থবাকলৈগী শোবাৎ লোইবম্মে। থুংলবগা মরূপকীদা চৎলুই। মা চখোকখি হাযদনা উন্নদ্রে। মচাশিং উন্নদুনা পুকহং পাউনববা মতুংদা হংলুই নহোয় বাবাদি নুংঙাইজবম্মবোইদো নহোযদৌনা? মচানুপীদুনা হাযবকপনি-বাবা ঐখোয় বাবাগী মওংবু, নুংঙাইত্রিববা নুংঙাইবিববা ভাব তাদে। অদুম ঙাংলি অদুম চৈবি ঐখোযদা। নাতৈ কযা চাদেদা। খৎনবদি খৎননবা ইমা লৈত্রবনিনা ফবে।

— কৈনো নঙ বাবাগা পঙখত্তা খৎনবব্লনে?

— ইমাদি কযা ঙাংজদবনি বাবানা পঙশাউদা শাউবনি। ঐখোযদসু ইমাগী মীচঙ চঙই হাযদনা ঙাংইবনি।

— ঙাংজসনু মী অহননা ঙাংববু। তাশিন্নকনু।

চহী কযা মথং-মথং হৌখি। মচাশিং মথং-মথং লুহোঙখ্রে মমৌ অহুম মথং-মথং লাকখ্রে। মশূমক্তনা, মরূপকী ব্রাহৈদা হাযবগা ব্রাই চাইবা হাযবদু যৌবে। হান্না মবাযবক ফবগা মচানুপাশিংনা ভাব তাবগা ইঙেনজাউ খূযা তুশিংনা পাল্লে। ঐখোযগী মাযকৈ অসোমদা হীবম অযাম্বদা মশীং চল্লবা মীওই অমা হাযবদু ওইবে।

নোংমা 'কংলৈ অহল পোত্থা লৈকোন'দা মবক মবক্তা উন্নবগুম উন্নে। নুমিত্তু ইঙেন থা লোইবমদাইগী নোংহৌ মচা অমা লৈখিবগা খবগা ঙল্লিবা ওইবগা অহল ইথোক থোক্লবত্ত্রি। ঐনা হেক ফমথবকপগী অদুদা মা চন্দোল-ও চব্রা-ও মশা নান্না লীচৈ অদুমগা চঙলকপা উই। মমৌ অহলগী মপামদা উসোব অমা যাওরুবগা তপ্না হল্লকপদা হোবেল খোঙনা হাইজিল্লক্লগে হাযদনা কাবদগী কুমথহৌববনি হাযনা তম্মী।

— কাবদা পিক থন্না যাওখ্রিবা মযামদু নশূ ঙাক্তনিনে।

— অদু ফাওবা মৌনাওগী য়াওদ্রি মৌহনগা মৌযাইগগী তশ্বায়মুক্তনি

— মপু-মবেন চাবোক ফবনিনা নওগী মথোল অহুমগী য়ুমজাওদু পিক থল্লেনেকো।

— মৌনাওদু মমীৎ মমায় পাওগনি হায়দনা লাযেওশওদা লৈখ্রি।

— হোয়নে। মপা লৌবনিনা তৌনিনে। মবেন থবাকলৈদু লৈজবম্মদি কযা নুংঙাইদৌনো। মমৌ অমা থিবগা মশূ পোজনি হায়দনা হেক হেক হায়জবম্বনিদো' ইচল অদু-

হন্না য়েংথোকখিবদা মা মব্দ লূকথবগা মখূৎ ওযনা লাইবক্তা কাইদ-কাইদ তক্কুনা লৈবম্মী। মানা মথৱায যাম্না নুংঙাইত্রবদি অসুম্না তৌগল্লি। হংলুই-

— কৈদৌবে ইঙেন?

— কৈসু তৌদে।

ফনা কুইনা ব্রা ঙাংলক্তে। যেংসু য়েংলক্তে। নোংলৈ পিশক অমনা পুখৎলকপা মবেংবানদা পকপা উনা মচাদু লৌথোক-লৌথোক্লা হংলুই-

— ইচল থবাক নীংশিংলকইববো?

— উম।

— নচা-নশূ মযাম নমৌ মযামসু লৈবে, চৎখ্রবা মাবু নীংশিংলুদবা চুম্মনিদা নিংদোন পোম্লবনি, খল্লুবনু।

— খল্লুদ্রবনি, অদুবু নুতিগী নীংশিংই, কুইববা চহী ১০/২০ অসি নীংশিংখিদবা নুমিৎ যাওবম্মোই খল্লি তোচা।

— নমৌশিংনা লুনা তৌদববো, যেংবিদববো?

— যেংবিদা, ধবম নত্তবা হাযবা যাদে লুনা তৌই, মপাদ মপাদৌনা তৌই। যাম্না চেকশিননা লাক্লজে লোইনমক্লা। তৌবদি-

মালঙ চনু

— তৌবদি কবি?

— মোবোক অশাবা চাগনবগী ইবোনবগী তেঙ্গোৎতা উমোবোক অমনী মাধবমগুম্না, চাগী চিনি গিলাস মনাক্তা খবা থমমগুম্না; অদগী ঐনা- অঙ্গোমক্তি নত্তবনা ঙা মবক মখোয়না খল্লমগদ্রদো; মওংদো; কাঙ হুমদোকপা তনবদগী অযাম্বা মতমদা কাঙগনি ঐনা তুমিন্নবিবা। চাবমদাই তূম্লমদাইদা অৱা-নুংঙাইগী ৱাবী ঙাইহাক শাবদি, ফাগি-ফবাং তৌনদনা ঙাইহাক পোথাবদি, খৎপু খৎনববসু খৎনবদি অঙাংশিংদুগা যাব্রদো, কবি হাযগে তোচা। অদুগী কৈসু ওইদবা বা পিশক পিশক পিকপা খবসু অদুম মবৈবা ..।

অপাইবা নোংহৌ মচা অমা লাকপগী মমী উবকপদা যুম যুমদা হন্নবকখি। অতেনবা লম্ব্লেলদা নহানৱাই তাখিবা ঈশৈ অমা নীংশিংলকখি-ংৎতা লৈবিঙৈ লৈতূমনি, মাঙখিবদা সনানি । কনানা কবিদগীবু লেংখিবা ঈশৈ ওইবিদৌনো'

ইম্ফাল
২০০৭

# দাক্তর রীনা

নুমিৎ অদুগী ওইনা অবোইবা অনাবা অদু লাকমিন্নবী মমা অদুদা থেমদুনা পুথোকহনখ্রগা ঙাইহাক্তং স্বব হোন্দোক্কে হায়দুনা পোখা চৌক্লিদা শাংদোক্লপ ফমথবকপগী অদুদা নর্স চঙলক্লুনা হায়বে-

— সব, পাবুঙ অমা লাকই, থিকাদাব বিমোলনি হায, উন্নজগে যাগদ্রা হায। থাজিনজবক্কদ্রা?

— থিকাবী বিমোল্লনে! লেপশাং?

— কমদৌবা-?

— কৈসু নত্তে, চঙলকউ হায়যু।

কুইনা, চহী তবামুক উন্নকদ্রবা, পিক্লিঙৈদগী লুনা তিন্নবকপা থবক্কী মায়ওন তিন্নখিদবদগী লাপথোক্লখ্রবা মকপ বিমোল ব্রাংথ্রং ব্রাংলদনা চঙলকপদুদা ঙক্লা নুংঙাইকই; কৌশিল্লুই-থিকাবী লেপশাং, নঙ লাকপবু অমুক হংখোংতনা লোনচৎ হৈবা শাবদনা-! কা মনুংগী অকোযবা হাইবপ যেংলম্মগা যেৎকী মীৎচী হাইবপ-হাইবপ খৎলগা হায়বকই-

— কোক বেবাঙাক্তা নুমীৎ চুপ্পা লোযনদুনতা লৈবা মাইবা ঐগ্যানিনা মেজ মথক্তা নথস্তা কবোংচাক যুংদুনা লৈবম্মবদি হায়দনা পাউ লৌবিবনিনে ঐগ্যা মাইবা। চক অসিদা চেকশিন্দবা য়াব্রো।

মকা লামনা মমাঙঙৈগীগুম নোকমিন্নকই। অব্রা-অনা কাউই। অয়ুক্তগী ব্রাকবদু খংতেক তেকখৎলকপগুম তৌই। হৌখিবগী

তোববিংবা মঙাল ময়েক্তি শেংফাত্তনা মতাং-মতাংগী মবী-মবী ফাওবকপগুম তৌই। অহল ওইবদগী নহাবোমদা চহী মবোল খবা হন্থকবগুম তৌই। মসি ওইবা তাই মরূপ—মরূপকী মালেম।

পুকহং-পাউহংনবগী ওইনা ঙাইহাক চা-নুং থক্কুনা ফম্মিনৈ। মবক্তা লুনা তিন্নবকপা খবা লৈখিদবশিংদু ঙাইহাকসু নীংশিংমিন্নকই। হৌখিবা নুংঙাইবা খবা, তকশী খবা পূন্না পুথোক্লবিঙৈদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। হৌখিবা ওইবম্মবদি ঘবী চেৎনা ফাজিন্দুনা থম্মগা মতমবু য়াচন লাক্লগা খুৰ্জী পায়দুনা খূদুমদা থন্নমগদবনি। হৌজিক্তি মতমগী শাজৈনা হেন্না মঙল চেনখবে। ঐগী মাগী মতমগী খোঙথাং-তাম্থা নীংশিংলম্মগা মপান খোপ্লকপগুম কানশিল্লকই-

— নঙগা উন্নগে খল্লকইবসি ফনা কুইববনি। তান অমা ইচা চাদবা। ঙসিদি লোইনা থৈদোক্লম্মগা লাক্লবনি। নুংদাং নহোয যুমদা লাকসিবা খনবনি, নঙগী ক্লিনিক অসিদা চীক্লা তান্নবনা ফবদ্রা হাযদনা লাক্লবনি।

— ঐগী ক্লিনিক অসিদি কোক বেবাগীনিনা নঙগুম্বা কোক যাবিবশিংদি পাক লাক্লদে। অসিদা লাকপশিংসু থোকখিবশিংসু মীনা যেংনবা জাৎনি। লাযেংলিবা ঐ ফাওবদা মরূপ-মপাঙনা খৌতক চান্নবকপদৌনা তৌববনি। হন্দক চহী মঙা-তবাসিদা বিমোল, ব্রাখল লাযনা নাবগী চাং অসি খংহেন হেল্লকপদৌনা তৌবেনে। মসি নৈনবা যাবা থিজিনবা যাবা হীবম অমা ওইবে, হাযনা খল্লিবো। ঐখোযগী লৈবাক অসি শেবান-তুবান ফৈনা চৎখিবা যাবিবা জাৎনি। লৈবাক অসিগী কোক অসি মওং অমা ওইদৌবব্রা কৈনো অমা তৌবি। বেবা লৈনবেবো।

— মতাংদুগীনি ঐনা নঙ উন্নবা লাক্লিবসে।

— কবিনোনে হাযবিদুবো, কনানো কৈদৌবগে? নঙ নশাবো?

— ঐ ইশাসু যাওবকপা যাবি। ওখাক নুংঙাইত্রেবো চন্দ্র, নঙ উন্নবদা নোকপগী ব্রানি, নোকপগা চঙদ্রে।

— কৈনোনে শকফমগা হঞ্জিল্লদনা চান্নমক্কী ওইনা! কৈনো কনা কৈদৌবগে?

— ইচানুপী যাইমা অমত্তং তবক-তবক যাওবদো-

— বীনা, দাক্তব বীনা কৈদৌবগে?

— মথোঙ খঙদে, হাযবা সুকযা যাদে। লুহোঙলোই যূম পাল্লবোই হাযদনা মৈ-ঈশিং চঙদমখৈ লৈবে।

— হে-বা! অদু ওইবে। নাতৈ চাদবা, ইপা পাখৎলুবে। মশা নহা ওইবি খবা অদুম নুংঙাইথোকচখিসনু।

— কদাযদৈ অঙাংনো চহী নীফু সুদৌবে। মাগা তিন্নবা মমান্নবী পূম্মমক লোইনা মচা অনী-অনী, অহুম-অহুম সুনখ্রে। মশক হাযবা, ইচানি হাযবগী ব্রা নত্তে, মানা হেল্লিবনি।

— মমা হৈজিল্লবনি ইচাদি ফজে কৈনো। মমাদু লৈজবম্মদি-

— ফত্ত্র-ফত্ত্রবা মীনসু হাযবা লাক্লম্মিবা। মানা অমত্তা যাখিদ্রিবা।

— মাগী নুংশিনবা অমা-কা-?

— অদুসু হংহল্লে, ঐনসু হংলে, লৈবু লৈববদি নাম শোযবফাওবা হোঙবিবগে হাযববনি। লৈতে হাযনে। হৌজিকসি আর্মিগী মেজব অমনা কন্না হাযবি। চহী মাগা অদুম চান্নবি। পাখঙনি। মশমদবু নেগ্রো হাইবপ চঙই। মশক্তি নুপাদ-নুপানি। শাগৈ-জাৎ যাম্না ফৈ, পৈশা-নুংশা যাম্না পায, মপা-মপূ কৈবাক থাবা ইমুংনি। লম হাযবা শহব মযোলনি।

— বীনানা কবি হার্যবিবা?

— যূম পাল্লবোই বাবা-সিখক্তনি। মখা তাকবা যাদ্রে, মৈ-ঈশিং চঙদ্রে। কক!

মালঙ চনু

— কবিগীনি হায়বিবা?

— মবম লৈতে, মথোঙ খঙদে, নাতৈ হুক্তে, হোঙঙবোই লোইবে। মসিদনি কবিনো কমদৌসিগে হায়দনা ননাক্তা লাক্লিবসে। লুহোঙবগী ব্রা হেক হৌদোকলুবদা মফি শেৎলগা দ্যুতি লৈ খঙদে লৈতে খঙদে হোস্পিতালদা হেক্তা চংখি। চহী মধী-মঙা মমাঙদদি হোঙনীংদেদমক হায়বস্মী, হৌজিকানসিদনা হেক পল্লুবদা হৌগৎলগা চৎখিবা, অসিনি মানা চথবিবসি।

— হোঙদ্রসনু কৈদৌগে, হৌজিক্তি যাম্না হোঙনদ্রে কৈনো।

— মদু তাইবঙ শেবাৎপা ব্রানি বামোন ভাঙ্গী, মচা-মশ্, চাদা-নাউদা মবী-মবী থল্লমদবা যাব্রো। মপা ওইবা ঐঙোন্দা তাইনবক্লেইদ্রে লাক্লিবা মতমনা। লোনচৎ ঙাক্লোই হায়বদি কোক বেবা নত্রো। কান্নদে চন্দ্রো, নঙগীসু নচানি, অমুক্তা লাযেংঙু। ইচা অসিনা ফবক হেক তাববদা ঐদি নঙোন্দা তাইনদৌনি, ব্রা লোইবে।

— অস।

— কবিগী অসনো! থা অমনী লৈবদি চীংযাগী দামদুগী বিল অচৌবা থবা ফংগনি। নঙগী কাব অসি মল্লে অহনবা অমা লৈবিনি, নস ব্রা লোইবে।

— অস।

— যাম অসকনো চন্দ্রো শর্মা। ঐ নঙবু যাম্না থাজে। নঙনা যেংখিবা কোক বেবা খুদিংমক ফাইবা ঙাক্তনি। নচানুপী ফহন্দবা যাবোই। ব্রা লোইবে ঐ চৎলে। হেক ফহন্দবদা নঙ কোক্কী মাইবা নত্রে! চেল্লঞ্জনি ভাব তাববা। ঐ চৎলে।

— অস।

বিমোল চৎখিদে। চৎলে হায়দনা হৌগৎলুবগা হু হঞ্জিল্লক্লুনা। ফল্লবা মাগী হৈনবীনি। ব্রাগন্দবা, ফনমক নুংঙইত্রবসু মাযথোঙদ

অরাবগী মমি ইতা তাহন্দবা মব্দপ্নি। নুমীৎতু মথন্তা তবক-তবক য়াওজবী মচা বীনাগীদমক তশেংনা নুংঙাইজখিদবগী মমি উখি। খূবক লোনশিন্নববা মখূৎ অনীগী খূবী অনীদা মবায়বক্তা থম্মগা ফনা কুইনা ফমদুনা লৈখি। ঐনা কবি কবি হাযখিবা ঙাংখিবা মা থোইনা তাদবদৌনা তৌই। অশেংবগী ওইনা চৎলমদাইদা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা খূৎ কল্লপ্লা পাযশিল্লগা হাযবকখি-

— ঐ য়ৌথ্রগে মব্দপ। নঙ অমুক্তদি হোৎনৌকো। ঐ পোত্থাফম অমা খঙদবে।

— ভাব তাবে। হংচিংসে মযামগী সুতিনি, মাবু ঐগীসিদা থাবকউ। ঐনা উন্নদবা যাদ্রে থবক মবম অমা লৈবে হায়যু।

— ঐনা যেংনবা হাযবম্মী হাযবকাদি খঙহনগনুকো। ঐ লাকলম্মী হাযবা ফাওবা খঙহন্নীংদবনি ঐদি।

— খঙঙে, ঐনা থোকপা তৌগে। ঐনা লাউ হায হাযবদং হায়যু। মখাদু ঐ তৌগে।

— অস য়াম্না নুংঙাইবো বামোন শর্মা।

— অস অসি নঙগী অমুক তাবেনে।

— অস, ব্রা লোইবেবো।

হংচিৎ অদু বীনা লাকখি। পিশক পিক্লিঙৈদগী ঐনা যাম্না সুনা তৌবকপনি। মানসু মপাদ-মপাগুম লোযনজবকপনি। মপানদি অচৌ অচৌবা থিকাগী মতাংদা মফাং-মফাং পঙচৎতা চথোকপদুদা মাগী মহৈ-মশিং তম্ব-খোৎপগী লমদাংদা ঐনা মাযপুননা মতেং পাংখিবা লৈ। মদুগী লমন শিংনীংবগী ব্রাখল মঙোন্দা লৈবন্নি। ঐনা ঐগী ক্লিনিক অসিদা হিদাক-লাংথক্কী দাক্তব অমা নৈতবা যাদ্রে, মতম খবা অশংবা য়েংলগা চযোল অমগী মনূংদা নীনী-হুম্নিগুম্বা লাক্লুনা মতেং পাংদবা য়াদ্রে, মদুগী অরামল চপ চানা পীগনি হাযকই। হাযবকখি-

— হেবা অদুগীবু কবিগী অৱামননো ঐগ্যা পাবুং। ঐ লাক্কে। থবক চংপা নুমীৎতা অযুক নৎত্রগা নুমিদাংৱাইদা লাক্কে; সুতি নুমীত্তদি অদুম লৈগে।

— ফবেনে। নঙ নযুমদসু মী যাম্না লাক্লিনিনে।

— যুমদা যেংবদু ইমান্নবা অনীদা অযাম্বা শিন্নবে। ঐখোয বাবানা ৱানবনি তোকও হাযদনা কন্না যাদ্রে। জাৎ অমনি ঐখোয় বাবাদি, মীগী সবকাবগী থবক অসিসু তোকথোকও যুমদা পোত্থাদুনা লৈবো হায়বা জাৎনি। ঐখোয বাবাগা তাচৌগা উন্ননি খনবদা যুমদা চঙদৌ তল্লবনি।

— কবিগী? মখোয়না কবি তৌববা?

— হা কৈস্ তৌদে 'সুমমক্তবু হাযবা। শেলগী ৱা নত্তবদা ঐ ঐগ্যা পাবুংগী ক্লিনিক পুবা য়াওজগে। য়াববদি মশক নাইবা হোস্পিতাল অমা ওইনবা লাক্লসি হাযবিবনি।

— বীনা নঙদি ৱা ঙাংবসু হৈবস্মেনে; অহলদৌনা ঙাংবা হৈবেনে।

অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈদা ঐনা হেক লক্লবদা নোকপগুম ঙসিসু মমীৎ খজিক তৃকথবগা মচীনবান লেংলি-লেংলি তৌদুনা ঈকাযবপ নোক্লি। পিশক পিক্লা উবকই। মরূপ, মপা বিমোলগী ৱাগন্দবা মাযথোঙগী নুংসুক নুংজানবা মওংসু খঙনীং নীংশিংলকখি।

মানা অমুক অনীবক উখ্রবা ক্লিনিকনি। অদুমকপু কোযনা পুদুনা যেংমিন্নবে মফম মওং খঙহল্লে। মঙোন্দা পীবা কা অনী, অমনা মী উন্ননবা অমনা মাগী লনাই পোত্থাদুনা ঙাইহাক লৈনবা, যেংহল্লে। মা যাম্নমক হৈনীংনা উই। হংলুই-

— কৈদৌঙৈদগী লাকপা হৌগে হাযবা?

— ঐদি ঐগ্যা পাবুং হয়েংদগী সোমদা কুম্লক্লগে খল্লি।

— অদুদি ফববনিনে নমিং-নথা হৌজিকমক থেৎহল্লগেনে।

— মিংগা থেংত্রসু যাবে পাবুং। হৌজিকসি সবকাবনা প্রাইভেংকীদা তৌবা যাইগ-য়াদেগা তৌনবিবনি।

— এ, সবকাবগী রাবু' ঐ তৌগে। মপা অমগী যুমদা লায়েংজবদা ময়ামগী মতেং পাংবনু মচানুপী অমগী মথৌ নত্তে কনানা হায়বা যাগনি। সেবা তৌবদা অগিংনা লৈবা হৌনদে। চিংননু।

— চিংনবা নত্তে, চগৎ-চগৎ তৌবা তনবগী ৱানি পাবুং।

— মদোমগী খল্লুনু। লায়েংশঙ অসি কনাগী নত্তে নঙগীনি। মসিদা থবক তৌবা মী অমা নত্তে নঙ, নঙ নশাগীনি। শেমগৎশি ইপা-ইচা চঙদুনা। ঙসিদগী নঙোন্দা শিন্নববনি। অহল ওইশিন্নরুবনি নঙগী বাবাখোয ঐখোযসি পোত্থাবা ফববনি। ৱাবে ইসু লক্লদনা, পোদনা পমদনা পোত্থাদুনা লৈবা মতম ওইববনি।

— ঐগ্যা পাবুং ঙসিগীদি ঐ চৎখ্রগে, হযেংদগী লাক্লগে।

— ফবে ফবে; নঙ কাবদো তপ্পা যেং-যেংদনা থৌকো, মী চিনবা মবক্তা-।

— ঐ গাডী থৌবক্তে-।

— ঐমা, থিলহনগে ঙাইখো।

— য়াবে। ঐ মথং-মথং চৎকদবা খবসু লৈবি।

— নঙনা চৎকদবদু চৎলু থিলহনগেনে। নৎত্রগা গাডী পুখিগে হায়ববসু পুখোনে।

— য়াবনি। হাযেং নুংথিল লাক্লগে।

বীনা অদুম থোকখ্রে। থোঙনাওগী পর্দা হাইগৎলগা যেংলুই। চিল্লবা সোবোক অদু থৈ-থৈদুনা লাল্লগা ঈংনা তপ্পা চৎখি। খবা চৎলগা ওতোবিক্লো অমদা কাখৎখিবা উই। খলহৌই-তৌনীংবতা তৌদুনা লাকপীনি, মীনা হাযবা কযা লৌবা জাৎ নত্তে; মপা অসিনা ৱাজবিবসু অসিগীনি; ফবে যেংবা হাযবদুনি।

নুমীৎ কয়া অমা, থা কয়া, চহী অমা হৌখিবা খঙহৌদে। মবম ওকই থবক মবম খঙই ৱা ঙাংবা মী খোল্লি। চাউথোকপা পোঙবা তৌদে খূদিংমক্কা মপা চানা-চানা লোয়নৈ। অকায়বা ময়ামগা মান্নদবা থোইনা উবা ফংদ্রি। মমান্নবা, মাগা যাম্না চান্ননা তিন্নবা, থবক তৌমিন্নবা খবদা মাগী লোনচৎ-শাজৎ কুপ্না হংলুই। মখোযনা খঙবা লোয়ননা খনবা মখৈ ফোঙদোক্লম্মী। খবা হেন্না হকচীনবা মানবা, অযাম্বা মতমদা চৎমিন লৈমিন্নবা দাক্তব ককনাদা মতাং চাবা অমদা, কুপথনা হংলুবদা, পাউখুম ওইনা হাযবকখিবা লৈ—

— সাব কবি খল্লিবা কবি পাল্লিবা শেংনা হাযদবদৌনা তৌই। লুহোঙবগী ৱা পল্লুবা সুকয়া যাদবদৌনা তৌই। ঐ য়ুম পাল্লবোই, অসিদা মহায়। বীনাখোযগী, বাবানা হাযবদগী লুহোঙসি হাযদনা অমুক অনীবক তক্লকববনি। মদুদা বীনানা অঙাং মচাদৌনা য়ুম পাননবা হেক হায়বকপদা নঙগা তিন্নবোই, কৌবা ফাওবা কৌনববোই হায। চুম্না সুম হাযবগী নত্তে সাব, মমায কা ঙাংলদনা মপি ঈবা চেল্লিবনি। মতুংদদি ঐখোয়সু হোঙঙু, পালু হায়বগী ৱা সুকহায় হায়দ্রে।

— কবিগীনো?-অসিনি ঐগী ৱাহং।

— মদুদি সাব ঐখোযদি খঙদ্রে।

— কবিগীদি মাল্লি?

— মদুসু খঙবা ঙমদে।

— নত্তে ককনা মাগীসিবু মাগা কাযনখিবা অমকা লৈবৱা হাযবা?

— ঐখোযনা খঙবদদি লৈতমাল্লে সাব।

— অদুগুম্বা অমা, কবিগুম্বা অমা নৎত্রগসু মঙোন্দা লৌনম তৌবিবম্বা কবিগুম্বা লৈ লাক্লৱা অসিনি ঐনা কন্না খল্লিবা। নৎত্রগদি মঙোন্দা অৱাৎপা নীংবা থুংদবা মওং অমত্তা লৈতে হাযবা যাই।

— সাব ঐখোযসু ভাব তাদে, মী-মীগী অপান্না হাযবদুদা তাবে।

মমান্নবশিংদগী লংলা লংজিন খজিক্তা ফাওবা ফংবা ঙমদে। নাক-যেৎকী মচেম-মনেমশিংসু কবি অমত্তা খঙদবদৌনা তৌই। মখল মখা কযাগী চাংযেং মওং মওং তৌদুনা যেংবদা কোককী ওইবা বেবা লৈবা থেংনদে। লুহোঙবগী ব্রাফমগী মতাংদা মচিং-মশোন মচা অমা উবা নত্তনা অতৈদি মযামগী চাংদা অদুম্মক লৈ। আই. ক্যু. যাম্না ব্রাংনা, মীথোই মীহেনগী থাক্তা লৈ। তম্মকপা, থেংনবকপা, নৈনবকপা মযামগী যুমফম অমদা ইথন্তা শীংনকুই-মসিদদি মখঙলগে।

মীহাৎ-মীপুন অমগী মবীদা কৌবা বন্দ নুমীৎ অমদা বীনা অযুক লাক্কুনা মাগী কাদা চঙখিবা উই। ঙাইহাক লৈবগা তহা-তহা চৎখিগদবগী মওংদা থোকলকখি। হংলুই-

-- কৈনো বীনা, যুমদবা?

-- নত্তে ঐগ্যা পাবুং, হোস্পিতালদা কেশ অকুবা অমা লৈবে।

— চৎপা যাগদ্রনে বন্দ অসি কন্না উইদা।

— যানি, ঐখোযদদি কোমথোকপনি।

তহা-তহা চৎখি। গাড়ী কন্না থৌখি। মশাদা যাওবা সেবাগী ব্রাখলগীদমক থাগৎলুই। থোঙ ইহাং হাংদোক্কুনা লৈবা মাগী কা অদু থিংজিনগে খন্দুনা চঙলুই। মেজদা মাগী বেগ অদু ইহাং হাংদোক্কুনা লৈবা উই। পৈশা-নুংশা যাম্না হাপ্তুনা পুগনবনি লৌশিনবিগে চঙলুই। ব্রাখল্লোন চাউবপ তৌবা থাবপ্পা দাইবী অমা নাকন্দা লৈবা থেংনৈ। ব্রাখল্লোন অমগী খংলাক লাকপা থৌইনশিন অমদগী কাগী থোঙ লোনশিল্লগা দাইবীদু ফাক্কুনা পাকই। ঙবাং ফাওবগী ইশিনবা অবোইবা লামায অদুদগী হৌবগা মথং মথং হঙ্গত্তুনা চাউযেং যেংদুনা চাউবা পাকই। হিদাক মমিং মযাম অমা মী মমিং কযা, চাদিংগী মতাং খবা নত্তনা মকু ওইবা কযা থেংনদে। হন্দক্কী চহী অসিগীদা ওইবা দাইবী ওইবমদে,

মালঙ চনু

হৌখিবা চহী অহুম-মরীমুক্কী মমাঙদগী ইবকপা ওইনা তৌই। মকোক্তা হাইগৎতুনা যেংলুই। মথক্তা অশংবা মুক্না চাউবপ থাবল্মী-দাইবী ভোলুম মাপল। লৈখায তাকই-অসিগুম্বা নিপাল লৈখ্রে। খল্লুই-মথক্কী নিপাল অদুসু যেংবা তাবি।

মপাগা মুন্না খন্নবগা মাগী দাইবীশিংদু মশানা খজিক্তা ফাওবা খঙখিদনবা, লোযননা চিংনবা ফাওবা ফাওখিদনবা অমমমতা ওইনা জেবোক্ত কোপী লৌথোকহল্লে। মীকনি, শামিন খজিক্তং ফাওবা ফংখিদনবা থমফম ফাওবা হান্নগীগা চপ মান্নবা লাক্লবদা হুমাং অনপ্পি হেক হেক কায হাযনা মপানা তম্মী। মবক্তা হাযকই-

— ইচা বীনাগীদি খঙদে নঙদি বোনধু দিতেক্তিভকী থবক তৌবা যাবনি।

— নঙনা হার্যবিমখৈ তৌব্রাইবু ঐদুম কোক বেবা লৈবক্কদৌবে বামোন মাইবা।

— মখা ব্রাকলনু ঐনা থোকপা তৌবগে। মাগী লোনচৎ শাজৎতা চিংনবা অমনীদি থেংনবে।

— কবিনো?

— কোন্না চপ চানা খঙলবা কান্দা হাযগে।

— চহীদি যাংখৈমুক লৈবগনিনে উঝা মাইবা?

— যাংখৈগী সুইনোদু ককলো, মঙা।

— মঙাদু চহীবা, থাবা?

— নুমীৎসু ওইবা যাই, লাই খুকস্মু।

— কবি লাই, অবৈববা লৈতববা?

— লাইদি লৈহল্লগা নীংবা তাবা।

নুংঙাইতবা অমদগী নুংঙাইবা অমগা লোযননা মাযপূননা হোৎনখি। দাইবীশিংদু মথং-মথং ৱাহৈ খূদিং পবেং খূদিং অমত্তা চিথদনা পাদুনা নৈনকই। মা যাম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী, দাইবী ইবা হৌই। নুতিগী ওইনা ইবদি ভৌবমদে। ক্লাস এইত লোইবকপগী অদুৱাইদগী ইবকপনি। অযাম্বা মতমদা হৃবী হাযবা ৱাহৈনা হৌবদৌনা ভৌই। খঙই নুপীমচাসি অঙাং ওইবিঙৈদগী ঈশ্বরগী থৌবমশিংদা থৱায যাওবকই। মমা অদু লৌবা মাল্লি। বিজ্ঞানগী মহৈবোয ওইববসু মমা-মচা অনীমক লাই থাজ্জবা মীওইনি। মপাগা যাম্না খেন্নে।

নোংমা নুংথিল অমা বিযোল লাক্লগা বীনাগী যাম্না মনবা পিশক পিকপা দাইবী অমগা লৈবম্মে হাযদনা পীবৈ। বীনা খা ভাবতলোমদা নুমীৎ তব্বক্লিমুক কবিগুম্বা থৌবম অমা চৎখিবা মতাংনি। মপানা ৎাবিবা লৌগী পতা অমা থিবদা মচানুপীগী লাইবিক অবিবা মযাম থম্বা উপুদা থেংনবকপনি, জেবোক্স কোপী লৌববোই নোংনিনী চঙনা হেংথোকও অদুগা পীবকউ, অমুক মফম কাযদনা থমখিগে হায়বৈ। পিশক পিকপনি হাইফেক্তং যেংগে অদুগা পুত্রো হায়রুবনি। অদুবু চীংগী থিকা মফমদা শিন্মী খবা উংখৎনবা যাওবে হোবেললা-হযেংলা লৌববগে হাযবম্মগা চৎখ্রে। অদুক হাক্লা থাজরুবা ৱাফমগী নত্তবদা চাউবাক্লা যেংবগী যেংবা ওইনা হাইবপ ফাক্তুনা যেংলুই। অহানবা লামায়মক্তদা মুক অশংবনা ইবম্বা থেংনৈ-ঙসি অসিদগী নঙ হৃবীব নত্রে, ঐগী ওইনা হৃবী ওইবে। হৃবী কৌবনি। শূক সুনা মল্লবা অমম্বা মপং মবক্তা নোংথাঙ খংকুপ কুপলকপগুম্মী। তু খ্যাও চুংখি। ফুক হৌগত্তুনা, ফম্মী। পূক্লিং চঙনা ৱাহৈ অমমমদা পূক্লিং চঙনা পাকই, পাথকই; চেকশিননা পাকই। পুং খবগী মনুংদা অহুম্লক হন্না পাকই। মমাঙগী মাগী হান্নগী দাইবীশিংদু মথং-মথং পুথোক্তুনা মতাং-মতাংগী ওইনা ফাক্তোক্তুনা নৈনকই। মঙাল মথং-মথং ফংলকপদৌনা ভৌই। অহীং অনী নুংথিল অহুম লেপ্তুনা নৈনববা মতুংদা লাইখায অমা তাববা মতুংদা বীনা লাকপা লাঙতক্লনা ঙাইখি।

মানা লাক্কনি, হাযবা নুমীৎতগী মবী-মঙানী থেঙথনা বীনা লাকখি। য়ৌবকপগা মযুম চঙলুদ্রিবৈঁদা ক্লিনিকতা লাকখি। ঐগীগা মপাগীগা ফৈজোমগা ফুবিৎ পূমযাৎকা লৈবকই হায়দনা পীবৈ।

— আই, হৌজিক পাইবকখিবদুদা যাওবকপা মাল্লি। কনানা ওকলক্ষ্মী-? নঙ বাবা লাকপ্রো?

— পাউকা অমত্তা পীদ্রবনি, ইনক নকপসিবু, হেক্তা লাক্লবনি।

— নখোঙনা?

— ওতো বিক্লোদা।

ঐসু উই, মা ওতোদা লাকই। ওতোদগী ফৎ কুমথবক্লগা মাগী সুৎকেশ অদুগা বেগ অমগা চঙলকখিবনি। লাপ্লপ্লা মানা তোংলকপা ওতোদু নম্বব যেংলগা খোৎচিলহৌই। মাগী কাদা নুংদাংব্রাইবম ফাওবা পোত্থাবম্মগা চৎখি। ঐনা থিলহল্লুই।

তাঞ্জা-মেঞ্জা অমা লুম্মকপা মঙা-তব্বক্কি শুবকপগী অদুদা নোংমা নুমিদাংব্রাইবম অমা যাম্লা কেনা লাক্লগা ঐগী কাদা চঙলকই; অথুম অহাওগী চেগী মযোম অহুম-মবি পীবৈ।

— কৈনো নঙদি ওন্থোক্লা কেনা?

— মক্বপ নর্স অমগী মনাওনুপী লুহোংবা চৎলুবা; ইমা থৌবানীগা ইসুশিংগা চানবা থুংজবক্লিবা।

— নত্তে বীনা নঙবু নমান্নবগী, নমান্নবগী মনাওশিংগী সুম চৎলগা তোক্কদৌবিববা; অথুম-অহাওসি নঙগী ওইনা চাগে হায়দনা ঙাইবক্লিবসি, শাযগদবা যা অসি লোইনা যাওবক্লোইদৌবে, কমদৌসিগে, নঙবো?

— উমা ঐগ্যা পাবুংসু অমুক হৌবক্লব্রা, ঐখোয বাবানা খদাং চোক্কুনা ভুমিন লৈখ্রবা কানসিদা!

— ফাগি নত্তে বীনা পাবুঙ ব্রা হায়গে, ফম্মু ঙাইহাক্তং ইপা-ইচা ৱাবী মতেক অমত্তং তৌসি। ফম্মু ঙাইহাক্তং। চিংননু, নঙগী বাবাদৌনা হোঙসি খোৎসি হাযনা তক্লগদবা নত্তে।

— লুহোঙবগী নত্তবা ব্রা পূন্নমক ঐ তাদবা তৌদে ঐগ্যা পাবুং, তৌসু তৌবোই।

— গুদ, নঙগী অপাম্বা, নঙগী অনীংবা হায়বদি নঙগী ৱাশকপু চপ চানা ঈকাই খূন্নবা মীনি ঐ।

— ৱাশক হায়বদি?

— হাযবদি, ৱাশককুম্বা অমা লৈতনবু নঙগুম্বী অমনা শুকহোঙ হোঙলবোই হাযদনা শিখাঙ খঙফম থোক্তে হায়বগুম্বনিদা।

— ঐগ্যা পাবুং অসি নত্তবা ৱাবী ওইনা মত্ত্রো মপূমলা তৌসি ঐ-।

— ঙাইখো বীনা ঐসু নঙবু পোকপা বাবাগুম্বনি। নঙগী বাবাবু থেমদুনা ঙাংদুনা নঙনা নীংলিবদু যাবিনবা ঐনা শোয়দনা লাক্লগনি। অঙাং পিশক ওইবিঙৈদগী তিন্নবকপা মকপ্পি; মবম চাববদি মানা হাযবা ঐনা যাখিদবা য়াওদ্রি, ঐনা হায়বসু মানা য়াদুনতা লাক্লি।

— ঐসু খঙই। ইমা লৈবিঙৈদা ময়াম্না হাযবা য়াদ্রবা কান্দা নঙ ঐগ্যা পাবুংবু হাযহল্লু হায়খ্রিবনি।

— নঙবুসু অঙাং ওইবিঙৈদগী পমদুনা মবক মবক্তা পোবা ফাওবা পোদুনা তৌবিবনি। নীংশিংলম্বা য়াবি নঙসু?

— পোবদি নীংশিংদ্রে কৃষ্ণ জনমদা কোয়বা পুবিবকাদুদি নীংশিংলি।

— নঙনা দাক্তব তম্বগী থিনবদু নপা শংদে হায়দনা ঐনা থিনখিবদো, ঐনা আদা নঙগী বাবা শাখিবদো-।

— নীংশিংলি। মদুগুম্বগী লমন চাউনা তোল্লবনি হায়দনা ইমানা হেক হেক হাযবম্মী। লমন শিংখিনি খল্লিবনি।

— চৎ। কবি লমন! হৈবেদা। মপা অমদা মচাগী কবি লমন! কান্নদে নঙোন্দা ব্রা খবা হংগে। শেংনা খুম্মু। লৈথোক লৈশিন তৌগনু। দাক্তব অমনা পেসেন্ত অমদা হংবনি, তান্নবনি লাইওং খঙনবনি, লায়েংনবনি হায়না খল্লো।

— কিশিল্লক্কদৌবে ঐগ্যা পাবুংগীসি!

— কিগনু। দাক্তবগী অনীংবদু থুংহন্নবা ঐনা উকিল ওইনা বাই তাহন্নবা লাক্লগদৌবিবনি। নশাসি ঙসিদি পেসেন্তনি হায়না খনগদবা।

— অস!

— হঙ্গোইবসু যাদে। ঐ নঙগী মীচঙনি কাউগনু। খুমদবসু তৌগনু।

— খুম্বা যাবা ঙাক্তা হংবিববদি।

— যাদববু -ংবা হৌনববো। অশেংবা খুম্মুকো। নহানরাই নঙনা অঙাং ওইবিঙৈদা নবসবীকা তম্মকপগী অদুদা নখোযগী মনীং শঙ্গোযদা ভাবাদা লৈবম্বা বিক্সা থৌব: অমা লৈবম্বা, গাড়ী থেংগাযনবগী থৌদোক অমদা লৈখিদ্রবা মতুংদা মগী নুপীদুনা নখোযগী যুমগী থবক-ইংখাঙ নোমদুনা লৈথখিবা, যম্মা কুইনা চহী মঙা-তব্ধক তবামুক লৈখিবা, অদুদগী কদাযদনো অমদ মযুম পানখ্রে হাযদনা তৌবা অদুগী ইমুংদ নঙ নীংশিংলমখিবনি, নীংশিংলিব্রা?

— নীংশিংলি।

— হোযনে নঙনা ফনা চাউববা লৈশাবী মচা পুংকবপী অমা ওইবকপা ফাওবা লৈবম্বনি, কবিগী নীংশিংদনি। মদুদা নুপাদুগী মচানুপা নঙগা নমান্নবদৌনা হেক-হেক শান্নমিন্নবা, লাইবিককাসু তৌমিন্নবা, নঙনকাসু তাকপিবদৌনা তৌবা, কবিগুম্বা কান্দা খৎনৈ, ফুনৈ কা হাযদনা তৌবা, মশকসু ফজবা নুপী শক্তা

হাইবপ চঙবা, মবমকাসু যাম্না ওকপা নমানসু যাম্না নুনা তৌজবম্বা নুপা মচাদু নঙ শোযদনা নীংশিংলমখিনি, হা?

-- উম।

— লৈখিদবা মপা অদুগী মমিং অকবব; মচানুপা নমান্নবদুগীনা হবীব নৎত্রা? কঁব অমত্তা হঙ্গোইবা তৌনু। কেশ হিস্ত্রিদি মীনম্নদে।

— খঙই।

— হবীব হাযবিবদু নৎত্রা নঙনা হবী হাযবিবদো?

— . . !

— মাগি হবী হবীবনি। হবীব হৌজিক ওতোবিক্সো থৌবি; ওতোবিক্সো এসোসিযেসন অমগী চিযবমেন ওইবি। হবী-হবীব অদু নঙ নুংশি, মাগা ব্রাশক্লখিবননি বীনা নঙনা পুক্সিগী লুহোঙলবোই হাযনা চপ লেপ্লিবা। অবানবা লানখিবা খোঙথাং নত্তে, হাযনা খল্লি ঐদি।

— ঐগ্যা পাবুং ব্রাশক্লখিবদি লৈতে।

— গুদ' ভেরী গুদ। যাবে লোইবে নঙগী কেশ। ইবোই লোইবদা অমখক্তংদি লৈবি। মসিসু নঙগী মীচঙনি; দাক্তব বীনা ইচাগী মাযকৈদা লেপ্পগী ব্রানি। হাযযুকো।

— কবিবো?

— অমগা অমগা নুংশিনবা অবানবা শুকনৎ নত্তে। নুংশিবা নেচবগী ওইবা বাইটনি। নঙগী নুংশিবা ঐসু যাই। মীনা তৌনদবা থবক শুকনৎ নত্তে। লৌন-লৈনবা মফম পূম্নমক্তা, মতম পূম্নমক্তা তৌনবি। পাপসু নত্তে। হৌনশাদি হৌনশানি। মসিদা লনাইগী ওইনা হংনীংলিবদি নঙনা হবীবতা লৈগে, মাগা নিকাহ শোল্লগা লৈমিন্নবগে হাযনা হাযদ্রিবা অদুগা হোৎনদ্রিবা কবিগীনো হাযবসিনি। খুম্মু খঙমিন্নসি। চিংনবা পূম্নমক থাদোকউ ঐ নঙগী দাক্তবনি।

ঐনা ঙাংলিঙৈ মনুংদু বীনা মক্ত লূকথবগা তূমিন্না তাদুনা লৈ; লেঙদ, হাইদ-হুম্নদবগুম লৈ। ঙাংগনবা, ঙাংগনবদা হায়নবিবীনি। অদুক চীংলেম্বা মওং অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ফনা কুইনা তূমিন্না লৈখি। অচীকপা অদু কায়হনবা ওইনা তপ্পা কৌকই-বীনা, নঙগী ঐগ্যা পাবুং খঙনীংনা ঙাইবি।

মা তপ্পা লেঙবগুম তৌখি। মমায় তপ্পা হাইগংলকখি। মীংলু অনীদগী শিম্বুবকপা পিবাংতনা শেংদোক শেমদোক্লবা অতপ্পা খোঙ্জেনদা হায়বকখি-

— ঐগ্যা পাবুং, অঙাং ওইনা শান্নমিন্নবকপনা, ঐনা খঙলকপদা ঐনা মাবু নুংশিদুনা লৈবম্মে। মানসু। লুবিবনা লৈবিবা চংনবী, মাগী ঐগী থাক, অদুদগী অমুক ঐগ্যা পাবুংহোয় খ্বাই, নাক যেং শাগে নাতে, ধর্মগী মায়ওন পূম্নমক অসি মুন্না খল্লবা মতুংদা ঐহাক ং হোঙলবোই হায়না লেপ্লবনি।

— ফজবা ব্বাবেপ্নি। অদুদা ঐনা অমুক হায়বক্লবদি-অদুনদি নঙ সমাজবু কিবদগী নুংশিবা তোক্লগে লেপ্পনি।

— সমাজ কিবা নত্তে ঐগ্যা পাবুং, ঐগীদি সমাজবু ঈকাই খুম্নজবনি; হৌনবা হৌনদবগী লোনচংপু ঈকাই খুম্নজবনি।

— হায়বদি নুংশিববু যাংনা লৌবগা?

— নো হান্নগুম লেঙদনা নুংশিবি। অহানবা অদুগা অবোইবা নুংশিবনি ঐগীদি। লেঙদ্রবনি। নুংশিবসিদি ঐগী লনাইগী, সুপ্ন গী লনাইতগী ওইবা পোংলম অমনি; ঐগী ওইনা অসুম্মক লৈবসনু। ঐগী পুক্সিনা মযামগীনি খঞ্জবি। ময়ামগী ওইনা হিংগনি।

— মাদি, হবীবতি কবি হাযবি?

— মাদি কা হেন্না শিংবা নত্তে; লাইবিকসু হায়ব সেকেন্দবী লানবা

ফাওবদনি। ঐনা হাযবমখৈ মাসু য়াই। মানসু নুংশি।

— মাসু হোঙলবোই?

— ঐগা নত্রবদি হোঙগদবা মান্দ্রে। ঐনদি হোঙঙো হায়বনি। মানা যাদে। অতোপ্পা অমগা হোঙঙু হেক মথংদা হাযবকপদা মা মথন্তা শিজগনি হায়না কসম চাখ্রে। ঐসু হাযকদবে

— অতৈনা হাযববদি?

— হাযবিনবা মাগী নক্লবা কনাসু লৈত্রে। য়াম্লা লাপ্পা মাম্মা অমগী মচানুপা অমগা লৈমিন্নবি। নহান নোংমা ঐনা অকবা অনাবা অমগীনি হাযদনা তহা-তহা চেল্লুবদো ঐগ্যা পাবুং নীংশিংবিবিববা?

— নীংশিংলি; নীংশিংবতা নত্তে খঙবসু খঙলে; মাগী মাম্মা অদুগী মচানুপাদুগী নুপীদু অঙাং উন্নবগীনি-বেহমান ক্লিনিক তা; চুমদ্রা?

পিবাংলক্তা চন্নবা মোমোন অমগা হায়বকখিবনি-

— ঐগ্যা পাবুংগী শিনফম ওন্নবে; দিতেক্তিভ ওইবমগদবনি।

— ৰীনা, মী খূদিংমক দিতেক্তিভনি মফম-মতমগা চাংগা খেন্নবগী ৱাদনি। ইপাগী শিনফম ঙসিদি মায পাক্লে হায়না খল্লে।

— ঐসু মাযথীদে ঐগ্যা পাবুং; ঐ মায়থীবা হৈনদে। ঐনা মায়থীবা হাযবদি ইথন্নতা শিজবনি।

— ঐ ভাব তাবে নঙবু লুহোঙহনগনু হায়বা ৱানি।

— অদুসু ওইবা যাই।

— যাবে। অদুগা, খুমগদবা নঙদি লাযবদনা হংগদবা ঐনা হঙ্গোইবা অমত্তংগা লৈবে।

— পেসেন্ত ওইবগী মথক্তা দাক্তব অমসুনি, ঐনা খঙবা ওইবগদি

হঙ্গোইজদে। চিংনবিগনু। পাবুংদবু কবি অমুক খাকলুবনি।

— অদু নঙগা মাগগী মবক্তা হককী ওইবা লোন্দিন্নবগী মওংদি লৈখিব্রা, লৈ-লাকপ্রা-?

— লৈগদ্রা?-ঐসু হংনীংলিবদু মদু ওইবস্লা যাই হায়না খনবনি। হংবা তাবা ব্রাহংনি। ঐ ওইবন্মবসু হংলমগনি, হান্নবু ওইববসু কোন্নবু ওইববসু। ঐগী পাউখুমনি-নেভব। ঙসিগী মমাঙসু নেভব, মতুংসু নেভব। চান্নবা ওইবগী খজিক খবাক নকশিন্নবদি লৈ।

— যাবে বীনা যাবে। ঐগী থৌদাং লোইবে খল্লে।

— ঐগী ওইনা অমা ব্রাংলি ঐগ্যা পাবুং, অমত্তং হংগদবা লৈবি।

— ঐঙোন্দা'?

— উম।

— অস! অদু মঙাযবে হংঙো।

— পুন্নমক অসি লোইনা খঙলবা মতুংসিদা ঐগীদমক্তা কোক শাবিবা, শামিন্নবিবা ঐখোয বাবাদা কবি হাযবিগদৌবি?

মাগী পিবোইনববা ব্রাহংনি। অঙাং মচাগী অদুঙৈগী মাগী চন্নবা মোমোন অদুমসু মযেক শেংনা যাওবি। চঙশিন্দুনা মকোক্তা তপ্না নাম্থিবিবগা তপ্না হাযকই-''পাবুংনা নঙগী বাবাদা শেংনা খঙহনগনি ইচাগী ব্রাকম কোক্কী নত্তে শেংলবা থম্মোয অমগীনি, শেংলবা থম্মোযদা মবৈ অমত্তা চঙদবা যাই।''

খল্লি, মপা, ঐগী মরূপ অদু কৈদৌঙৈ উন্নবগবা!

ইম্ফাল
২০১০

# ঐগ্যামচা শিবী *

অযুক চা থক্ল-থক্লা পাউচে অমা পাগে তৌবকপগী অদুদা ইশুনুপা যাইমা অদু কদোমদগীনো ফূৎ ফাওদোক্লক্লগা লৱাইদগী লাকপদৌনা হাযবৈ-

— দধৌ পীবকও লুপা থ্রি হন্দ্রেদ।

— কবিনোনে যাইমা, ইফিং ফিংঙদনা, কবিগীনো নঙ বাবাদা হাযবা যাদ্রো'?

-- দাদী-মম্মি অনীমক মহা শাইলোক ঙাক্তেনি, তু খক পীবকই কোন্নদে থ্রি হাপ্লকউ। ইমান্নবা মযাম ঙাইবে।

-- কবনো কবিগীনে মথেক-মশোন-?

— ভুসি ভনুৱাবী দেত ৱাননি খঙদ্রো, কৈনো চত্তোইনি, পীবকওনে থেংঙেনে। তু হোবোন খোংঙক্লে, ঙাইনবেনে।

লৌথোক্লুনা পীকই। চৎলমদাইদা হাযবশী-

— দধৌনা হাযবা ভূবাংগী কৈনোগীদো, অদো, গি গোবিনদো হযেং পূংক্কে যেংমিন্নাস, লাইবিক্তু ঐগ্যা কৈনোনা পুখি হাযবনি

অদুম থোকখ্রে। শেংলিবা খোঙ্গ্রাওদু হাপসু নত্তে ফুলসু যৌদে, নীংদা মাঙদা নাকন্দা ফুবিৎখাও তবামুক্কী মথক্তা পাল্লম্বা যাই, মচুদু চুমথাঙগী মচু তবেৎতা যাওবমদৌবা মান্দে। খাক্লিবা শকখাক অদুনা

---

* *হান্নবা ইখিবা ৱাবীমচা অসি যাম্নমক তেননা মচংদমক লৌদুনা পাউদমগী মওং ওইনা ইথোক্লুনা 'সাহিত্যগী পাউ'দা ফোঙখিবা নৈ।*

মালঙ চনু

গ্রীককী আলেকজেন্দবগী লান্মীনা উপলমগদবা তুপী মানগুম তৌই। লীৎলিবা ফৃবিৎ মচুদু শননা কোয়তান তানবা অমা নত্রগনা হেক উবদা মমৈ ফীবান শানা থেককৎলগা মথৱায় হিংনবা চেনখিদৌবা অমা মাল্লি। যেংশিনখিবদা নাকন্দা ফমদুনা চা থক্লিবী মবোক অদুদি থোকখিবা মশূ অদুদা ঙকপা যাবমখৈ ঙকপা মওংদা শংত্রিক যেংদুনা লৈবম্বা থেংনৈ মথেল অমা ওইনা ঙাইহাক যেংলুবগা হায়কই—

— কবিনো প্রানবাধে, নখূৎকী চাদু লৈমাযদা হৈথবেনে।

চাগী কবিগী ৱা চঙদে মবোক বাধিকানা হান্নগী খূৎঙক অদুদা ঐঙোন্দা শংত্রিক অমুক যেংলগা হাযবকখিবনি-

— কবিদি কবিনো মানা হৌজিক হাযবম্মিদো?

— ঙবাং অযুক্তু শ্লোক অমা যেংনীংলক্লুনা বেনুধবনা মঙানি তবানি মমাঙদা পুখিবা 'গীতগোবিন্দম' অদু লৌকচো হাযনা থাখিবা। মদুদা লাইবিক্তো ঐগ্যামচা কৃষ্ণদাসনা পুখি হযেং পুবক্কে অদুগা যেংমিন্নসি হাযবিবনিনে। কবি তৌবে?

— অদুবা?

— মসি নৎত্রবদি বাধে জগত অসিদা ওইবা যাবা ৱাহশ্লোক অমত্তা লৈতেবো, ৱাবৌবিবনু। ঐনা তম্বা যৌদবননিকো।

— ও, নশূ-নপুদি মবোন ফাওনবিনে। ঐগ্যা মচা কৃষ্ণদাস হাযবদি থিকা তৌবম্বা যাম্না ঙাংগনবদুবো, মুবগা যাম্না ৱাংবদো?

— হোযনে কৃষ্ণগী কুচুদো, নঙদি কমদৌনা খঙইবা মাবুদি?

— নহানৱাই ঐনা লৈবম্বা ককচীংগী স্কুলদা হোল অমা শাবগী থিকা তৌবম্বা। থবক্তি হৌফাত্রি অদুগা পোৎ-চৈ লৈনবা লৈতে বন্নিং বিল লৌনি হাযদনা তৌনবদা ওজা মকোককা ঙংখৎনখিবা অহুম-মবিবক থেংনখিবা। মানা 'গীতগোবিন্দম' লৌখ্রিবদি কবিগী মাবু লাইবিক হৈব্রো?

— এ, হৈত্রা কাযনা। হিন্দী সংস্কৃত ইংলিশ পাইবীনি। নহানরাই হিন্দী শন্দোকপগী থবক তৌবদা কোয়চেন চেল্লম্বনি। দিল্লীকাসিদি কৈথেনদা এনশাং লৈবা চত্তুঙাই চৎলম্মিবা। মন্ত্রী মথং-মথং উনবম্মিবা মন্ত্রী মকোককাসি যাবা য়াদবা থোক চঙদুনা লাউকবা ঙম্মিবনি। লৈবাক্লা য়াবিবা শন্দোক্লিবা হিন্দীনিনা মনাদুম ফংখিগুম তৌবনি। ঙাংবদি ঈশিং লীৎপা নত্তে। ঙাংবসু হৈবনি।

— হৈ-হৈতগীদি খঙদে অদুগা মানা ঙাংবসি ভাব অমা ইতা তাদে; লৌশিনফম অমা ইখঙ খঙদে। মবোল অমা ইফাও ফাওনদবদৌনা তৌই।

— অদুগীদি খবা লৈবনি। নঙদি লায়বদনা তিন্নবিবা, নহানরাই তোইনা চৎমিন্নবম্মীবা ঐখোয ফাওবা মানা ঙাংঙিবদু কবিনো খঙনবা লাক্লবদা মতম চপ চানা চঙঙিবনি। য়াম্না নুংঙাইবা নুংশিবা ইনাওনি।

ঐগ্যামচা কৃষ্ণদাস থবক যাম্না নোমগনবা, কবিগুম্বা অমা তৌদুনতা লৈবা, তৌদ্রবদি লৈবা হৈনদবা মীওইনি। ময়ামগী থবকসু তৌগল্লি। তৌবতবু কবিগুম্বা অপাযবা থবক অমদা নে তানা তং তাবীদা লৈবা ইহৈ হৈনদবদৌনা তৌই। হৌখিবা চহী কুন্থ্রা নীফুমুকসিদা মানা তৌবা থবকসি ফনা যাম্মে।

যাম্না কুইখ্রবগী মমাঙদা হিন্দী তম্মিবনি অদুদগী তম্বিবিবনি হায়দনা হৌ হৌ চোংলম্মী। চোংলিঙৈ মনুংদা হিন্দীদনি মানা খল্লিবা লোযননা খনহনবা পাম্মিবা। পিকনিক্কী মানা চাক থোংলিঙৈদা হিন্দী ঙাংই; হিন্দী ঈশৈ শকই হিন্দীগী মবমদা রা ঙাংই। মাগী মালেমদু হিন্দীদগী ওইনা তৌই। চাক চামিন্নবা মতাংদা মরূপ জমাল হুশেননা হায়খিবনি-

— ঐগ্যা কিসনগী য়েন থোংবসিদি হিন্দী থাকমানে হাউইহে।

— হে কসম, য়েনদদি হিন্দী নত্তে উর্দূ থাকপনি।

চহী খবা লৈবগা নোংমা সুতকী ফি অমত্তা য়েংগে হায়না কৈথেল অচৌবগী দুকান অমদা চঙলুবদা ঐগ্যা মচাদু মহাজনগী মতুংদা লৈবম্মী। মতুং ওম্বোক্লগা ফি খবা খনবদুদা মশক খঙলুদবে। ঐনা মহাজনদুদা-ভৈয়া সুত কা কপড়া দিখাও হায়বম্বগী অদুদা ঐগ্যা মচানা শং ওম্বোক্লগা কয়া শাউনা হায়বক্লে-হিন্দী মত বোলো! হিন্দী ঙাংবা য়াদে হিন্দী বন্দ!

— আই, ঐগ্যা ভয়াবী নঙদি কবি তৌবম্মিবা?

— ঐমা, নঙ ওইবে। ঐদি সিদা অয়োনমী মকোকনিনে; ফনা কুইবে। লাও সোমদা নঙগী ফিদু ঐ পীগে, ঐগী দুকাননি। লাও সোমদ' মহাজোন অঙাংসিদা কদাইদা পেক্কুনা লৌবিহৌবনি। লাও সে'মদা ঐ তৌগে।

ফি খল্লিঙৈ যেংমিন্নবিঙৈদা ৱাবী খবা শাকই, শাবা নত্তে তাবনি, মানা ঙাংবা তাবনি। মখূৎতি ঙাইহাকসু লেপ্লি; মচীনদি লেপখিদে। ঐনা ঙাংবসু মা ঙাংনা-ঙাংনা অদুম মতাবদৌনা তৌই। মবক্তা কবিনো নঙনা হিন্দী শব্দোকপগী থবক তোকইবদি হায়না হংলুবদা মানা ঐঙোন্দা শাউজিল্লকপসি-

— কবি! কবিগী তোক্লোই! দিল্লীদগী হৈথবকপা শিবীদু সবকাব খোয মখোয মান্নবগা পূল্লপ পূল্লপ কোৎপা! চাদ-থক্তনা চেন-চোংলিবা ঐখোয়দনা হৈক্রু মনাদু মপূমককা নত্তে মসুঙ মবী থোক্লা শেগাযবগা মদুদা য়োম্মগা পীবা, অদুসু থা তবা-তবা কুন-কুন লৈবগা। হিন্দী সংগ বন্দ ঙাংবা ফাওবা ঙাংঙনু হায়না কন্না প্রচাব তৌববনি। সে নঙগী কোত তুকবো। সুত শেৎলুবনু কোন্ননবা ফি লৈত্রে; খবা লৈববদি লাক্কনি মদুদা খোঙ্গ্রাও তুবো ঐ থিল্লক্কে হেক লাকপগা।

— এ কবিনোনে হাযবিদুবো ঐগ্যাবী, সুতপু ইনস্তোলমেন্তা তৃবা যাব্রনে।

— নঙ খঙপোৎ নত্তে মচু মান্নবগা লোইবে ঐগী খূৎফা শিবী লৈ মঙোন্দা তৃহনগে। সে পুম্লো ফিসি, মহাজোনদা পৈশাদি ঐঙোন্দা পীবন্মে হায়যু; মা মৈতৈবোন খঙদবনি মৈতৈবোনদা অদুম হাযবন্মু; ঐ তৌগে।

ঐ ভাব-মেন অমা ইতা তাদনা থোক্লকখি। চহী অদুদা সুত অদুম তৃখিদ্রে। মাগসু উন্নখিদ্রে। ফন্না কুইনা উন্নকদ্রবা মতুংদা ওফিসকী থবক অমগী মোবে চৎপা মতাংদা কৈথেল মচা অমদা থেংনখি। যুমদা হল্লমদাই অঙাং নুবীগী পোৎ খবা লৈব্রবগা থোকলকপদা হোৎচিল্লক্লগা কৌবৈ-

— হাই ওফিসাববী, ঐখোয় স্বায়দা বৈদৌবিবা? লাউ চা-নুং থকলুখিসি।

— নঙদি কৈদৌবন্মিবা?

— কুইবেনা ঐদি মোবে লল্লোল্লিবা। পোৎ খবা তীক্লম্বনি। ফবে হৈ ভৈযাবী নঙগী সবকাবগী গাবী মচাসিদা পোৎ খবা পুখিবা তাবে। লাও অহাও অহাওবা পোৎ চাকখিসি অদুগা ঐগী যুমদা থৌজিল্লগা পোৎ মচা-মচা খবদং হাপকে। নঙবু হৌজিক চৎলদবা নত্রো, তান ফন্না চাবে। লাও-।

মানা পোৎ মচা-মচা খবনি হাযখিবদু হৈনশিংনা সুজিন্দুনা হাপ্লবা ফাওবদা চনগদবা মান্দে। ঐগী দ্রাইভব অহল অদুদি পৈথোক্লুনা যাবক্তা ঙংবা হৌবকখিবনি। মদু হাইবপ খঙখিবদা ঐগ্যা মচানা কৌথোকখ্রগা মখূৎ-ও মশাও-ও তৌদুনা কবি কবিনো হাযকব্বগী মতুংদগীদি অহল অদুসু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদনা, মানদুম হেন্না থব্বায য়াওশিননা পোৎ মযামদু চন্নবা শীনখ্রে। থাঙ্গৎপগা ঈনশিনবগা পুনবগা নপ্পগা পোৎযাম অদুনা গাডী মচাদু মমাযগী মচেৎ খবদমক উবদৌনা তৌবে। ঙক্লদুনা হাযকব্বনি-।

মালঙ চনু

— ঐগ্যমচা নঙগীসিবু, ঐবু, সবকাবগী গাড়ীসিবু-?

— কৈসু তৌবোইহৈ, নুপী হেক মাল্লদনা! তা-দ্রাইভবদা লোইনা শিন্নববনি। নঙবু নয়ুমদা থাধবম্মগা ঐগী য়ুমদা মানা থিল্লনি। য়াম্বা পোৎসু নত্তবা। থামখায়মুক্কী মমাঙদা নেতা তোম্মৈগী মখোয়গী দলগী গাড়ীনা পুখিবদুদি নঙগীসুম্বা অহুমলোম ওইনি।

— তোম্মৈদি কৈদৌবা লাক্লম্মিবা?

— ঐগী পোৎ পুবিনবা লাই ইবুংঙোনা শীল্লকপনিনে। নঙসু লাক্লিসিনিনে। নঙগী ওফিসকী থবক্তুদি কচ্চানিনে। ফবে চৎস্রো থেঙস্রনি। হাই ঙাইখো ব্রা হায়গে।

— কবি অমুক তৌদৌবে?

— করি তৌবা নত্তে, সে নঙগী দ্রাইভব নাত্রংসে, মঙোন্দা মাগী থা অ৽ীবোমগী তলব ফনীংচিৎ য়াই থাস্রবনি; মঙোন্দা ব্রা ঙাংবিক্কবা যাদে ভাব তাববা?

— তাজবে গুরুজী সনামহী অপোইববু!

— ইয়া মহাবামোন ঐঙোন্দা মচোম্পাক অসে! শাপ চাগেবা নঙ। নহোযগী লোযশঙদু উৎ ওলহল্লুবা! চৎলো নযুমলোমগী নত্তবা মীযুমলোমগী নঙগী হবেদুনা খৌবাংনা ঙাইবম্মনি।

— মসিগী বামোনসি লাইমা ঙাংই। ঙাইখো ব্রা হংগে নঙনা মী দুকান্দা হেদ সেলসমেন ওইবম্বদু থাদোকখ্রদি কৈদৌবে?

— মহা চন্দাল মহাজোন মপা মচাদো! মখোযগী হিসাব চেন্নজবগা ঐঙোন্দা তাইনগে তৌবিবা। মপাদু ঐনা নাখাঙদা কিননা হকপনি নুমীৎ হুম্নি নাহী লেপ্তবনি। খিত্তা ঙাযবে মখোযগী দুকানদু উৎ ওনখিদৌবা।

— শাপ তৌখ্রবো?

— মমল য়ামখ্রবা শিবীবু মখোয়গুম্বা শিবীদা পাক তৌগদ্রো!

মানা অদুম চুমহৌবে। ফনা ঙন্না খোঙশাল্লকপনি, লম্বেনদা মচিং-মচিং খাম্বনা যুম যৌবদা ওখাক থেঙলে। যুমদা ঐবু অদুগা ঐগী গাডী অদুবু ফনা কুইনা ঙক্লা যেংনখি। তাদ দ্রাইভব অদুগা ৱাবী ফনা কুইনা শাকুববা মতুংদা মমানা ইচানুপী য়াইমদা হায়খিবা তাহৌই-নপা অসি পেনশন মতুংদা তৌগদবা থবক ঊবাইবা হৌবে। মচানুপীনা খুমখি-ঐখোয় বাবা মী ওইবনি মোবে য়ৌবে। চহী খবগী মতুংদা ইচানুপী অসিমক্লা পাউ তম্মে-

— বাবা ঙসাইদি মোবে পাবুঙগা উসোব মফমদা মী খৎনদনা ৱা থোক্লখ্রে।

— কনানো মোবে পাবুঙ হায়দি?

— নহানৱাই বাবানা মোবেদগী পোৎ গাড়ী পিক থন্না পুবকখিবা-।

— ও, ঐগ্যা মচাদো; অদু কৈদৌববা?

— পাবুঙদুনা চাক থোংবা জাৎনি। মযাম চাবা লোইবগা কোন্না অথেংবা কাঙবু ঐখোয খবা চাবদুগী চাক য়েনবা খোৎপা ঙম্মবোই অতৈ নেকলুবো হায হাযব্র কৈনো তৌনদনা, যুম্বু পাবুঙগী মযাম্বদুনা খবগা ফিংবগা ওনশিন্নদুনা লাউনদনা, ফূনগে তৌনবক্কনা ঐখোয খবদি চাক চাবক্রে অদুম চেল্লক্রে।

— মাবু বুজাবী ওইবব্রনে?

— ওইবমাল্লে। মীনদি যাম্না হৈ হাযনৈ।

— থেং-থাকপা যাম্না হৈবনি। শা ঙা থোংবা ফজনা হৈবনি।

— হৈবুদি হৈবা, অদ-!

ইচানুপীদা ফাওবিবা 'অদ' অদু ঐঙোন্দদি কুইববনি ফাওবক্লিবা-স্কুলদা তম্মিন্নবিঙৈগী অদুদগীনি। তিন্নবিবা মব্দপশিংদসু ফাওবনি। 'অদ' মযাম অমা নমহৎপা ঙম্বা মাগী লোনচৎ অমসু অদুম মবৈ। লীচৎকী মীৎত্রংগুম্বা অমা ওইবা তাই।

চহী খবগী মতুংদা নোংমা পেনশনগী শেনফম লৌকৃবগা কৈথেন পোৎলক শমদুনা কবি অনৌ অপেন থোকপগে মযেংগে তৌবিঙৈদা নক্লপ্না কৌবকপা তাখি-হৈ শীংজমৈ মচা বন্ধুবী' য়েংথোকখিবদা ঐগ্যামচা ওইবন্মী। চন্দোন-চন্না পূমলং লংলদনা লন্নাইদা শিখা চাউনা খাক্লদনা তহা-তহা চঙশিল্লকপদুদা নুংশাবু থীকবে। হাযকই-

— হাই কৈনো বোন্ধুবী নঙদি নখোনকাদু বো-বো লাউবদৌনা তৌবদনা, কৃষ্ণগী মধৌদৌনা; বেশ উল্লেনা'

— নঙসু ঙাংবদি হল্লমদ্রিদনা। তৌ-তৌ। কান্নদে ভায় অতৈ থবক ময়াম লোইনা থাদোক্লে। অশেংবা বামোনদ-বামোন ওইবে; লাইবিক তৌবা কোযচৎ চৎলে। অসি উববা সে অঙাংবা ফীশেংনা শেংনা যোম্মিবসি নহান-নহানবাই নঙোন্দগী লৌবা 'গীতগোবিন্দম,' হাযবা শিবীদুনি। তোনু এম, এল, এ, গীদা তৌকদৌবিবনি। অস বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী যাম্না তিনখ্রবা জাৎনি।-

— মানববু য়াম্না মাল্লেনে ঐগ্যামচা ফববনিনে। অদুম তৌবো ফজবে।

— নঙ মঙাইবেহৈ শিবী ঐবু থৌগৎলিবা। নোংমা বোবিবকপা শাল ফজবা অমা পীগে। চৎলগে কোন্না ফজনা উন্নবসি। শিবীসি অা যৌখ্রে, যাম্না সিবিযস ওইজখ্রবা এম, এল, এনি মতম চপ চাবগী নেতানি। চৎখ্রগে। বোন্ধুবী, নহোয গোবিন্দ চৎপা পার্তিদু হনুথংদা জাৎ-জাৎ তাবিকো।

— কবি তাবিবা?

— আর্তিদা নৈ কৎপী মালীনী মবক্তা লেপ্লি; হল্লকপদসু নহা শিবীশিংগা হনমিন্নবকই হাযনৈকো।

— কনানা হাযবিবা রানোনে বামোন নঙবো?

— তৌজনুকো নচা নশূ-শাম্ু শামুমুক চাউবা লৈনববনিকো, গোবিন্দ পার্তি বন্দ তৌজখিবনি।

— কনানা কাপশিল্লকইবা ব্রহ্মাস্ত্রনোনে?

— নঙগী থানা শিবীনা তম্বনিনে

— বেনুধোবনা?

— হোয়নে! ইহে কোন্না ফম্মসি ঐ যৌথ্রগে, শিবীগী-!

চেনচৎ অদুম চৎখ্রে। খজিক্তুং চৎখ্রগা থোক ওনশিল্লক্তুনা নোকফেৎ তৌবগা মিৎচী খৎলম্মী। কৈথেল মীযাম মবক অদুদা মথন্নতমক মবাঙ কায়না হিংবদৌনা চাউকান চাউকান চৎখি। খলহৌই-কদোম থোক্লগবা বামোন অহল অসিবো!

কুননীমুক লৈবগা, নোংমা বেনুধবদু মখ্বাং ইকোন কোল্লদনা, চৈসু পাযদবা মখূৎতা লাইবিক অমা পাযবদনা ঐগীদা লাকখি। কৌশিল্লুই, ফমহল্লগা হংলুই-

— কদোমদগীনো বৈষ্ণব?

— নঙগীদা লাক্লিবনিনে নঙগী লাইবিক গীতগোবিন্দ থিনবা। ঙবাংদু নঙগী ঐগ্যামচা কৃষ্ণদগী চিথি ফংবা। নঙগী লাইবিক অসি মানা চৎলমদাইদা নঙোন্দা খবা পীবিযু হায়দনা শিন্নরম্বা। অদুগীসু ওইনা লাকপা।

— মাদি কদায়দা চৎখিবা?

— য়াম্না কন্না ভাব তাদে; আগোব লল্লোনগনি হায়ব্রা চাচন্দোন যাল্লুনি হাযব্রা ববমাবোমদা হাইজিল্লনি হায়বম্মী।

— মদোমদা অমুক তৌবব্রা। মাগী লাইবিক তৌবা পুজা-নুংজা তৌবগী থবক্তু তোকথোকখ্রবা?

— থাদোকখিবা ফনা কুইবে। হাইজিনখ্রে গলাবন্দ অমুবা অমগা অনোক অমুবা অমগা।

— মাগী কুচুদুগা?

— লাইবিক তৌবা তোকথোকখিদু কবিগীনো খঙব্রা? খঙনীংব্রা?

— অচাবা মবম অমা লৈবমগনি। মাগীদি চপ-চপ চাবী মবম অমমম লৈবনি। কবি মবমগীনি হাযবম্মী নঙোন্দদি?

— নহান-নহান নোংমা এম, এল, এ, তোনুগীদা মানা গীতগোবিন্দ তৌবি তাকুগে হাযদনা তাবা চৎলুবনি।

হাযবম্মগা বেনুধব কয়া কন্না নোকথোবক্লে। খংবু খংগে তৌই। ঐনা হংবা থোইনা তাবা তৌদনা মানা পুবক্লিবা ঐগী লাইবিক্ত চেনা মথং-মথং ফাক্লুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈ। মচাশিং মশূশিং লোইনা চথোক্লখিবা মতাং অমা থোকপদগী চা পুথোবকপগী ঐখোযগী মমা অদুদা-ইবেম্মা নঙসু ফমখো ইবুঙ কবিনো অমা তমগে নঙগী ঐগ্যা মচাগী মহা কর্ম অমা হাযবকখি।

— কবি লৈবে তাদা?

— তাদ তাখোনে। সে সে সিনিসে, মানা ফজনা মযেক শেংনা খোম্লোক চুম্না খোল্লে চুম্না মমীংতা মপি শিন্থদুনা থিবকপা শ্লোক-

স্মবগবলখণ্ডনং মম শিবসি মণ্ডনং,

ধেহি পদপল্লবমুদাবম্।

(নঙগী নীংথিববা নখোঙ উনা অনৌবদু কামগী হু কোক্লনবা ঐগী ইকোক্তা থম্বিযু।)

— কবি হাযবিনো তাদ অদুদি?

— তাখোনে হাযবকখিগেনে। ফজনা ঈশৈ শকপদৌনা থিবিবনিনে। মাঙদা ফম্না বৈষ্ণব খবদি কপ্লবিবনিনে। অদুদগী ঐগ্যা মচানা অর্থ তৌবকপনি, মপি শিন্থ-শিন্থনা তৌবকপা অর্থনি। কবি হাযনা তৌবকপগে হায়ববু-হাযজবা নোনজবতনা মথৌ ওইববা শ্রীকৃষ্ণনা হাযবকই-হে বাধে' ইবেম্মা বাধে নঙগী ফজববা নখোঙ শিবীদুনা হু কোক্লনবা ঐগী শিবীসিদা থম্বিযু হাপ্লিযু মদুনা ঐগী কোক অসিগী শিবীনি, ঐদি শিবীগী কামগী মৈচাক্লা শিবী ওইনা...।

ঐখোয়গী মখোয মবোক্তু কয়া হৌনা নোক্লক্লে। অমুকসু খংগে তৌই। লাইবিক থোক খুমজিল্লগা বৈষ্ণব বেনুধবনা ঈংনা মখা চত্থবকখি-

— এম, এল, এ গী মখুবা, তাধল কৃপাদুসু ফিংইনে, ওখাক ফিংই।

— অদু ঐগ্যামচাগী শিখাগাদু ইতৎ তৎখিববা?

— ইবেম্মা অদুমক্তি য়ৌদমাল্লে। ঐসু অচিনবা অমা লৈবা শাবদনা অদুম থোবক্লে। নোং নিনী লৈবগা উন্নবদদি ঐগ্যা মচাগী অশাংবা শিখাদু য়াওবমদ্রে। মানা কোনচপ কাতিগুম্বনা চপথৎলমগদৌগুম্বা কবিগুম্বা মানগুমসু তৌই।

— অদু তাদা হৌজিকপু ঐগ্যামচা শিবীদুবু কবি তৌবিবগে?

"অদুদি শিবীদা হংগদবনিনহৈ।" ঐনা পীখিবা পাউখুমনি।

ইম্ফাল

২০০৫

# শান্নপোৎ নোংমৈ

শজিবু লোইশিল্লকপগী ওমচাক্লববা নুংশা মবক অদুদা কৈথেল অচৌবগী চিদাই ওইবপ্না মনা-মশীং যোল্লিবী অঈংবীনা হেক থংননা ফম্মিন্নবিবী মন্দোল অদুনা ফৈজাদা মোন খাঙলগা নাখোক্লুনা তৃম্বদু উবগা হাকাম চল্লিবা অনী অহুম্লক সুবম্বা যাবে। অযোনবা ঙাক্তগী কৈথেল ওইনা তৌবা মতাংনি। হাকাম মহৈ-মহৈ চন্নবকপী মওংগী হাযকুগদি হ্কামগী কৈথেল কৌফম থোকপসু মানবা মতাংনি। ফৈজাগুম্বদা মোন খাঙবসু নহা ওইবিবানিনা হঙ্গৈইবপ তৌবনিনা থম্মা ফম্না উইবি উইবি তৌবিঙৈ অদুনা মনেম চাউবীবৈনা নক্না কৌবকপা তাবকই-

— নুপী মচা।

— হৈমা ইমা, কদাইদনো?

— ননাক্তা লাক্লিবনিনে যুমদগী। নিংথেম হল্লকহৌবে, চাক পীজবম্মে। মাগী কাকাচৌনা নম্বব যাম্না ফংলবদি কৈনো অমা লৈবিনি হাযমাল্লে, অপাম্বা অমা লৈবো হাযদনা লুপা চামযাংবা পীবকই হায। নোংমৈ অনৌবা অমা লৈযু হাযদনা ইশু ইবেন চৎতুনা যেংলুবে। মানা পাম্বদুদি চনীগা মবীফু পী হাযবেনে। মিল মপু ইবেল্লেনা ঙবাং যাংকোক লৈবিকুবগী লুপা যাঙ্খে অবেম্বদু পীবকপগী লৈবা। মাগী নোংমৈদুনা চনী হুমফুদা লৌবো হাযহৌবা। নঙোন্দগী লুপা যাঙ্খেদং পীবকউ, চনী যাঙ্খেদা যানবা ঙাংনকুগে। ইশূ অমত্তুং তবক তবক লৈজবসি, নুংঙাইত্রে মবৈবিবসি।

— কৈ কান্নদগে ইমা শান্নপোৎতা অদুক যাম্না নমশিল্লুদনা। ঐ হোবেল থেমগে। যাদ্রগসু খবা হোঙবা কুন-কুনগ্রাকা পীবা অমা লৈবগা লোইবে। চনী যাংখৈ যাম্মল্লি।

— যাম্মঙ্গনু, মী অঙাং অসিনা হায়জবিক্লবসি কুইজববনি। নুংঙাইত্রে; লৈবগে কদায় য়াংখৈ লাম্লোবকউ। মবম ওক্লা য়ুম শঙহৌবিবা ইশূনি। নোংমৈ পুশিন্দুনা চঙখিদবা য়াবোই। কদায়। হযেংদগী চেঙ বোবা অমমম হেন্না খপ্পগা নঙগীদু অমুক শিংজিল্লবসু শিংজিনবিগে ইমা।

পীনীং পীনীংনা পীগদবসু লৈববদা লাম্লোক্তবা সুকযামক য়াদবগী মনেমগী ব্রাঙাং তাবদা অঙৈংবী থবক্তা চেৎনা যেপ্লিবা শাংলপ তৌবা বেগ মচাদু তাপ শক্তোক্লগা যাংখৈ চপ্পী অনীখক খল্লগা শৎলি, লানথোকই, হাযকই-নশূ-নবেননা চানীংবা ঙা অতেকপা অমা থোংবিবম্মো, ঐ খজিক্তং থেঙলক্কনি। চেঙদূ হেন্না খপ্পনু, ব্রাবনি।

— হাই যাম্মন্দ্রনে নুপীমচা!

— নশূ নুপাদু ঙা পীজদবসু কুইবে।

— হোযদহৈ চাথোকসি, ইশূ অসি ঙাবী-ঙাতাই খবা পীজ থুম যাকপী খবা পীজ চীলহাওসু থিজদে, মবুক থন্নবা পঙচাদ মচায। কবি ঙা লৈযু হাযনো?

— ঐগীদি ইযা যাই, ইমানা যদৌবা অমা হেক লৈখ্রো।

— হোয, হোয। ঙাককা লাযবি ইশূগী নোংমৈসিনি হান্না লৈদৌবিবা। শেল লুপা চনী যাংখৈ পীদৌবিবনি। লৈথোক্কে ইশূ অসিনা'সুক পামজববদবু। ফবে নুপীমচা পঙথেঙ থেঙলক্কনু। নুমীৎ তাবক্কদৌবিবো?

— তাবকপসু যাই। মশাগী ইংখোলদগী মনা-মশীং পুবক্কদবা পাঙন নুপী অমনী ঙাইবক্কদবনিদা। ঙাইদ্রবসু যাবা জাৎনি খবা হোঙনা ফংই হাযবগী ব্রানি।

মালঙ চনু

— হোয় হোয়। থেঙদি পঙথেঙ থেঙঙক্কনু। কান অসি কান্দা অমনি। চৎলে ইশূগী নোংমৈ লৈকখিগে।

মশূনুপা নিংথেমদু থোঙ্গানদা মবোক ঙাইদুনা লৈবম্মী। লৈবক মচীনদা মবোক লাকপা উবদা পাইদুনা চেম্বোবক্লগা নোংমৈদু তাপ লাকপোই-মুনবোই লৌবগা মমাঙলোমগী মমান্নবা নোংপোক লাকপগীদা চেনখি। মশূনা হবাওবদু উবদা মবেন চাউবীবৈদু মখূৎ নাম্মদা পায়বিবা পোবোমদু তাখিবা খঙহৌদে। নুমিদাংব্রাই তাল্লক ওইবনা মমান্নবশিং প্রাইবেৎ ত্র্যাশন চৎনখিবনা মথন্নতা শান্নে। শিৎ শিৎ নাল্লি; পান্দম তম্মী; মমীৎ নাম উইশিল্লগা পোলাংখোক্তা য়েংই; মৈ অঙাংবদু পিৎ কাপ্লি; নোংমৈনা বি-বা বি-বা খোংই, মুন্না য়েংলগা তেংখল তাপ চিংই; মক্ক মচা ফৎ কাপথোবকই; মমানা ফৌবম্বা ফি মতেক্কুনা পাল্লি। অকোয়বদা ৈা লৈদুনা মথং মথং কাপ্লি। কাপ্পা খূদিংগী ঙসাই ফাওবদা উকক অমনা নোংমৈ শাবগা কাপ্পগী, মচীননা 'থেৎ' হায়বা মখোলদু হৈনখিবদগী অদুম হাযবা তায়। মমৈদা মথন্নতা ভাব তাবক্কুনা হাযজে-হাই, চীননা হাযদ্রসু যাবে। অমুক মথং-মথং কাপ্লি, কাপখৎলি কাপথৈ। কাপ্পা খূদিংগী নোংমৈ মশাগী মখোল থোকই-শেৎ-শেৎ শেৎ' অমুক মুন্না যেংই। অমুক্কসু নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌজৈ মথন্নতা। হোবেল ঙাইহাক লৈবগা নোংপোক লাকপদা উৎলুদৌবিবনি মাগীদি পায়গে য়াদে, পায়হল্লবসু কাপকে য়াদে; কাপ্পবসু মমানা-এ, এ, তেক্কনি তেক্কনি হায়দনা মুন্দে হায়বদা খাকই। অদুগী মথব্রায় নুংঙাইত্রি। মাগীদি তেল্লি ঐগীনা শাংবসু হেল্লি কনবসু হেল্লি; মাগীদু কুইনা পায়হল্লবদি ঐগীসু কুইনা পাযহনগে কাপসু কপহনগে-অসি খন্দুনা শীংদুনা লৈবি। ত্র্যাশন হন্নবকপা কন্না ঙাইবি।

চাউবীবৈনা নোংমৈ অশাংবা অমা পাযদুনা ওতোদগী কুমথবকপদু মমাঙলৈকাইগী লিম্বোইনা হোবেল নুংদাং তৌগদবা মীফম অমগী চা

মনাগা চিনিগা লৈবিঙৈদা নক্কপ্লা উই। মিহুল কাংলপ তৌই। মযুম চঙদে মমাঙ লৈকাই মৈবা পাযবীগী প্রসিদেন্ত, মন্দোল মনিশংগীদা চুমদ্রিং চঙলকই।

পঙচাউ চাউদবা লৈকাই-'সনা লৈকাই' অসিদা মৈবা পায়বীগী লূপ অনী লৈ-মমাঙ কোল্লুপ মৈবা পাযবী; মনীং কোল্লুপ মৈবা পায়বী। মতম খবগী মমাঙদা অমত্তমক লৈবম্মী-সনা লৈকাই মৈবা পাযবী। লৈকাইদা ময়াই কাবা থিংবদগীনা লৈবাক্কী মীফা-মীপুনগী থৌদোক ৱাথোক পূম্নমক্তা অপা-অপাননা মাযবোঙ য়াদুনা থবক চত্থবম্মী। লৈকাইগী নুপী খূদিংমক মেম্বব ওইবম্মী। এলেক্ত্রিক য়ুম্বী খীংলকপবু তাববদি যামদ্রবদা যূমথোঙ অমদগী নুপী অমদি মৈবা পাযদুনা খূদক্তা থোকলকখি। চাক চাবিঙৈ ফাওবদা মখূৎ হাম্বা নংনদে, ঙাবিবা মৈনমদু তাপ পাযদুনা চেম্থোক্লুবম্মী। অনীবক সুনা খীংফাত্রিঙৈদা মৈবাশিংগী মঙালনা পূমঙান ঙাল্লম্মী। নুপাশিংসু ঈংনা লৈথোকপা নত্তে, হুক হাযবদা পাইথোক্কদবগী শেম শাদুনা লৈনবা ঙাক্তনি। সনা লৈকাইগী মৈবা মাযকৈ অসোমদা, তমজনফমগী চপ চাবা থাক্তা লৈবম্মী। সবকাবদা বেকোর্দ ফজ ফজবা লৈ। লৈবাক্কসু ঈকায খুম্নবম্বনি।

অদুবু, হৌজিক অসি, থা খবগী মমাঙদগী, লূপ অনী থোকখ্রে ঈংনা তপ্লা অমত্তা ওইবিঙৈগী তাল্লক অমদা, পূন্না ঈংনা ফম্মিন্নবদগী অমনা থাশি থাশিদা ওৎপা মরূপ অমা তৌসি হাযনা কন্না হৌদোবকপদগী মযাম অমত্তা ওইনা হবাওনা যানদুনা মীকোক্তা লুপা তবা খাযবীগী অযাংবা মরূপ অমা হৌখি। তবা যাংমল্লি হাযনবদগী কুনদা ওনখৎখি; ওৎপসু থাশিদা অমুক অদুগা থানিলদা অমুক অনীবক ওৎনবকখি। থা খবা ঈংনা চত্থবম্বনা খায হায খায়দে হায, খাযদনা ওৎপা যাওই যাওদে তৌনবকপদগী মমাঙগী অমগা মনীংগী অনীগা ওনশিন্নদুনা লাউনবকপদগী মীচঙগী নাকপাঙ হেক তানবক্কুনা মবাঙ-মবাঙ তৌনখি। পীক্লম্বদগী চাউথোবক্কুনা মাযকৈগী অমদি লৈকাইগী

ক্লবনা শীনদুনা লৈকাই তিনদুনা অনীবক অহুম্লক ব্রাযেনখি। ক্লবনা খবা থেম অহল্লমননা খবা চৈ তৌনদুনা ঈংবদি ঈংথনহনখি। অদুবু মৈবাগী লূপতি অনী থোকখ্রে-মমাঙ কোল্লুপ, মনীং কোল্লুপ। মনীং কোল্লুপ মৈবা পাযবগী সেক্রেতবীনি অঈংবী; মমাঙ কোল্লুপকীনা লিম্থোই চনু।

মমাঙ কোল্লুপকী সেক্রেটবী লিম্থোইনা প্রসিদেন্ত মন্দোল মনিশংদা হাযবৈ-

— ইন্দোল, হোবেল নুংদাং মিতিং লৈকো, কাউনিকো?

— কাউদে কাউদে। চাক ঈশিংগা লোইনবগা পুং নিপানগী অদুদা নত্রনে। ঙসি নোং নিনিসি হকচাংসি কযা নুংঙাইতে, অদু লাক্কে; ইন্দোল লাক্কনি, লৈকাইগী লৈবাক্কী থবকতা ঐ যাওদবা তৌবোই। কবিনো খন্নগদৌবিবদি?

— অকংবা ব্রাফম নত্তেদা, সবকাবনা পিবকপা শেনফমদো মযাম্না লেপ্পবা থৌবমদা শীজিন্নখ্রগা খবা লেম্বা, অবেম্বসি কবি তৌসিগে, বেঙ্কতা অমুক থমজিনসিবা হাযনা চুম্না সুম লেপ্পসি হাযবগী মতাংগীনি।

— লেম্মবদি ফবে নঙোন্দা অদুম থম্মো কৈনো।

— মখোয মনীং কোল্লুপকীদি নহান চাক চান্নথোকখ্রে হায।

— মখোযগী চাকতু ঐসু যাওকই। ঐঙোন্দা হাযবদি যেন মচীঙ্গাক যোনবা পাকানা যু ঙাওদুনা হল্লকপদা ফাইন ওইনা পীবম্বা অদুদা মেম্নবশিংনা খবা খবা চেনখৎনবগা চান্নবনি হায। নহোযদি যাওবা উদে। হাযদ্রো?

— ঐঙোন্দকাদি হাযবিবা পোৎ নত্তে; ইচানুপা যাইমা অপিকপদুদা হাযদ যাদে মতাগুম হাযবম্বা জাৎনি। যাওক্কদে ঐদি।

— ঐ-পা হাযবম্মদি যাওবা মযাবনি।

— থবকসু যাম্না চিনখিবা।

— হো থবক চিনবগীনা চিনবনি।

— ফবে ইন্দোল অদুনা অদুনি, ঙসিগীসিদা ঐখোযনা তৌহৌবসি হাযনা খন্নবা অমা লৈবে অদুগীনি ঐনা চা-চিনি লৈকুবগা হাইজিল্লকইসে।

— কবিনিনা?

— শান্নপোৎ মযামদো হোবেনদু মৈ থাদোকহৌবসে।

— শান্নপোৎ হাযদি?

— তে-বা চাগী পলাস্তিকী উগী নোংমৈ তেন-গ্রেনেৎ বোমগুম্বা মযাম ঐখোয মযামনা খবা খোন্নবদো, মীগী লৈকাইগীদি থাদোক্লখ্রে, ঐখোযগীদি থাদোক্ত্রি, হোবেল মিতিং লোইবগী অদুদা থাদোক্লসি, মখোয খববগী তি,ভি,গী মীশিংদসু পাউ পীখ্রগে।

— ফবেনে, থাদোক্লদবনিনে। অশেংবা নোংমৈদংগা লোইনা থাদোকপা ফববনিনে।

রোযম অসিমখ রাষ্ট্রে খবা খবা খেন্না প্রসিদেন্ত মনিশংনা মিতিং অনী অহুমদা হাযখ্রবনি। নোংমৈ ফোংনা কাপ্পবগী লোননা অমদি লুম্মগা কাপ্পবগী, বোম পোকখাযবগী লংশিন্নবগী, ফুম্নবগী থৌদোক রাথোক মযামগী মমি লৈবাক মীযামগী পুক্সিদা অপা অপাননা তাবা অসি কুইবক্লে। রাবী-রাতাইদা, কুক্ষেশিংদা মযেক শেংনা ফোঙদোক্লদুনা নোংমৈ-যাৎকী লোনচৎ অসি যত্তে চুমদে হাযনা অযৌবীদা উৎনবকপা মতম অমা লৈখি, লৈবি, লৈবসু যাবি। মতৌ তমদুনা শান্নবদা মথৌ ওইবিবা অঙাং-মপৃঙ ওইনা নুপামচাশিংদা মসিগী ঈথক-ইনিল ঈরায লৈ। শান্নপোৎকী দুকানশিংদা মখল-মওং কযাগী নোংমৈ পৈবি। অথুম-অহাও শাবা কাঙবু ফাওবা কাপথোক্লগা চাবা যাবগী মওংদা পোৎলম পৃথোক্লবক্লি। লাই যেক্লুনা শান্নবা মতাং ফাওবদা নোংমৈ মখল-মখল যেকপদা নুংঙাইজবা অঙাংগী মশীং যামখৎলকপগুম তৌবি।

নোংমৈ শান্নহল্লগুমসি-অহল্লমনগী লূপ খবগী অফোংবা লাইখাযনি। লৈবাক অমদি মীযামগী যাইফনবা তৌবা লূপশিং য়াই। মৈবা পায়বীশিং যানৈ। যানবতা নত্তে মিতিং মচা অচৌবা ময়াম মথং মথং তৌদুনা দুকানশিংদা য়াবিবমখৈ নোংমৈ থেন্দুনা থমদনবা হায়বা হৌই। ফোংনা যাদবা ইযাও যাওনদে। লৈকাইগী অঙাংশিংনা পায়বা নোংমৈ মখৈ খোমগৎলগা মাঙহনবা হৌই। খোমগৎলগা বোবাদা নমশিন্দুনা ফত্ত-হৌদি হৈদোকফমদা লংশেক্লকবসু য়াওনৈ। সনা লৈকাই অসিগীদি খোমগৎলবা নোংমৈশিং লাইবেন্থী লম্পাক্তা মৈ থাদোকসি হাযনা লেপ্লখিবা লৈ।

অঈংবীনা মনেম অহল অদুনা চাকখুমদা ফাক্লি-ফাক্লি তৌবদু নুংঙাইতদুনা লাই ধুপ কৎলম্মগা চঙলগে হাযদুনা চুবিদা মখোঙ-মখূৎ হাল্লিনৈদা মচানুপা নিংথেম অদু থোঙ্গাল্লোমদগী পাইদুনা চেনশিল্লকই। ইমুংদা চেনশিনখি। নোংমৈ অদু পাযখিবা উই। 'তপ্পা লাকপা য়াদ্রনে নিংথেম, তুববনিনে? লাইমা চেল্লি মসিগী নুপা অসি!'-শোল্লুই মচীনদা।

মী লাকপগী মওং তাবদা অঈংবীনা মমায় মমীৎ তৈথোক-তৈথোক্লা যেংথোক্লুই। মনিশংগা মৌ নহা অমগা চমখৎত্রিবা মৈনম অমমম পাযদুনা চঙলকপা উই।

— হৈমা, ইন্দোল, কদোমদৈনো?

— নহোয়দা লাকইবনিনে, ননেম লৈত্রো?

— লৈ চাক মৈ থাগৎলি; কবি হায়গে?

— কবি হায়বাইবু নঙসু থোবকউ, মৈবা পায়বী লূপ অনী থোকপসি নুংঙাইতে, ফজদে; পূনশিলহৌবসি। ননেমনা প্রসিদেন্ত ওইবা তাবে; খন্নববনি। অদগী অমনা নহোয়সু খঙঙবিনি শান্নপোৎ নোংমৈ মযাম মৈ থাদোক্লনি ঙসি, হৌজিক, মিতিং হেক

লোইবগা। চাক-ঈশিং চাবগা থোবকউ। অদগী নচানুপা, ইশূনা নোংমৈ অমা পাযবি, অদু পাযখ্রগে। হোবেল নঙনা থোবকপদা পাযথোবক্কেবা?

— অদুমাইনা তৌবসি, ঐ পাযথোবক্লগে।

— ফজনা থেম্মগা হাযনৌ। ঐখোযনা লৌগে তৌববু পাইদুনা চেনশিনখিবনি। অহনবা ওইবমাল্লেনে।

— অং ঙসিদা মবোক্না লৈবকপনি।

— ইহে। নুংঙাইত্রেদা। অদুবু অঈংবী থেম্মু, য়াদ্রগা মুন্দুনা পুবকউ। নঙগী ইমুংসু দোশা নংলবনি।

— ইন্দোল ঐ খঙজবে, ঐ থোকচবক্কে।

— ননেমদু ঐ উন্নবম্মবোই, নঙ হাযবো; থোবকতবা যাদে হায়গদবা। ঐখোয় মহোয়গী অঙাং মচাগী ইসকুল অসিদা চঙলুখিগে, মখোয়দা খবা লৈ হায খোমগংলুখিগে।

নুপী অনীদুনা হেক থোকখিবগা থোঙনাওদা যেংলম্বা নিংথেমনা নোংমৈ শীংদুনা থোবক্লগা হাযবকপনি-হনুবী অনীদু কাপথৎকে। মহোয়না মুনগে তৌবিবা। থেৎ-থেৎ-থেৎ খপ্পদা মহোয় চাইদৌনি।

— অস লোল অদুদি হৈ! লাউ ইমা ব্রা হায়গে চঙঙো।

নিংথেম চঙদে। অমম্বা মবক্তা নুপী অনীদু কাপথেক্কদবগী কন্না লুমহৌবি। মনেমগী মহূৎ শিনগদবগী চাকখুম চঙবদা মথন্নতা শোনখি-ঙসিমক হেক থাদ্রবসু ময়াবনি। খবা হৌখ্রমাল্লে মনেমনা হংলকখি-

— কবিবো নুপীমচা?

— হ! কৈসু নত্তো!

'অঙাং নোংমৈ শান্নহল্লগুমসি'-মায়কৈগী মিতিং অমদা হৌদোক্লদুনা য়ানখ্রবনি। থা খবগী মমাঙগী ব্রানি। মতুংদা লৈকাইগী

মৈবাপাযবীনা লেপ্পুখিবনি-অনৌবা লৈদুনা শান্নহল্লগুমসি হান্নগী ময়াম খোমগৎলসি। পৈদুনা থম্মগা মাঙহল্লসি। চপ চাবা নুমীৎ মতম পুংফম লেপ্পখিবদি নত্তমাল্লে হাযনা অঙৈংবী খল্লি। মনেমগা মচাগা চাক পীজ পীজনা খল্লি-অঙাংবু থেমসিবা? ঙন্তা তূমহনখ্রগা শান্নপোৎতু পুথোকসিবা? হেক্তো মুল্লসিবা?

মনেমবু খবা ঙল্লপ্লা চৎহনখ্রগা নোংমৈ তৈথোক-নাম্বোক্তুনা লৈবিবা মচানুপাদা তপ্লা হাযবকই-

— নঙগী নোংমৈদু মক্ক য়াওবিববা?

— য়াওবি। মেগজিন অমদি লোইখ্রে অমা লৈবি তো।

— ও, অদু মেগজিন কৌব্রা?

— ঔ, মৎং য়াম য়াও জাৎনি।

— ঐঙোন্দা খূৎসিদা কাপ্লকউ।

— হাই! য়াম নাথ্র জাৎনি। খবমীদা কাপ্লদা মতৎ-মতৎ তৎলি। শেন্দাং শিগে তৌবিনি; য়াম নাথ্র জাৎনি। কৈগীনো কাপ্পু হায়বিদি।

— নোংমৈ অশেংবদৌনা শিব্রা যেংগে তৌবনি। নঙগী ব্যবাদৌনা শিব্রা য়েংগে তৌবা।

— আই, বাবাবো? নোংমৈনা কাপ্লদা শিবিবো?

— ঔ, নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোক অমদা লৈখিদবনি।

— বাবাদা কাপ্লিবা: কনানা?

— নঙগী বাবাদা কাপ্পমক্তি নত্তে। বাবাদি চেক শূবা মিস্ত্রী হায়দুনি

— ঐখোয়’ কাকাগুম্বা?

— ঔ, কাকাসু মানা খবা খবা যাওহনবনি। নঙগী, বাবাদি অঙাং ওইবিঙৈদগী চেক শূবা য়াওবগা লাইবিক তম্পকপা। বাবা

বি, এ, নি। থবক থিনা থিনা চেক অদুম শূবা। হৌজিক্কী ইমা কৈথেল অসিদা অহূম শূবা মথোনদা থবক শূবা। নঙ পোক্ত্রিঙৈগী নঙনা ঐগী পূকনুংদা লৈবিঙৈ, ঙসিদগী চহী মাপনমুক্কী মমাঙগী ব্রানি। নুংদাংব্রাই মী য়াম্না তিনখৎলকপগী অদুদা কৈথেল অসিদা নোংমৈ কাপ্লবক্লবা-।

— কনা কনা?

— মদু খঙদে। খঙঙবসু হায়ববোই কান্নদে। নোংমৈ অসি দোং-দোং থেৎ-থেৎ প্রোক-প্রোক-প্রোক পঙকাপ্তা কাপ্লববা। মী মযাম কায়দনা চেন্নবা। মযামদু তুবা য়াও, নেৎশিন্নবা যাও পঙচেন্দ চেন্নববা। নঙগী বাবানা শূবিবদুগী মখাদা অঙাং পোবী কৈথেল ফম্বী, ঐগুম্বী অমা পান্দুনা তুববা। বাবানা তহা-তহা হেক কুমথবগী অদুদা মখাদা শাবিবা সগাইদু চেন্নবা ময়ামনা থেংবদা মখোঙ নাম্থোক্তুনা তাবা। বাবাদু য়ুংনা তাবক্লবা। থীনা শোকপা। খূদক্তা দাক্তবদা পুবম্মবদি লাযেংলগা হিংবসু য়াবা। কুইনা কান্নববা জাৎনি। কোন্ননা পুঙমম মম্মবা কান্দা অঙাং মমা-মচাদুনে অহল অমনে নঙগী বাবানে মযাম্না থেংনবকপা। মমা-মচাদি অদুম লৈত্রবা জাৎনি; বাবানা দাক্তবদা লৈখিদবা। ঐখোয়দি নুংদাং থেঙলবা কান্দা মথং-মথং হংনদনা পাউ পীবকপদগী খঙলকপনি। মদুগী কাপ্লবা অদুদা অঙাং অহূম, নুপী অনী, অহল অমা, নঙগী বাবাগা পূন্না মীওই তবেৎ শিবনি। নঙগী বাবাদু লৈবম্মবদি নঙ নুংঙাইবোইদ্রা?

— মাইকেলদি মপানা কাবদা মেলা যেংবা পুবি'ঙো

— ভো বাবা লৈবম্মদি নঙবু কোয়বদা পুবিনি, মেলাসু চৎমিন্নগনি, স্কুলদসু থিনবিনি, ব্রাবী লীবিনি চামিন্ননি শান্নমিন্ননি কোল্লগসু তৃম্মিন্নগনি; যাম্না লুনা তৌগনি; ইমা-ইচাগী পোৎসু লৈবিবক্কনি; অদগী-

— অদগী নোংমৈসু লৈবক্কনি।

— নোংমৈদি সুকলৈ লৈবক্লোই নিংথেম: সুকলৈ লৈবক্লোই। নোংমৈ কাপ্লবদগী নত্রা নঙগী বাবা লৈত্রিবসে। মীগীদি মপা লৈবিবনিনা 'বাবা' কৌনবা লৈবি। নঙদি কনাদা বাবা কৌবি? কৌনবা লৈবিব্রা? লৈত্রে; লৈখিদ্রে; শিগ্রে! নঙ নপা লৈত্রবা মচানি। নহানব্রাই, হাকুম নত্রা মখাবোমগী কোবৌহনবনা নপা অশিবদো, হায়না চৈবকই হাযদনা নঙ কপ্পুনা লাকখিবদাই নীংশিংলিব্রা হা?

— নীংশিংলি।

— অদুনি। নপা অদু কনানা শিহনখি খঙব্রা? কবি কাপ্লদগী কবি কাপ্লবদগী নপা, বাবা শিবিবনো?

— নোংমৈ।

— অদুনি! নোংমৈনা হাৎপনি। নোংমৈদি মী হাৎলি, মী শোকহল্লি, ঐখোযগী মাঙনবা তৌই। নোংমৈ পাযবা যাদে, নোংমৈ শান্নবা য়াদ্রে। নঙগী বাবা হাৎখিবা নোংমৈ অসি নঙগী মরূপ নত্তে, যেক্রবনি। মাঙহনখিগদবনি, হুন্দোকখিগদবনি, মৈ থাদোক্কদবনি তেবসিং হৈজিল্লগা। বাবা হাৎখিবা নোংমৈ পান্না য়াদে, নুংশিবা য়াদে পাযবা সুপয়া যাদে! ঐবুসু হাৎলক্কনি নঙবুসু, নবোকসু, কাকাসু কৈসু লোইনা হাৎলক্কনি। কদায় মৈ থদোকসি!

ঙাইহাক্কী মমাঙদগী নোংমৈ অশাংবদু মনঙ্গন্দা য়েপ্পবা লাক্রবিবা নিংথেমদা হায়বকপনি-

— ইমান্নবা ময়ামদি শান্নে, ঙবাং মখোয় পুবকপা য়াওই।

— অদো, ময়ামদো হৌজিক মৈ লোইনা থাদোক্লনি, লোইনমক। হৌজিক লাইশূমাঙদা পৈবগা মৈ থাদোক্লগনি। হৌজিক থাবা হৌবম্মনি; তু পুং মাপল হেল্লে। চৎসি নমান্নবা ময়াম ইকোয় কোয়না লেপ্লগা মৈ ঙবং ঙবং থাবম্মনি। লাউনবম্মনি-নোংমৈ

### শান্নপোৎ নোংমৈ

শান্নবা-তোক্লসি! নোংমৈ পায়বা-তোক্লসি! লাউনে থাজদ্রগা য়েংঙুসি। নোংমৈদু পুবো চৎলসি।

মমা মচানা য়ৌবা মতমদা হাইবপ চাউবা মৈজাও চাক্লম্মে। অঙাং ময়াম ইকোয কোয়না লেপ্লি; তুংদা মৈবা পায়বীশিং, নুপা ময়াম, অতৈ অহল্লমন লেপ্লি। অচৎ-অওক খবসু চঙশিল্লক্কুনা য়েংলৈ। নৌনা লাকপা মমা-মচা মাঙগী পবেংদা চৎখৎলকই। ঙাইহাক লেপ্লি। অঙ্গৈংবীনা মচাগী লেংবানদা কল্লপ্না খংপায় পাযদুনা ইঙ্গিৎ তৌই। নিংথেমনা চেৎনা পাযবম্বা নোংমৈদু মৈনুংদা হুৎ লংশিনখি। অকোয়বগী ময়াম্না খূবাক চপ মান্ননা খুবকই। অঙ্গৈংবীনা তপ্না ফমথবগা অচাকপা মৈদা শংত্রিক য়েংলিবা মচাগী মমায়না মোমোন তৌনা নুংশিনা য়েংলুই। নোংমৈ পায়বম্বা নিংথেমগী মখূৎ য়েৎনা মমাগী মীৎলু অনীদা শিম্বুবক্লিবা পিবাং হৈবোই হৈতবোই তপ্না তৈথোকলকই; মাগীনা ওয়গী খূনম্না নাম্থোকখি। নাকন ওইবপ্না লেপ্লিবী সেক্রেটবী লিম্থোইনা হৌনা লাউবকই-

“কংলৈপাকনা”

অকোয়বনা খুম্মি—

“য়াইফবে।”

মবোক চাউবীবৈসু খূবাক কন্না খূবি।

ইম্ফাল
২০১১

# অইবগী ৱারীমচাগী লাইরিক

১। থক্লবী (১৯৭০)

২। মোবাম্বী অঙাওবী (১৯৭৪)

৩। তিংখংলৈ (১৯৭৭)

৪। পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা (১৯৮১)

(১৯৮২) দা সাহিত্য একাদমি মনা ফংবা)

৫। ইমৈসুনি তৌবাসুনি হঙ হঙ (১৯৮৯)

১৯৮৫ দা মণিপুব ষ্টেটকলা একাদমি মনা ফংবা

৬। মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র (১৯৮৬)

৭। লাইবেল মবীম্বোং(১৯৯১)

৮। কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট (১৯৯৫)

৯। লাই কিশি (১৯৯৭)

১০। ঈপাক (২০০০)

১১। মালঙ চনু (২০১১)